# চমথাঙগী লাইবক

খুন্দ্রাকপম যাবেশ্যাম
ফৈরাংবম



লোকচুপ হারম খোরজেলুপ (লোথোবোল)
খুমেখন ।

## নোহাখোলগী মায়কৈদগী

মালেমদা লেপ্তুনা অফ ফত্তগী থৌদোক ৱাথোক কয়া থোক্তুনা লাক্লি, লাকখিনি। লোয়ননা ৱাখল খনবা ঙম্বা মীওইবনা উরি তারিবশিংসি ৱারী লীদুনা তাহন্নীংই। অইবশিংনা মাগী মাগী কলমগী মতেঙ্না তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংগী শৈরেংদা, ৱারীমচাদা, ৱারেংদা, লীলাদা, উপন্যাসতা অফ ফত্ত কয়া পুথোক্তুনা মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা, করি তৌরগা ফগাদগে হায়বা ৱাখল্লোন্দু পুথোক্লবা হোৎনৈ। মরমদি সাহিত্তাগা পুন্সিগী ওইবা অচুম্বা অফবা ফজবগা তৎনথানবা য়াদ্রবা মরী লৈনৈ হায়নৈ।

ঐখোয়গী রাধেশ্যাম শৈরেংদা, ৱারীমচাদা লীলাগী লাইরিক্তা অমদি উপন্যাসতা খূৎ থারিবা অইবনি। লোইননা মাগী *চুমথাঙগী লাইবক* অসিনা লুপসিগী ৪৪ শুবা লাইরিক্লি। মসিদা করি করম্বা পাউজেল য়াওরিবগে হায়বদু খঙবিনবা নুংঙাইরবা লাইরিক ফোঙবগী শেংলবা নুমিৎসিদা সাহিত্যবু নুংশিবিবশিংগী মফমদা পাবিনবা শিন্নজরি।

তাং ১/৪/০৫ ইং

**গৌরো থোঙামচা**
**প্রসিডেন্ট, নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ**
**য়ুরেম্বম।**

# অইবগী ৱাহৈ

চুমথাঙগী পুন্সি তেল্লি, লাইবকসু থী। মকোয় ফানা অমুক্তসু নোংমদোনগী লৈতেং ওইদে। শক্তি লৈরবা নুমিৎ অমদি থোৎ মেঙলবা থাগী অকোয়বদা থোকপদুদি চুমথাঙ নৎত্রে, থবী ময়ুম শাবনি। তঙ্খায় নৎত্রগা মতেক্কী পুন্সি ওইববা চুমথাঙগা মান্নবা কয়া খুন্নাইসিগী, লৈবাকসিগী চৎনবীদা, মহৈ মশিংদা, মীওইবগী পুন্সিদা, থম্মোয়গী মরীদা অমদি অতৈ কয়াদা থোক্লি। মসিদগী খৃঃ ১৯৯৬ তা *চুমথাঙ মখোঙ* হায়দুনা ইখিবা লাইরিকসি, খৃঃ ২০০১ দা অমুক হন্না শেমদোক্লগা *চুমথাঙগী লাইবক* মিংথোলদুনা খ্বাই মীয়ামদা পুথোকচরি। হীরম কয়াদা অইববু তেঙবাংবিরকখিবা ওজাশিং, প্রেসকী মীওইশিং অমদি অতৈ ময়াম্বুসু অইবনা থম্মোয় শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ঙাইরাংবম

তাং ৩/৪/০৫

*খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম*

M.



# খুন্দ্রাকপম মনি

লাই ওতৌথ্রবা উপা খন্দ্রাকপম মানগী এফমদা কচ্চাব

"চমথাঙ্গী লাইবক"

# ১

য়ূমসিগী য়ূম্বরেম্বী অমা ওইনা মহাক্না মতম পুন্নমক্তা, হীরম খুদিংমক্তা পেঙ্জনা লৈরক্লি। য়ূমসিদা অমদি ইমুংসিগী মীওইশিংদা মাগী নাউথী শাফম্লি! মানসু লৈমিন্নরিবশিংগী মবুকনানবা নৎত্রগা মাঙোন্দা মীৎয়েং পৈনা য়েংলক্লবগী থবক তৌদে। নুংশিনদবা পাম্বীগী মরূ, ইমুংসিগী য়ূম্বান্দা খক থারকত্রি। লৈমিন্নরিবশিংনসু মাঙোন্দা লৈমিন্নবগী মরীদু চেৎনা থমই। ঙসি ফাওবদা মহাক্না থবক শূবদা অহান অকোন খঙনা চথৈ, মফম মতম য়েংই, মীওইবগী মীনুংশিবু ফাগি তাহন্দে, পুন্সিবু শান্নবগুম্না থন্দে ।

য়ূমথঙনবশিংগী মৌ, লৈশাবী কনাসু হৌগৎনদ্রি। মাদি ইমুং, মাঙ্গোল ৱাই শিংপা, শেংবা লোইরে। মাঙ্গোল ৱাই তৈবা লোইরে। শঙ্গোয়গী অঙাং লাইৱিক তাকফম ওইনরিবা মফমদু ৱাই তৈবা হৌবকই। তংখায় খরা হেল্লকপা অদুরাইদা চীংখৈনা মাঙ্গোলদা লেপ্লগা হায়রকই —

"অঙাংসি হৌবেনে; ৱাই তৈবদু লোইশিন্নবা তৌরো। য়াম্না পাক্লকা তৈরুবনু।

— হৈমা, মাদি ওহ্লোক্না থুনা মিকপ থোকএদা, শুম্মম্বদা ঙাইহৈরিবনি।"

ৱাই তৈবদু লেপ্লে; হৌগৎলগা হায় —

"পোশিল্লগে, নাউহোংকা য়াওবিরকপ্রা ?

— য়াওরক্কেদা, নঙগীদু লোইশিঞ্জরো, ঐ অসুম পম্বীরগে।

— য়াগদ্রনে ? ময়ুংকা হাঞ্জিল্লবদি চোৎকনি।

— য়ারে, ঐ পম্মগে।"

থম্বালশংদু মখা তানা ৱাই তৈরে। চীংখৈসু অঙাংদু পল্লদুনা মাঙ্গোলদা হনগৎ হন্দা চৎলি। অঙাং থেম্বগী ৱাঙাঙ ঙাঙই; অমুকসু অঙাং থেম্বগী ঈশৈ মতেক মতেকসু শকই। ঙাইহাক লৈরগা অঙাংদুদা হায়বগী মওং ওইনা চীংখৈনা হায়রকই —

"খুরাতোন্দু হৌদোক্লুসি, ঙসিদি ষম্পোৎ খোইবা চৎলু হায়রুসি।"

চীংখৈনা হায়রিবসি তারগা থম্বালশংনা চীংখৈদা য়েংলগা হায়রকই—

"অঙাংদু অমুক হৌদোকপিরুদ্রবসু মোই তাচৌ ওইনা লৌদু খোইবিরুরোদনা ?

— ঐদি চাক থোংসিরা হায়দুনা তৌবনিনে।

— চাক্কী ঐনা থোংগে।

— নঙ ঙসি ইন্টর্ভিয়ু অমা য়াওগদৌরিদুদি ?

— চাক থোংঙগা চৎপা নংনিয়ে।

— ঐনা খনবনা, ঐনা চাক থোংলিঙৈদা নঙনা ইন্টর্ভিয়ুগী পাবা য়াবা, য়েংবা য়াবশিংদ্ য়েংশিনবা ফৈ অসিনি।

— ইন্টর্ভিয়ুগী লাইরিক পাবসি ইতনবু তক্লেদা।"

ইন্টর্ভিউ কনা য়াম্না য়াওরে, মায় পাকত্রি। য়াওমন্দুনা তঙ্বা পোক্লে। ইন্টভিয়ু কয়াদা, লৌগদৌরিবা থবক্তুগা মরী লৈনবা বাহং হংদবা কয়াসু থেনেবে। হংদবা য়াদে.মত [illegible]ম্না. মতৌ মান্নবা. [illegible] .নন্নবা বাহংশিং হংবসু য়াওরে। মসিওম্নসিন [illegible] তঙ্হল্লি। পূম্নমকসি চাংখৈস্ খঙই। থম্বালশংদা খোক্লিবসি মাঙোনদা খোক্লম্লবদি মাসু শোয়দনা তঙ্বরমগনি; মসি চাংখৈনস্ থাজে। অদুবু পূক্লিং থৌগৎফম থোকপা, শৌগৎফম থোকপনিনা হায়রকই

"ইন্টর্ভিয়ু য়াওবমদাইদা অদুম্না পূক্লিং পিকথগনু, হঞ্জানগনু। হন্দক্তা শোয়দনা খল্লক্কনি. ঐনা থাজবা লৈ।

— ঐদি থবক শিংনবা, মতম মাঙনবনি হায়নদুম খল্লে। লন্নাইগী থবক লৌবা ফাওবদা মওং অমা হেক্তা তৌরমই।

— মতম মতমগী চংনবী হায়বদুনিদনা। ঐখোয়সু নমদুনা হৈনদবা য়াদবনিনে।

— হন্দক্কীসিদা খন্দ্রগদি ঐ অমুক হন্না ইন্টর্ভিয়ু য়াওররোইগে।

— মদু য়াদে। চহী য়ারিবমখৈ য়াওগদবনি। থবক অমা হেক ফংঙগদি তোকপা য়ারে

ইন্টর্ভিয়ু য়াওবদা য়ূমগী থবক য়াম্না শিংলি। থবক শুহৌবনা ফরেদা।

— ঐনা হায়বসি য়াও। নঙনা ঐগীদা লাকপসি ওজা ওইননি। হৌজিকস্ ওজা ওইবা, নৎত্রগা তোলোপ চাবা থবক অমা তৌহনবসি ঐগী ফিরেপ্পি।"

থম্বালশংদু খুমদ্রে। চীংখৈগী ফিরেপসি মাগীদমক্তদি য়াম্না ফবা, হরাওনীংঙাই ওইবা, নুংঙাইনীংঙাইস্যু ওইবনি; পূন্নমকসিগী মথক্তা লাইবক ফবা অমসুনি। মাঙোন্দা কান্নবা থবক ওইবসিদা থম্বালশংনা খুমদবা নত্তে। অফবা থবক্কী মতাংদা হায়রকপা মপুরোইবগী ৱাদা য়ানীংদবা উৎপসি মহাক্না পামজদে।

ৱাই তৈবদু লোইরদুনা থম্বালশংদু নুরাগা বালতিনগা পায়রগা লেপখৎলক্লে। ইমুংদগী থোরকপা চলাম্বনা থম্বালশংদা হংলকই—

"ইতৈমা, ৱাই অতৈবসিদা চৎলগে ?

— চৎলো, হংদ্রবসু চৎপা য়াবসিবো।"

চাউকান চাউকান কাল্লদুনা চলাম্বদু থোরক্লগা মাঙ্গোল দারীদা লেপই। তিংলী য়াংলীবগী মওং ওইনা মশাদু হাই হুমই; অদুগা হায় —

"সুম্মাইনা য়াহৌবকপদা ৱাই অতৈবগী মথক্তা চৎপসি পূক্লিং, হকচাং অনীমক ইশেং শেংবদৌনা তৌই। থবক তৌবদা মায় পাক্কদবা মাল্লি।"

চলাম্বগী ৱাসিদা ফাগি তৌরদুনা থম্বালশংনা হায়রকই —

"অদুদি ঙাইহাক্তংগা ফমুংদা হিপলুখো; ধুপ, ঈশিং, লৈ থমখিগে; অমুক্তা হেন্না মায় পাক্লবা।"

চলাম্বসু থম্বালশংগী ফাগিদুদা য়াওশিল্লদুনা খুমই —

"ঙসিগীদি ৱাই অতৈবসিদা চৎপগী মায় পাকপসিনা য়ারগে ইতৈমা।"

মবানীনা পূক্লৌ পারৌদনা ঙাঙনরিবসি ঙসিতগী নত্তে। মতৈমা অমদি মনাওগী মরক্তা লৈরিবা থকশি খাশিগী মরীসু ময়েং তাহন্দে। ঙশাই চাংখৈনা হায়খিবদু নীংশিংলগা থম্বালশংনা, চলাম্বগী থবক তৌবদা মায় পাক্কদবা মাল্লি হায়খিবদুগা চান্নহল্লগা হায়রকই —

"ঙসিগী নঙগী মায় পাক্কদৌরিবা থবকসি লৌ খোইবদা ওইদৌরিব্রা খঙদ্রিকো।"

হায়রিবসি চলাম্বদা অনৌবনি; ময়েক শেংনা খঙনবা মতৈমদা হংগে খন্না ওনশিল্লি। মানা হংবা নংদ্রিঙৈদা চাংখৈনা হায়রকই —

" ঙসিদি লৌ খোইবসি নঙ খরা চৎলুরো। নতৈমসি ইন্টর্ভিয়ুগী লাইরিক পারসনু, ঐনা চাক থোংগে। "

মসিগী রাহৈসি থম্বালশংনা মখোয়গীদা লাকত্রিঙেদসু চীংখৈনা চলাম্বদা য়াম্না তোয়না হায়খিবনি। ঐ ফি শূরগে, নঙ চাক খরা থোংউ; নৎত্রগা ঐ চাক থোংগে, নঙ ফি শূরুরো। করিগুম্বদনা ঐ চেং তকঅগে, নঙ শীং খায়রকউ; নৎত্রগা .... । অমুক্না ঐ ইংখোল শূরমগে, নঙ লবুক্তা চৎলুরো; নৎত্রগা .... । অসিনচিংবনি। মানা থবক শূরিবমখৈ চলাম্বসু থবক শূগদবনি হায়দুনা মনাওনুপাবু অফা অপূন্নবদুদি নত্তে। অঙাংদি অতভাই তারগা নৎত্রগা থৌদারগা থবক শূবগী হৈনবী লৈ। ময়াম্বা অমা ওইনা মনাওবু থবক শূবগী তঙাইফদবদু থমহন্নীংলিবা চীংখৈনি। মচিন মনাও থবক অমমম শীন্দোক্লবদনি। চলাম্বনা থবক চখোকখিবা তারবদি মথক্তনা থবকশিংদু য়াম্না হৈনীনা তৌগনি: থবক মখাক থল্লোই। চলাম্বসু ময়াম্বনা হায়বদা অদুম য়াই। মচিন মনাওগী মরক্তা লৈরিবা থবক শূবগী, চাবগী অমদি অতৈ কয়াগী অরূম অয়াং ওনবগী রাফমসি ফালানা ওনবদুগুম্না খক তৌদে, পূক্লিংদসু নীংনদে। ইমুংলোমদা চৎন চৎনা চলাম্বনা হায় -

" অদু ওইরবদি ঙশাইনা হৌদোরকপা য়াদ্রা, ইতৈমা ?

--- নঙ তাচৌনা চৎকদ্রা খল্লুবনি; হৌজিকসু থেংদ্রিদা । "

লৌ খোইবা চৎনবগী থৌরাংনবা চলাম্বদু ইমুংদা চঙখ্রে। থম্বালশংনা পুখ্রিরোমদা চৎখ্রে। চীংখৈদি হান্নগুম্না মাঙ্গোলদা ঙনগং হুন্দা চৎলি। থম্বালশংনা ইন্টর্ভিয়ু য়াওনীংদে হায়খিবদু মাগী নাখলদা নৈশিন্দুনা হৌজিকসু লৈরি। করিগুম্বা ঙসি য়াওগদৌরিবা ইন্টর্ভিয়ুসিদা লাইবক ফদুনা খনবিরক্লগাদি ফরে; নৎত্রগদি মতুংগীদা য়াওশিল্লু হায়বসি থম্বালশংনা য়ারোইদৌরি। চীংখৈনা নম হাদুনা য়াওহনবদি ঙমগনি হায়ববু, মাগী য়াকা ঙাইনা থবক তৌজরিবী, নোংমতসু হেদো হেরাও কাদ্রবী, মাগী শেগা তাংদুনা পুম্সিগী অৱা নুংঙাই কয়াদা শরুক য়ারিবী থম্বালশংদা অদুগুম্বা কন্থা করীংনবা থবক্তু তৌনীংদে। পূক্লিংনা য়ানীংদ্রবা, থম্মোয় শোক্লা পামদ্রবা ৱাফমদুদা ঙমই হায়বগী মওংদা নমদুনা অমুক হন্না খোঙ থাংজিলহনবা হায়বসি অরানবা থবক্লি খল্লে। চীংখৈগী পূক্লিংনা হকচিন্না খল্লকই —

MA

"হন্দক্কী ইন্টর্ভিয়ুসি মায় পাকহন্নীংখ্রেদকো। মখোয়গীসিবু চুন্না, শেংনা তৌগদৌরিবা ? নত্তদুনা মতমসিগী চৎনবী ওইরবা, লমদমসিগী হৈনবী ওল্লবা, অচুম্ববু নাখৈরগা অরাননগী পোৎলুম কয়াদু হোনগৎনরক্লদৌরিব্রা ? মদুমক

তৌনরক্লগদি ঐঙোন্দা খুরৌ থাংনিসে।"

মানা রাখল খল্লিবদু মখা চথদ্রে। নুপীমচা অমা সাইকল থৌজিল্লক্রি। শঙ্গোয়গী নাকন্দা সাইকলদু খামই। মাঙোন্দা য়েংলগা চীংখৈনা কৌই -

"মেম্মা, নঙ ঙসিদি য়াম্না ঙন্না লাকইনা ?

— ঐখোয় ওজা ঙসি ইন্টর্ভিয়ু য়াওনি হায়। অদুগী লাই খুরুম্নবা পোৎ খরা পুরকই; অদুদা ঙন্না লাক্লবা।

— করি পোৎনো পুবক্লিবরো ? সিদা লাকউ য়েংগে।"

মেম্মদু চীংখৈগী মনাক্তা চঙশিল্লকই; অদুগা লাইরিক থাউদা মখূৎ হুমজিন্দুনা পোৎশিংদু চেকশিন্না, তেক কায়দনবগী মওং ওইনা অমমমতা লৌথোরকই। লা তাঙ্গা অহুম, হৈ মখল অহুম, লৈ মচু মান্নদবা অহুম, চু মকক তংখায় অহুম, তিকী অহুম, মেক্রুক অশূবা খরা, তাইরেল পুংফাই মনা খরা। ময়ামসি লৌথোক্লগা রাই তৈরবা মাঙ্গোল দারীগী ময়ায়দা থমই। চূমদগী তাক্লকপা মওংদু হাইকেৎ নীংশিংবগী মওং ওইনা পোৎশিংদুগী থম্লর্নশিংদু হোংদোক হোংজিল তৌই, হন্না অমুক্কসু শেমজিল্লি, য়েংশিল্লি : অদুগা মখল্লা হায়জে —

" উম য়ারে, চুমএ।"

চীংখৈদা ওন্শিল্লগা হায়রকই ---

"ঐখোয় ইপুরোক্পা তাক্লকইবা, অসুম্না লাই খুরুম্লবদি থবক তৌবদা মায় পাকই হায়। ঐখোয় ওজাসু ঙসিগী ইন্টর্ভিয়ুসি শোয়দনা মায় পাক্কনি।"

অঙাংসিগী পূক্লিংদা শোয়দনা মায় পাক্কনি হায়বগী থাজবা লৈরে। থম্বালশংবু থবক খনগনি হায়বগী নুংঙাইবদুতা নত্তনা অঙাংসিনা মখোয়গী ওজাবু মায় পাকহন্নীংবগী রাখলসিগীদমক্তা চীংখৈগী থম্মোয়দু য়াম্লনক হরাওরকই। মেম্মদা হংলকই —

" মেম্মা, নঙনা তৌরকইবসি নথন্তগী রাখলনা তৌজব্রা নহত্রেগা কনানা তৌ হায়দুনা তৌরকপনো ?

— ঐনা তৌগে খঙ্গবনি: অদুগা ঐখোয় ইপুরোক্তো হংলুবদা অসুম্না তৌগদবনি হায়না তাকপিরকপনি; শেম্বসু মানা শেম্বীবনি।"

মেম্মগী মপুরোক্পা থম্বালশংবু মচা মমৌওন্না হাকন্নজে। মমাঙগী

মতমদসু থম্বালশংগীদমক্তা খৎনবা য়াওখ্রে। ঙসিসু মাগী ইন্টর্ভিয়ুদা মায় পাক্লবগীদমক্তা পোৎ চৈ কয়া মেম্মগী খুথাংদা পীরক্লি। তেঙবাংবিবা য়াবা, শৌগৎপিবা য়াবা, ঙাক্লৌ পীবা য়াবা, য়োকপদা কান্নগদবা মীদি ঐগী, মীগী থিদনা মীচঙ চঙবিগদবনি হায়বসি মেম্মগী মপুবোক্কী অনীংবা অমদি পামজবা ওইরমাক্লে।

মেম্মসু মপুবোক্কী মতৌগুম্না থম্বালশংগী ফন্নবা খল্লি। মসি চীংখৈনা খঙএ। মেম্মনা মপুবোক্কী ৱাখলদুগী মতুং ইল্লম্বা য়াই নৎত্রগা মরোমদোম থোকচরকপা ৱাখল ওইরম্বা য়াই। মসি খঙবগী থোইদোক্লদি মরু ওইদে; অদুবু মেম্মগী মওংদু খঙনীংবদগী চীংখৈনা হংলকই —

"মেম্মা, নঙনা নখোয় ওজাবু স্কুলগী ওজা ওইহন্নীংলিবসি করিগীনো?

— স্কুলগী ওজা ওইরবদি মীনা ওজাবু থীনা ঙাঙনরিবসি তোকখ্রনি; ওজাবু মীনা অমুক থাগৎনরক্লনি।

— মীনা করি হায়না থীনা ঙাঙনরিবা?"

মেম্মদু হায়রক্তে। থম্বালশংগী মরমদা ঙাঙনরিবদু ফজদবা ৱানি। চীংখৈগী মফমদা তম্মদা নুংঙাইজদে। মেম্মগী মওংসি খঙলদুনা চীংখৈনা হায়রকই —

"তমউ, মীনা করি হায়না থীনা ঙাঙনরিবনো? মীনা হায়নবদু নঙনা তম্বদা কৈদৌই হায়বগে; হায়রকউ মেম্মা।"

— ঐখোয় ওজাবু ফত্তবীনি, অদুনা স্কুলদগী তাল্লোকপনি। হৌজিক ফাওবা স্কুলদা ওজা ওইদ্রিবসি মরাল লৈদুনা তৌরিবনি। মখোয়না মচীন থীদুনা ঙাঙনগৈ ঙাঙনরগা ঐখোয় ওজাবু ফত্তবী ওইহল্লিনে।"

অঙাংসিগী থম্মোয়না অরানবা তাহনখিবী থম্বালশংগীদমক্তা নুংঙাইতবা পোক্লি। ৱাফমসিদা মখা তানা ঙাঙনবদি ফজদনা থোকই। তোকপনা ফরে: মেম্মবু থেমজিনবা ওইনা চীংখৈনা হায় —

"নুংঙাইতবা তৌরুনু মেম্মা, ফত্তনা ঙাঙনরিবশিংদু নোংমদি অশেংবদু খঙলক্লবা মতমদা মতোমতা ঈকাইজনি।

— ঐঙোন্দকা হায়রকপা য়াওই, ঐখোয় ওজাদা প্রাইবেৎ তমউনু ফত্তবা লমচৎ লৌনরক্লনি।"

MA

রাসি তারগা চীংখৈগী থম্মোয়দা নোক্লীংবগী ঈহুন ফাওরক্লে। থম্বালশংগী মরমদা শেমজিন শাজিনবা, ওইদবগী মিংচৎ থীবা ৱাফম কয়াবু মীয়ামদা থোইদোক্লা, থম্বালশংদা প্রাইবেৎ তম্লিবা অঙাংশিংদা হায়জিল্লগা নুংঙ ইজরিবা, মথৌ ওইজরিবা মখোয়গী ফিরেপসিনা মীওইশিংদুদা কয়াম্মুক য়াম্না কান্নবা পীরিদগে ? ফত্তবা মখোয়গা মান্নদুনা অৱায় অখুম তৌনবা, খৎনবা কয়াদু চীংখৈনা পামদে। অশেংবদু খঙলক্লবা মতমদা নৎত্রগা চীংখৈখোয়না লাম্বা তৌরক্তবদগী ঈকাইদুনা মরোমদোম তোকচখিগনি খল্লি। অদুবু ফত্তবা মখোয়গী ফৎত্রবা ৱাখলগী মৈরীদু অঙাং ওইরিবী মেম্মগী ৱাখলদা ৱায়হনবা ফত্তে। মসিনা অঙাংসিবু অশাউবনা লাঙ্গোয় চনখিদুনা মী খৎনরুবা য়াই। পূক্লিং ফাথবিবা চুমই খল্লদুনা হায়রকই —

" মেম্মা, মখোয়শিংদুগা ৱা খক ঙাঙনরুগনু; মখোয়গা ৱারী শান্নরুনু; মখোয়না হৌরক্লবসু শুকখুম খুল্লনুকো। "

পুখ্রিরোমদগী লাক্লিবী থম্বালশংবু য়েংলদুনা চীংখৈনা হায় —

" নখোয় ওজাসু লাক্লে, নঙ ফমউরো। "

থম্বালশংদা ওনশিল্লগা অমুক হায় —

"মেম্মনা নঙগী ইন্টর্ভিয়ু মায় পাক্লবা পোৎ চৈ ময়াম পুরক্লিবসি নুংশিদ্রা য়েংউ। মখোয়গী মপুবোক্লা শেম্বী শাবিরকপনি হায়রিনে।

— হৈমা, মেম্মা নঙদি ইপুদা কৈদৌবগী হায়রুরিবা ? ইপুদু থবক শিংলল্লনিদো।

— ঐখোয় ইপুবোক্লা থবক শূদ্রবা মতমদা হায়রুবনি ওজা। ইপুবোক্লা য়াম্না হরাওনা তৌবিরকই। মাসু লাক্লীংই অদুবু ঙসিসে ঐখোয়গী লৌ লিংদৌরি, অদুনা লাকপা য়াদ্রেসু হায়রকই।"

অহলদুগী চানবিবা অমদি মীনুংশিগী ৱাহৈসি তাবদা চীংখৈ অমদি থম্বালশংগী থম্মোয়দা পেঞ্জবগী ঈথক কারক্লে। মেম্মনা থম্বালশংদা হায়রকই —

"ওজা, ঐখোয় ইপুবোক্লা হায়রকইবা, হোরেল ইন্টর্ভিয়ু চৎলমদাইদা য়ুমগী লাইনিংথৌ খুরুম্লগা মসিদা অমুক খুরুমউ; ওজাগী মীৎতা, ৱাখলনা ইন্টর্ভিয়ু তৌবগী মওংদু উরগা খুরুমগদবনি; ধূপকী মনমসু শোর হোঞ্জিনবদা য়াওশিল্ল হায়। "

ঙসি ফাওবদা মেম্মগী মপুবোকপু মখোয়না ঈকাই খুম্নে। ঙসিসু অহলসিগী ৱাফম শোয়দনা পাঙথোক্কনি। অহলসিনা তৌবিরকপা নৎত্রগা শীনবিরকপা খুদিংমক্তা মবানীনা মীরাইবা নৎত্রগা থৌওইদবা তৌদ্রি; তৌনীংদবা পোকত্রি, য়ানীংদবা খক লৈরকত্রি। হৱাও নুংঙাইবা অমদি পেঞ্জদুনতা লাক্লিবনি। মসিগী পূক্লিং ঈহুনসি মকা ফোঙলদুনা চীংখৈনা হায় —

"মেম্মা, নঙনা তৌরকইবসি ঐখোয় যাম্না নুংঙাই; নখোয়গী ইপুবোকসে য়াম্না ফৈ।"

থম্বালশংসু হায়রকই —

"নখোয় ইপুবোক্কী লমনসি শিংবনু ঙমদৌ মান্দ্রেদা মেম্মা।

— ওজাসু ঐবু লাইবিক তম্বীরিসিদি; চপ মান্নেদা।"

অয়াম্বা মতমদা মেম্মগী প্রাইবেৎ তম্বীবগী শেল লৌদে। নমদুনা পীরম্বা নৎত্রগা পোং ওইনা পীবদা লৌদবা য়াদ্রবা মতাংদ্দুদতা লৌই। অতে অঙাংশিংদসু মসিগী খুদোঙ্চাবদসি থম্বালশংনো পীবা য়াওই। অঙম অঙম্বা হে চবাকনবগী মওংনি। লাকলসিদা মতম শাংনা ঙাঙনদুনা লৈবসি থেঙখ্রনি খন্দুনা চীংখৈনা হায়রকই —

"ঙসিসিবু অঙাংশিং লাক্লগদ্রা; নঙবু লাইরিক তাকপিখিগদৌরিব্রা?

— ঙসাং লাক্লনু হায়খিদ্রে, ঙাইহাক্কুং তাকপিরগে।

— অদুদি অঙাংসি মবুক পিথকওসে।"

অঙাংদু পীরকই। থম্বালশংনা অঙাংদু লৌরগা মেম্মদা হায়রকই —

"মেম্মা, নঙ ময়াম লাকপা ঙাইবা ওইনা শঙ্গোয়দা ঙাইহাক্কুং ফম্লমউ; ঐসু থোরক্লগে।"

থম্বালশংদু ইমুংদা চঙই; মেম্মনা শঙ্গোয়দা চৎখ্রে। চীংখৈসু চীন শেংনবা চৎখ্রে।

ঙাইহাক্কী তুংদা মেম্মগা লাইরিক তম্মিন্নগদবা অঙাংশিং লাক্লরে। থম্বালশংসু ইকুই কুইদনা থোরক্লে। লাইরিক তাকপা হৌরকই। অক্ক মথং মথং তাক্লিঙৈদা নুপা অমা লাকই। নুপাদুদা থম্বালশংনা হংই —

"তাদা, করি থবক্কীনো? মোরাসিদা ফম্বীয়ু।"

MA

অঙাংশিংনা ফল্লিবসিগী তুংদা মোরা অমা, অনী লৈরি। মোরা অমা মফম খরা হোংলগা থমই। লাক্লিবদুনা মোরাদা ফম্লগা হায়রকই —

"ইবেম্মনা লাইরিক তাক্লিবসিদা ঐগী অঙাং অমতং য়াওহন্নবিয়ু হায়জবা লাকপনি।

— তাদগী অঙাংদুবু করি স্কুলদা তম্বনো ?

— ইবেম্মনা হান্না ওজা ওইরম্বা টোর্চ হাই স্কুলদা তম্বনি; ক্লাসনা টেন্নি।"

থম্বালশংদু তুমিন্না লৈরে, মায় নোঙ্গে। নুপাদুসু থম্বালশংগী মঙংদুদা করি মতৌনো খন্দুনা চমন্নরি। হাইফেৎ নুংঙাইতবা পোকপগী মমি মায়দা তারি। থম্বালশংদা হংই—

"ইবেম্মা নাতৈ চারোইদৌরিব্রা ? ঐদি ইবেম্মবু য়াম্না তাকহঞ্জনীংবনি। অঙাংদুনসু ইবেম্মগা লোয়নবসি পামই।"

— ঐগী ওইনদি থোইদোকপা নাতৈচাদবা লৈজদে তাদা। ঐনা খঙজবা খরা তাকপদা হৈগনি খন্দুনা লাকপিরিবসি ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফরিবনি।

— অদুদি কৈদৌঙৈদগী লাকহঞ্জৌগে ?

— তাদা, ব্রাফম অমতংদি হান্না হায়জহৌগে।

— হায়বিয়ু ইবেম্মা।

— ঐনা তাকপদা অঙাংদুদা মাঙজবা খরদি লৈরক্কনি খল্লি।

— ঐদি ভাব তাদ্রে ইবেম্মা।

— ব্রাফমসি অঙাংশিংগী মমাঙদদি পঞ্জনীংদ্রে; মাঙ্গোন্দা ওইনা হায়জরগে, অসোমদা ফম্মুরসি তাদা।"

থম্বালশংনা মোরাদু পায়রগা মবানী মাঙ্গোন্দা লাকমিন্নরে। নুপাদুনা মোরাদা ফমই; থম্বালশংনা উখোঙদা ঙারগা নীঙ্গাং ফমই। নুপাদুনা খঙনীংনা হংলকই —

"করি লাক্নু লৈরগে ইবেম্মা ?"

থম্বালশংনা খোঞ্জেল খরা তপথনা হায় —

"টোর্চ হাই স্কুলগী ওজা খরনা হৌজিক ফাওবা ঐবু য়েংথীরি। ঐনা হোৎপা অঙ্ক, ঐনা শেম্বা পাউখুম চুম্লবসু মখোয়না মরাল অমা পীশিল্লগা

মার্ক ককথদুনা পী। ঐগীদা প্রাইবেৎ তম্বা অঙাংশিংদু মখোয়না মশক খঙখিবা থোক্লবদি পরিক্ষাদা মার্ক য়াম্না পীদনবা হোৎনৈ। ৱাফমসি লৈবনা তাদগী অঙাংদু য়ারগদি ঐঙোন্দা প্রাইবেৎ তমহনবিগনু; ঐনা হায়জরিবসি ফত্তনদি খনবীগনু।"

নুপাদু ৱাখল খন্দুনা ঙাইহাক লৈ। মাগীসি থম্বালশংদা মচাদু লাইরিক তমহনসিরা নৎত্রগা থম্বালশংদা য়েক্লবা ওইরিবদুগী মরমদা খল্লিব্রা ?

থম্বালশংদি মখা তারক্লি —

"অঙাংদুগী য়েংদুনা ঐঙোন্দা প্রাইবেৎ তমহনবীদবনা চুমগনি খঞ্জে তাদা। হয়েং পরিক্ষাদা অঙাংদুনা ফন্না য়াম্না চুন্না পাউখুম পীজরগসু মার্ক য়াম্না ফংওই। মদুদা অঙাংদ্ থৱায় নুংঙাইরকওই। মদুগী খন্দুনা হায়জবনি।"

নুপাদু খনফম খঙদ্রে। ফত্তবা মীশিংদুনা অরানবা তৌনীংবমখে তৌজরবসু মচাদুনা হৈরবদি করিস্ কায়দে, মাঙবা নত্তে হায়বগী ফিরেপতুদি নুপাদুদা লৈরমদবা য়াই। অচুম্বা তৌজবা মীদা অরানবা তাহন্দুনতা লৈরবদি, মরু ওইনা অঙাংদা তৌবিরবদি থৱায় নুংঙাইরক্তবা, লম্ফেনরকপা হায়বসিসু ওইথোকপা নওবনিনা মচাবু থম্বালশংদা লাইরিক তমহন্দবা হায়বসিসু অচুম্বা খোঙথাং ওইরি। খনফম খঙদ্রদুনা নুপাদুনা হংলকই-

"হৌজিক ইংলিশ মিদিয়মদা তম্লিবশিং অসি টোর্চ হাই স্কুলগী অঙাং অমত্তা য়াওদব্রা ?

— য়াওদে, অতোপ্পা স্কুলগী অঙাংশিংনি।

— ফরে ইবেম্মা, ঐ অঙাংদুগা অমুক্তং তান্নজরুখিগে; অদুগা অমুক লাক্লগে।

— ফনি তাদা।"

নুপাদু চৎখ্রে। থম্বালশংসু শঙ্গোয়দা লাক্লগা হান্নগুন্না মখা তানা লাইরিক তাক্লকই। অঙাংশিংদুনা অঙ্ক হোৎলিঙৈদা থম্বালশংনা হৌজিক্কী ৱাফমদু খল্লকই। মীওইবা হায়বসি ঐ ইশাসি অফবনি হায়নবা হোৎনবদা মীওই কয়াবু মাঙহন্নবা হোৎনৈ। ইতোমতা ফরগা ঐগী অকোয়বদু হেক্তা ফবা নত্তে। ময়াম পূন্নমক ফরগা লৈমিন্নবগী নৎত্রগা হিংমিন্নবগী পুন্সিদু চাওখৎলি, য়াইফে হায়বসিমতং খঙমিন্নরবদি কল্লক য়েংথীনবসি হঙ্গহনবা য়াবনি।



ঙসিগী অসুম্না নোংমসু নুপামচা অমা মাঙোন্দা প্রাইবেৎ তম্বীনবা

হায়রখি। মানা স্কুলদগী হল্লমদাইদা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায় —

"ওজা, স্কুলগী রেসেস তাইমদা ঐবু প্রাইবেৎ খরা তম্বীগেরা ?

— ঐ ঙম্মোইবু ইবুংঙো, ক্লাস ৱার্ক য়েংগদবা য়াম্না লৈরি।

— অদু ওইরগনা স্কুল ছুটি থারগা তম্বীয়ু।

— মদুসু ঙম্মোই; ঐদি য়ূম পুরবনিনা য়ূমগী থবক য়াম্না শূই, মতম শুকসং শংদে।

— ওজা ঐগীসি তমদবা য়াদ্রদুনা হায়জরিবনি।

— করি সবজেক্তনো ?

— ওজানা তাকপা সাইন্সনি।"

মাগী ৱাসিদা থম্বালশংনা করিগুম্বা অমা ন্নীংশিংলকই। ওজা অমনা হায়বদগী তারে; নুপামচাসি সবজেক্ত খুদিংগী তাক্লিবা ওজাদা প্রাইবেৎ তমই। মদুনা পরিক্ষাদা কান্নবা ফংই। মসি থম্বালশংনা হৈনদে। মাদি হান্নদগী হৌনা স্কুলসিগী মানা তাকপা ক্লাসগী সবজেক্ততা অঙাং প্রাইবেৎ তম্বীদে; মতুংদসু তম্বীরোই হায়বগী ফিরেপ লৈরি। নুপামচাদুদা হায় —

"ঐ ঙম্মোইবু ইবুংঙো।

— ওজানা ঙমগদবা মতম অমা হায়বিয়ু; মদুদা তমজগে।

— ঐনা নখোয়গী ক্লাসতা সাইন্স তাক্লিবমখৈদি নাতৈ চারোই। ঐদি ঐনা তাকপা সবজেক্ততা প্রাইবেৎ তম্বীদে।"

নুপামচাদু ফন্না কন্না, য়ানবা ঙাঙনরম্লগা চৎখি। নুমিৎতুমদি থম্বালশংনা ঙমখি। অদুবু মহাক তুমিন্না তোকখিদে। মথং নুমিৎতা, স্কুলদুদা ওজাসু ওইরিবা নুপামচাদুগী মপা পারীনা প্রাইবেৎ তম্বীয়ু য়াদবগী ৱাফমদু থম্বালশংদা হৌদোরকই। অতৈ অতৈ খরা ঙাঙনরবা মতুংদা থম্বালশংনা হায়—

"ওজা, ঐদি ঙরাংসু অঙাংদা হায়জখ্রবনি; ঐনা তাকপা সবজেক্ততদি ঐহাক প্রাইবেৎ তম্বীজদে। ঐগী ওইনা পামজদবা লৈ; অদুননি ঐনা ওজাগী অঙাংদবু তম্বীরোই হায়জরিবসি।"

মী অমনা মশাগী ফিরেপকী মতুং ইন্না থবক তৌবা, মদুনা যানীংদবা, মসি পূম্বসি পারীনা খঙদে। মাগী অপাম্বদু থম্বালশংনা শোয়দনা য়াগদবনি হায়বগী ৱাখলসি খনবদগী পারীনা হায়--

"অতৈ অঙাংশিংবু তম্বীদ্রবসু ঐগী অঙাংসিদি তম্বীদবা য়াদ্রবনি ওজা; অয়ুক, নুমিদাংৱাইরম, নুমিদাং মতম অমদা হেক্তা তম্বীয়ু। মতমসু পূং অমা ফানা তম্বীদ্রবসু করিমত্তা কায়দে; অদুগা থা ফারবসু ফাদ্রবসু ঐ করিমত্তা হায়জরোই। শেলদি থা অমগী কায়দনা পীজগনি।

ঐগীসি শেলগী ৱাফম নংচদে ওজা।"

শন্দোক্লা হায়বগী তঙাইফদবা লৈরে হায়বসি থম্বালশংনা খঙলদুনা হায়রকই —

"ক্লাসতা তাকপদা হৈহনবা ঙমদ্রগা প্রাইবেৎ তম্বীবদনা করম্না হৈহনবা ঙমগদগে? প্রাইবেৎ তম্বীনবা ক্লাসতা পারা খাক্লগা তাকপসি ঐদি হৈজদে; মদু ইশানা ইশাবু মীনমজবনি ওজা। অদুনা হন্দক্কী মতাংসিমদি ঐবু বারৌবিরনু।"

তম্বীবা ঙম্মরোই হায়বগী অচেৎপা ফিরেপতু ময়েক শেংলে। পারীনা মসি হান্নদগীসু খঙলিবনি। খঙশিন্নদনা, য়ারগদি অনম কল্লগা তমহন্নবা হোৎনরুবনি। য়াদ্রবনিনা মনুংগী পোরমদু হায়রগা য়াগদ্রা খন্দুনা পারীনা হায়রকই —

"ওজা, ফার্ষ্ট তাবগী কান্নবদু ফংনবা ঐগী অঙাংসি হন্দক্তী শোয়দনা ফার্ষ্ট তাহনগে খঞ্জরি। ওজাগী সবজেক্তসিদা ঙাইরে প্রাইবেৎ তমদবা; মসিদং তম্লগদি শোয়দনা ঐগী অঙাংসিনা ফার্ষ্ট তারগদবনি।

— ঐগী সবজেক্তকীদি থোইনা ৱাবিরম্নু; ক্লাসতা কোইশন অনশর লোয়না পীখ্রবনি; ময়ামদু য়ূমদা পাহনবিরো ওজা।"

পারীনা পাল্লিবদু থম্বালশংনা খঙই। মদু নাথৈদুনা হায়রকপনি। পারীসু মচেক্তা হায়রকপনি; থম্বালশংনা মদু খঙদবা শাদুনা লৈবসিদা খরগা হেন্না ফোঙনা হায়বগী মথৌ তারে খল্লদুনা পারীনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই —

"ফরেনে, ওজানা প্রাইবেং তম্বীবসি পাম্বীদ্রবনিনা হয়েং পরিক্ষা ময়াদা কোইশন খরা সজেসন ওইনা তাকপিরো। ওজাগী অৱামল প্রাইবেং তম্বীবগী মতং তৌনা থা অমগী শেল পীজগে।"



থম্বালশংদু হৈনরকত্রে। মশানা খঙনা তোকখিবগী মহুৎতা হেঞ্জিনবা খোঙথাং চঙশিল্লক্লি। শুকতৌ তৌরোইদবা ৱাফমবু শোয়দনা তৌনবা হায়রকপসি মাঙোন্দা হৈনদবী খম থেংবদুনি। ৱাফমসি মখা তানদবা পাল্লে।

শাংনা ঙাঙনরবদি শাউনরকপা নৎত্রগা ৱারৌনরকপা য়াই। মদুনা য়েংথীনবগী লম্বী শেমখিগনি। মদুমক্তা থম্বালশংনা পামদে। কনাগসু য়েক্লনীংদবী মহাক্লি। থম্বালশংনা হায়রকই—

"ওজা, মদুমক্তা ঐবু তৌহনবিনু; ঐনা তৌজরোই খঞ্জরিবসিমদি মতুংদসু তৌদনবা ওজানা খরা তেঙবাংবিয়ু। অঙাং অমা হাৎলগা অঙাং অমা য়োকপা হায়বসি অঙাং শেল্লিবা ওজা ঐখোয়না তৌগুমসিদা। ঐ হৌগৎচরগে ওজা।"

থম্বালশংদু হৌগৎখ্রে। পারীগী ৱা ঙাইখিদ্রে। পারীদি তুমিন্না লৈহৌরি। মাগীসি ঈকাইদুনা তুমিন্না লৈবা মান্দে; করিগুম্বা অমগী পোরম য়াৎনবা লম্বী থিবা মাল্লি।

থম্বালশংগী ৱাখল খনবসি অঙাং অমনা কায়হল্লকই; অঙাংদুনা হংই—

"ওজা, অঙ্ক মখা হোৎপিরগেরা ?"

থম্বালশংদু মায় মীৎ ফিজিনা তৈথোক্লগা অঙাং ময়ামদুদা য়েংলকই। মেম্মদি লাইরিক তম্বসি মতাংসিদা লোইশিন্নীংই। ঙসি থম্বালশংনা ইন্টর্ভিয়ু য়াওবা চৎকদৌরিবনি; মদুগী শেম শাবগী তঙাইফদবা লৈ। লাইরিক অসুম তমদনা লৈরবদি মদুগী খুদোংচাবদু লৈররোই। মেম্মনা হংলকই —

"ওজা, ঙসিগীদি শ্বাইদা লোইশিল্লসিরা ?

— করিগীনো মেম্মা ?

— ওজানা ইন্টর্ভিয়ু য়াওনি হায়বদুগী লাইরিক পানবনি।

— অঙ্ক অমা, অনী হোৎখিসি, ঙল্লিদা।"

ইন্টর্ভিয়ু য়াওবা হায়বদুনা মরন্নাইগী থবক্লি: মসিগীদমক্তা শেল পীদুনা লাইরিক তম্লিবা অঙাংশিংগী লাইরিক তাকপদা অকাযবা পীবসি থম্বালশংগী পূক্লিংনা য়ানীংদে। অঙাংশিংগী অতলশিংনা ওন্না ছুটি থাদোরকই হায়রক্তবদি য়াই; অদুবু হায়নীংলম্বা য়াওরমগনি খনবদা থম্বালশংদু মথন্তা ঈকাইজরকই। মখা তানা অঙ্ক তাক্লকই। মতম অমদা মাগী পূক্সিনা নংখিবা চৈনাদুগী চৈথেঙদু হৌজিক লাইরিক তাক্লিঙৈসিদদি মকা ফোঙলক্তনবা থম্বালশংগী পূক্লিংনা ফাথনবা কন্না হোৎনরি।

# ২

চলাম্বনা পূক্লিং চঙনা লৌ খোইরি। থংনবগী লৌদুদা চোঙ্গোনসু লৌপাক্তগী নাপী খুল্লি। মরক মরক্তা চলাম্বগা মাগা ব্বারী শান্নে। চলাম্বনা লৌ অসুম খোইরকপদা অহলসিনা নাপী খুল্লিবা লৌ ফৈদোমগা থংনরে। থবক শূবদি লেপ্পদনা ব্বারী শান্নবদু তারে। চোঙ্গোন্না হায়রকই —

"নতৈমা থম্বালশংদ্দু ওসি ওজাগী ইন্টর্ভিয়ু অমা য়াওনি হায় চুমব্রনে ?

— চুমই খুরা।"

চোঙ্গোন্দা মায় ওনশিল্লগা খুমই। খুম্বা হেক লোইবগা লাঙ্গোল য়োৎলমদ্দু শোয়দনবা লৈমায়দা অমুক য়েংই। দরকার ওইবদা 'অররা তিতি' হায়দুনা লাঙ্গোন্দু মমায় চুমই। চলাম্বনা মখা তারকই—

"লন্নাই স্কুলগীসু, সরকারগী স্কুলগীসু ঐখোয় ইতৈমনা য়াওবা ইন্টর্ভিয়ুসি যনা য়ামএ; অমুক্তা হেক খল্লক্তে।

— মাগী লাইবক্তা ওজা ওইয়ু হায়বা মতাংদু য়ৌদ্রিদুনা তৌরিবনি, থোইনা চিংনরব্নু। নচিন ননাওনা কন্না হোৎনদুনা মাবু ওজা অমুক্তদি ওইহল্লুকো।

— ঐখোয়সু অদুম্না খঞ্জরি খুরা। অদুবু ইতৈমগী লাইবক্তা করি হায়না তল্লিদনো খঙদ্রে।

— কন্নদা হোৎনৌ, নোংমদি শোয়দনা মায় পাকচরক্কনি, নীংহন্নগনু।"

মবানীমক মশা মশাগী থবক লেপ্পদে। ডাইহাক লৈরগা চোঙ্গোন্না হায়রকই —

"হান্নগী স্কুলদুদা নতৈমনা ওজা ওইবা লাকপদুদা ঐদি ওম্বোক্লা হরাওজখিবনিনে। মানা তাকপদগী অঙাংশিং অঙ্ক খঙহৈ হৈরে হায়দুনা ব্বা ব্বা লাউনবদু তারগা নোংমা ঐহাকসু মদুগী স্কুলদুদা চৎলুইএ।"

থম্বালশংনা টোর্চ হাই স্কুলদা ওজা ওইরকঙৈদগী অঙাংশিংদু অঙ্কদা

খুমাঙ ফন্না য়াম্না চাওশিন্না হৈরকই। য়ুমদা প্রাইবেৎ তমদ্রবসু য়াই হায়নরকই। চোঙ্জোনসু মাগী মণ্ডশিংনা অঙ্ক হৈরকপগী পাউ তারে। অফবা মীদি থৌগৎপিবা চুমই খল্লদুনা নোংমা থম্বালশংবু উন্নবা চৎলি। মানা স্কুলদু য়োখিবদা ছুটি থারম্বদা ঙাইরি। অঙাংশিং চৎনখ্রবদা ওজাশিংদু থোক্লরকই। ওজা নুপী খরা থোরক্রি। মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লগা চোঙ্জোন্না হংলুই —

"ইচাশা, নখোয়গী মরক্তা ওজা থম্বালশং হায়বীদুবু য়াওরিব্রাও?

— য়াওরি খুরা।"

থোরকইবী ওজাশিংদু চৎপা লেপ্লগা চোঙ্জোন্দা মায় ওনশিল্লকই। হৌজিক খুল্লকখিবী ওজা তবাবীনা থম্বালশংদা খূৎ থিল্লদুনা মখা তারকই —

"ওজাসিনি ওজা থম্বালশং হায়বীদো খুরা।

— ও, ও, ইবেম্মসি ওইরেকো।"

থম্বালশংদা য়েংই। মাগী থম্মোয়দা থম্বালশংবু থাগৎলম্বা য়াই। শক ফজবগী মতিক মগুন লৈ খল্লম্বসু য়াই। পাউ তাবদা হরাও তয়াম্না থম্বালশংবু থাগৎপদু শকফম উরবা মতমসিদনা হেন্না নুংঙাইবগী ঈথক্কা লোয়ননা থাগৎনীংলমগনি। চোঙ্জোন্না মীকুপ খরা তুমিন্না লৈবসিদা থম্বালশংনা হায়—

"খুরা, করি হায়বিগদবা লৈবগে, তাকপিয়ু।"

চোঙ্জোন্দু লৌশিং খংলাক লাকপগুম্না অফিং অফাইনা হায়রকই—

"এ! করি থোইদোকপা লৈতে ইবেম্মা; ইবেম্মনা স্কুলসিগী অঙাংশিংবু অঙ্ক য়াম্না হৈহল্লে তাবদা নঙ খুরানা ইবেম্মবু থাগৎপা লাক্লিবনিনে।

— ঐদি করিসু হেন্না হৈজবা নৎচদে খুরা।

— ইবেম্মনা হৈতে হায়দুনা ইবেম্মগী গুন্দু লোৎশিনবা য়াররোইদা। খুল লান্না ইবেম্মনা অঙ্ক হৈবগী অমদি তাকপা হৈবগী ৱারীনা ৱা ৱা লাউরবনিনে।"

মমাঙগী মতমদা স্কুলসিগী অঙ্কগী ফিবমদু করি করম্বা ফিবমদা লৈরম্বগে হায়রসি থম্বালশংনা খঙদে। লাকপা কুইদ্রিবী মানা মদু হংনীংদে, খঙনীংদে। মাগী পুন্সিনা মাগী তুকা থিনীংদে। অহলসিনা হায়রক্লিবসিমদি খুম্বা চুমই; নৎত্রবদি অতাবা মীনা মাগী মওংসিদা চাউথোকই, মী উশিৎতে হায়নখিবা য়াই। তপচনা থম্বালশংনা হায়রকই —

"খুরা, ঐদি ঐনা খঙজবদু তাকচবদনি, ময়াম্না নুংশিবিদুনা হায়নবিবা ওইরমগনি।

— ইবেম্মনা ইথৌ মশক খঙনা তাকপদুদা স্কুলসিগী অঙাংশিংসি অঙ্ক য়াম্না হৈরে; হৈরবনিনা হরাওরেদো। অঙাংনা হরাওরবদি মমা মপা ওইবা, মপু ওইবা ঐখোয়সু হরাওরেনে ইবেম্মা।"

চোঞ্জোনগী হরাওজবা, লাঙজবসি উবদা তবাবীনা ফাগিগী ৱাঙাঙদা হায় —

"খুরাদি হরাওমন্দুনা ওজা থম্বালশংদা অচা অথক ইংখোলগী য়েন্সাং নাপীকসি মরক মরক্তা পীরক্কদবা মাল্লিবু।

— এ, পীথোকঅস কবিমতা কায়দে। অদুদনে, ঐগী ইশুসু স্কুলসিদা তম্লিবনিনা ওজাদা বানোম্মে হায়দুনা মিংচৎ থীহনগনিনে: মদুদি ঐহাক পাম্ফাৎতে।"

চোঞ্জোনগী ৱাসিদা ময়ামদু হরাঙ্জা, পূক্লিং মকা লাম্না তায়। অদুবু চোঞ্জোনগী ৱাখলদা মখোয়বু মতম শানো ফাজিন্দুনা থম্মীংদে, মখোয়না হৌবদা থেঙখিনি। মানা মরম ওইদনা থেঙহন্না হায়বসিসু চুমদবনি। চোঞ্জোন্না হায়রকই --

"যৌরো য়ৌরো থেঙলনি; স্কুলসিদ ওজা অদুম ওইয়ুকো; অতোপ্পা স্কুলদকা চংখবদি ঐহাক্তী য়ারেহৈদবনি। অদুগনে ইবেম্মা, স্কুল চথোক চৎশিন তৌবদা খুরৌ খানা অয়েৎপা থেংনববা, ঙাওশিন্নবা মীকা থেনেরবদি ঐঙোন্দা পাউ পীবিকউ, ঐনা মাইয়োক্লগে।"

চোঞ্জোনসি মতম অমগী মরীংজেল লৈবা, থৌনা ফবা মীনি। মতমসিনা ঈচেল অমা ওইনা চেনবাসিদা মাগী পাঙ্গল থৌনাদু ময়াই চমহনবদগী থৌনা খরা হল্লে। মতম অমগী নুপা থোক্লা মাইয়োক্লবা যাবা চাংয়েংদু ঙসিদি লৈত্রে। অদুমকপু অচুম্বগীদমক্তা থৌনা ফনা মাইয়োঙ য়ারি; অরানবা তৌবা নহাগা লাম্বা তৌরি।

ৱারীসি লীরগা চোঞ্জোন্না য়াম্না পেঞ্জদনা, নীংঙমদনা হায়রকই —

"অদুবুনে, মীওইবা হায়বসে মবুক ফৎনদেনে চলাম্বা। মী অমনা ঈনাক খুনগৎলকপা, য়াইফরকপা উরগা লূৎ চঙনীংলকপা; মিংচৎ লৈনা থবক

তৌরকপদা য়েক্লবা মশীং হেনগৎলকপা হায়বসি মীওইবা কৌবা জীব অসিগী হৌননী ওইরমাল্লেনেকো ?"

চোঞ্জোন্না হায়রকইবসি চলাম্বসু খঙই। চোঞ্জোন্দা ফাওরিবা মীংঙমদবা, পূক্নিং নুংশিবা, মীনা লাকচখিবগী পেন্দবা, শাউনীংবা পূন্নমকসি চলাম্বদসু ফাওরি। থম্বালশংবু স্কুলদুদগী তোকহল্লকপগী ৱারী, মরমদু চলাম্বসু খঙই। অদুবু মীচঙ লৈজদবা, অচুম্বা তৌনীংবা চিরোল হৈতবা মীদি তোয়না পূক্নিং নুংশিবা শাউনীংবা, পেন্দবা কয়াসি মাইয়োক্লবা তাই; মশানা মাইথীরে খঞ্জবা তাই। অসুন্না মতম অয়াম্বদা খঞ্জগদবনি খন্দুনা লৈরি। চলাম্বনা হায়রকই—

"খুরা, হৌজিক্কী মতমসিদা, মী হায়বসিদি ঐনা ফরগসু পূকচেল ফজথোকপা য়ারমদ্রে। ফত্তবা মীনা মশাগী ওইজবা ফংনবা হোৎনবদা অফবা মীদু অৱাবা তাই। মসি কোন্না থোক্লরগতা খঙলকই।

— নতৈমদা থোকখিবদু মদুমক্নি। অদুবু মানা স্কুলদুদগী হেক তোক্লকপগা অঙাং ফন্না য়াম্না , ঐগী ইশুশিংসু য়াওনা মখোয়গী স্কুলদুদগী তোক্লখিবনি।

— মদুসু ইতৈমনা অঙাংশিংদুদা ঈনশিন্দুনা তোক্লরিবনি হেক্তা হায়বিরিবনি।

— ফত্তবা মীগী মফমদদি নুংশিবা ৱাহৈ কয়াসি চিরোল ওইনা খনবনি; থেংনবা পোং পূম্বা হূ ওইনা উবনি। অদুনা মী খুদিংমকসি মখোয়গী য়েক্লবা ঙাক্তনি। মতম পূম্বদা মশাগীতা খন্দুনা থবক তৌবা অদুগা অতোপ্পা মীশিংবুনা মাঙনবা শীনবা হায়বসি মখোয়গীদি তৌদবা য়াদ্রবা থবক ওইরিবনিনে।"

থম্বালশংনা অৱা অনা থিদনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা স্কুলদুগী ফনবা থবক কয়া তৌখিবনি। মদুমক্তা স্কুলদুগী চাওখৎ খোঙথাংদা ফন্না য়াম্না মতেঙ ওইখি। স্কুল কমিটিগী মীওইশিং হরাওজখি, পেঞ্জখি। নাকল অমদনা স্কুলদুদা তল্লিবা অঙাংশিংগী মমা মপাশিংসু মচানা ফরকপা উরগা হরাও নুংঙাইজখি। অদুবু থম্বালশংবু অরানবা তাহন্দুনা স্কুলদগী তাম্থোকপা মতাংদুদা মাগী মীচঙ কনা লৈখিদে। মাগীদমক মাইয়োঙ য়াবিনবা কনাসু চোংথোরকখিদে। চোঞ্জোন্দংদি খৎননবা থোরকখি।

থম্বালশংবু স্কুলদগী তোকহল্লে হায়বসি চোঞ্জোনসু মশুশিংনা তম্বদগী তারে। হেক তাবগা লীচৈ মরু পানবা অমা পায়রগা থোরকই। ৱা ইঙাঙ ঙাঙদনা হেদ মাষ্টরগী কাদা চঙলকই। হেদ মাষ্টরগী মাইয়োক্লবদা থারিবা চৌক্রি অমদা শাউনা ফমই। তৌরিবা মওংসি খঙলবা হেদ মাষ্টরনা তুংলোমদা

খরা হন্দোক্লগা ফমই। মহাক্না খঙই, চোঞ্জোন্না য়ানীংদবা মতাংদা পায়রিবা লীচৈদুনা খঙহৌদনা ফূবসি চোঞ্জোনগী হৈনবীনি। মদুদগী নাথৈনবা, লীচৈনা লাম্বা ফংদবা মফমদা ফমহৌবা হায়বসি তঙাইফদে। চোঞ্জোন্না হৌগৎলক্লবদি মাসু হৌগৎকনি চঙ শিল্লক্লগদি চখোককনি।

হেদ মাষ্টরনা থকশি খাশি লৈনা হংলকই —

"তাদা করি থবক্কী ?

— খৎনগে হায়দুনা লাকইবনি; ঐনা শাউনা লাকইবসি উরগা খঙদ্রাও ?

ঙসিদি অরানবা তৌবা নখোয় খরদি ঐগা লাম্বা তৌবা তারে।"

হেদ মাষ্টরসু খঙই, চোঞ্জোন্না লাকইবসি থম্বালশংবু তাঙ্খোকপগা মরী শোয়দনা লৈনগনি। খঙশিন্নদবা শারদুনা হংই —

"করি মতাংগী ওইরবনো তাদা ?

— ওজা থম্বালশংনা স্কুলসিদা লাকপদগী স্কুলসিগী অঙাংশিং ফরকই, অঙাং মশীং যামখৎলি হায়বসি ইবুংঙোদি খঙব্রা ?

— খঙজে।

— খঙলগদি নখোয়না স্কুলসি মুৎনবা শীল্লিবা করিগীনো ? অঙাং মাঙনবা হোৎনরিবসিবু চুল্লিব্রা হায়বনি ?"

হেদ মাষ্টরদু খুমদে, চোঞ্জোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। চোঞ্জোন্না হায়রিবসি নমথাক্লি, অরানবনি, কান্নদবনি হায়বগী য়ানীংদবা মীৎয়েংদু নত্তে। শাউনা লাকইবা, পেন্দনা, অচুম্বদা ঙাঙলিবা অহলসিগী ৰাঙাঙদা মরক থৎলুবা হায়বসি ফূরকপা য়াই; অদুনা চেকশিনবা ওইনা তুমিন্না লৈবতা ওইরি। চোঞ্জোন্না মখা তারকই —

"নখোয় নশেল লৌতুনরগা ওজা থম্বালশংবু তাঙ্খোকপা নৎত্রো ? নখোয়না মাবু কল্লক্তুনা তৌরিবা থবক নৎত্রো ? অফবা মীবু য়োকখৎপা, অচুম্বা তৌবা মীবু তেঙবাংবদা নখোয়বু মঙলাক্লদুনা শিরদ্রাও ?"

হেদ মাষ্টরদু খুমদ্রি। চোঞ্জোন্না শাউনা ঙাঙলিঙৈদা মরক থৎলুবনা হেন্না শাউবা য়াই। তাল্লক অমা য়েংলগা খুম্বনা ফৈ খন্দুনা লৈরি। চোঞ্জোন্না অমুকসু হায়রকই—

"স্কুলসিনা ফরকপা হায়বসিবু নখোয় ঐখোয়গী মায় পাকপা নৎত্রো ? অদুগা নখোয়না অসুক য়াম্না নবুক ফৎত্রিবসিবু করিগীনো হায়বনি, মাফত্তা নখোয়বো ?"

হেদ মাষ্টরনা ইখুম খুমদবা, মাতনা ঙাঙবসিদা চোঙ্জোনসি খজিক্তং তপথরে। ৱা ঙাঙবা ঙাইহাক লেপই। মসিদা হেদ মাষ্টরনা ৱা ঙাঙনবা তৌরকই। খোঞ্জেল য়াম্না নেম্না হায়রকই—

" তাদনা তাকপিরিবদু অচুম্বা ঙাক্তনি।

— চুম্মগদি কৈদৌবগী ওজা থম্বালশংবু স্কুলসিদগী তাহোকইনো ? অমুক হাপচিনগদ্রা, হাপচিল্লোইদ্রা, মদুদা হায়য়ু।

— তাদা, হন্দক্কী থবকসি কমিটিগী খুৎনি; ঐগা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনজদে।

— অদুবু কমিটিনা তৌবা অরানবদুদা ওজা নখোয়না য়ারিবা করিগীনো ? ইশা ইশাদা থোক্লরবদি তুমিন্না লৈনগদ্রা ? নত্তে ইবুংঙোসু লৌতুনবসিদা য়াওরিব্রনে ?

— মদুম্না তাকপিগনু তাদা, তপথবিয়ু; ঐগী ৱাসি হান্না অমুক্তা তাবিখো। ওজা থম্বালশংদু ঐনা খ্বাইদগী হেন্না ঈকাই খুম্মনা, থাক ৱাংনা থমজরিবনি অমদি লোয়নজরিবনি। মাবু তাহোকপসিদা তাদনা নুংঙাইবিদ্রিবা অদুগুম্না ঐসু নুংঙাইজদ্রিবনি। অদুবু ঐগী উপায় লৈহনবিদবসিদা পাঙ্গল থোক্তবনি।"

কমিটিনা অচুম্বনি হায়না লৌখিবা ফিরেপতু চোঙ্জোন্দা মথং মথং হায়রকই। থম্বালশংবু অরানবা তাহনবদুগী ৱারী লিশাংদু তমই। ওজা ময়াম্না কমিটিগী মাইয়োক্তা লেপ্তবা, লিংজেল মান্নবা ঙমদবা থম্বালশং অমদি হেদ মাষ্টরগী অততাই তাগদবা কয়াসি ময়েক শেংনা তম্লবা মতুংদা হেদ মাষ্টরনা হায়রকই —

"অদুনা তাদা, ঐসু ওজা থম্বালশংবু কন্নীংলবসু খুৎ তেকখিবনি। হায়দ হায়বনরগা কমিটিনা অসুম্না হায়রকই, মখোয়না ফনি খন্দুনা তৌরিবা থবক্লি; স্কুলসিগী মাঙবা, তোংবা কমিটিগীনি, ওজাশিংগী নত্তে। কমিটিগী মথৌদা ওজাশিংনা য়েংশিনবিরক্লু। অদুনা তাদসু ৱাফমসি তেনশিনবিরো, অঙম অরায় খঙদবা কমিটিগী ৱাঙাঙসি তারগা পূর্ন্নি নুংঙাইবিরক্কনি।"

চোঙ্গোন্দু থব্রায় খংশোন শোঙ্গরকই। ফহন্নীংদুনা মীগী মচা ফুরুবা, চৈরুবদু মমা মপানা নখৌ লৈতে, ইচানি তৌনীংবা তৌসনু হায়রকপদা ঈকাই নুংশি য়ান্নবগী থৌদৌদু তাগদৌরে। উপায় শুংলৈ লৈতবগী মতৌগুম্না তপ্না মায় নোঙ্গদুনা হৌগৎলকই। হেদ মাষ্টরসু হৌগৎলকই, চোঙ্গোনগী নুংঙাইতবদুদা শরুক য়ারদুনা হায় —

"তাদা, ইচিন ইনাও ঐখোয়না হৌজিক তৌবা য়াবা হায়ববু ওজা থম্বালশংবু অতোপ্পা স্কুল অমদা ওজা ওইনবা শীনবিবদু মঙাইরে। স্কুলসিদদি ফগনি খল্লবসু করিগুম্বা অমত্তা হৌদোকপিরগনু; মদুনা ঈকাইনবগী মচাক শোয়দনা ওইগনি।

— ফনি ইবুংঙো।"

চোঙ্গোন্দু চৎননবা থোরক্লে। থোঙ য়ৌরকপদা মায ওনশিল্লগা হায়—
ঐবু ব্বারৌনুকো।

পাউখুম ঙাইরমদনা থোরকখিবনি। ব্বারীসি তারগা চলাম্বগী থম্মোয়দা চোঙ্গোনবু মখোয়গী মী ওইরে হায়বগী চাউথোকচবা অমদি হরাও নুংঙাইজবগী ঈথক ঈপোমদু হান্নদগী হেন্না কন্না হৌরক্লি। চলাম্বনা হায় ---

"হৌজিক্তী খুরা, পুম্নমক্কু হৌখ্রবনি খল্লে, কনাদসু ঐখোয় ব্বারৌদ্রে। ইতৈমগী লাইবক্তা করি তল্লম্বনো, মদু য়েংবা তারে।"

মানা খোইরিবা লৌ ফৈদোমদু লোইরে, মথংগী ফৈদোমদুদা খোইরুনবা লৌরী লাঙ্গোকই। চৎন চৎনা হংই —

"খুরাহোয়গীদি ঙসি লিংলগা লৌ লোইদৌরম্মনি ?

— লৌরাক অমা ব্বাৎলি। নখোয়গীদুদি কৈদৌঙৈ লিংদৌরিবা ?

— নুমিৎকা তমদ্রিদা খুরা। লৌহোনসু থা ফাদ্রি, ঐখোয় তাচৌনা লৌওন খরা য়ামহনবদু পাল্লিয়ে।

— কন্না হোৎনৌ, শূবা নোম্বা কল্লীবমখৈ ফবনি। মীঙোন্দা হায়জদনবা থবক শূবদা তনগনু, থবক্তা চীলহাও থিগনু।"

থবক শূবা কনবা চীংখৈ অমদি চলাম্বগী থৌনাবু চোঙ্গোন্না থাগৎপিরি, পূক্লিং থৌগৎপিরি। মখোয়গা খঙনখিবা নুমিৎতুদগী ঙসি ফাওবদা চোঙ্গোন্না মখোয়বু মামক্সা পোকচবা মচাগুম্না নুংশিবিরকই। শৌগৎপা য়াবা মতাংদা

শৌগৎপিরকই, তেঙবাংবা য়াবা থবক্তা তেঙবাংবিরকই। মচিন মনাওসু অহলসিবু অপোকপা মপাগুম্না লুনা, কিনা চৎলি। থোইদোক্লা মচিন মনাওগী পূকচেল শেংবা, থক খাগী চৎনবী খঙবা লমচৎ, ৱাঙাঙ কয়াসিদা চোঞ্জোনগী পেঞ্জবা লৈ। অমরোমদা চোঞ্জোনগী মচানুপাদি অদুক হাক্লা ফিদম্নফম ওইদে। নাপী খুল্লিবা লৌফমসিদা যম্পোৎ খোইরিবা মচানুপাসিগী লমচৎ শাজৎতা চোঞ্জোন্না খোয়দৌ থীৎনা য়ানীংদে। মরক মরক্তা মখোয়গী কোৎতগী ফৌ হূরাল্লি; লৌ য়ৈবদা লৌফমদগী ফৌ বোরা অমা নৎত্রগা অনী লোৎশিনগনি। থবকসি চোঞ্জোনগী খ্বাইদগী হেন্না শাউনীংবদুনি। মচিন মনাওগী মতৌবু কল্লকচনা চোঞ্জোন্না হায়রকই —

"ঐগীদি নচিন ননাওগুম্বা ইচা অমা ফাওবা হেক য়াওদে।"

যম্পোৎ খোইরিবা মচানুপাদুদা খূৎ থিন্দুনা মখা তারকই —

"তু, আদগী নয়াম্বসে, মানা যম্পোৎ খোইরিবনি হায়দুনা তৌরিবসি অনেকপা মীগুম্না শূরিবনি। মবুক্লা ফৎত্রিবদি থবক শূবা খুদিংগী লৌতান্নে, ফৌনা মরোল অমা হূবাল্লিবা, ঐনা ফনা চেকশিন্না শেন্নজে হায়বদু মঙাই, হেক্তো হূরানখি।

— খুরাহোয়গী কোৎতগী হূরাল্লিব্রা ?

— হোয়নে, ঐখোয কোৎতগী হূরিবনিনে। ফনা হায় ফৌতদি হূগনু; ফৌওইবী লাইরেম্বীনা য়াম্না শাউবা থবক্নি। হয়েং তুংদা য়াম্না ৱাবনি। অদুবু তোকপা শুক্লে লৈতে।"

চলাম্বদু মাগী ৱা তাদুনা লৈরে, যম্পোৎ খোইদ্রে। মাবু ফাজিন্দুনা থল্লীংদে, চোঞ্জোন্না হায়রকই—

"নঙসু খোইরো, খোইরো: ঐসু মথংগী ফৈদোমসিদা নাপী খুল্লুরগেকো।"

চলাম্বদু যম্পোৎ খোইবা হৌরে। মাসু অখুনবা নাপীদু লৌরীদা থল্লগা মথংগী ফৈদোমদা নাপী খুন্নবা কুমথৈ। মবানী লাপ্পবদগী ৱারী শান্নবদু মখা থখদ্রে। অদুবু অনীমক্কী পূক্লিংদদি মবানীনা হৌজিক শান্নখিবা ৱারীদুনা চৈথোঙ পীরি।

৩

খুলগী বস পার্কিংদা থম্বালশংনা বস লাকপা ঙাইরি। মনাক অদুরাইদা অতৈ মী খরসু বস লাকপা ঙাইরি। বসসু লাকফম থোকপা মতমদা লাক্তে। খরা থেঙনা লাকপনা মী হেন্না ফংগনি; মদুগীদমক্তা থৌওইনা লাকত্রিবা ওইরম্বসু য়াই। ময়াম্না ঙাইনরিবসি ঙাইহাক ওইরে। থম্বালশংনা অতৈ অতৈ মফমশিংদা য়েংলুবদা নুপী অমদা মীৎয়েং থোক্লুরে। মনাক অদুরাইগী দুকান মচা অমগী ফক্লাংদা ঙারগা নুপীদু উইরি। মহৌশাদগী হৌনা উইগল্লম্বা য়াই। তূমগনবা মীদি মফম চাদ্রবস্, লাঙলবসু হেক্তা তূমই। থম্বালশংনা ওজা ওইরিঙৈদা খরা তূমগনবা অঙাংশিংনা কালেনগী মতমদা লাইরিক তাক্লিঙৈদা ক্লাসতা উইবা য়াওখি। অদুগুম্বা অঙাংশিংদু থম্বালশংনা ঙাইহাক লৈতনা পারা হংদুনা লেপহনগনি; ফম্ফমদগী থোরকহল্লগা ব্রেক বোর্ডতা ইবা য়াবদু ইহনগনি। ফম্বা, লেপ্পা হৌরক তৌহনগনি। ফূবা, থীনা ঙাঙবা খক তৌরোই। য়াম্না তোয়না উইগনবা অঙাংশিংগী মশকশিংদু থম্বালশংগী মীৎতা হৌজিকসু উরক্লি। অদুগুম্বা অঙাংশিংদুগা ঙসিদি তোৎন তিন্নবা ফংদ্রে খল্লুবদা মাগী থম্মোয়দু নুংঙাইরক্তবা ফাওরি। মতমদুগী অদুগুম্বা পুক্নিদুদগী লম্বী লম্ফেনরবগুম্না তাম্নরে। তুরেলগী ঈচেলদা চুম্না তাউথজগদবা কাউশিংদু নাক য়েংকী লৈরায়না নৎত্রগা করিগুম্বা মরম খরনা নুংশি হৈতবগী শক্তম লৌদুনা কাউশিংদু ঈচেলদগী তোখায়হন্দুনা লৈরায়দা নপহনবগুম্না থম্বালশংসু মতমদুগী পুক্নিদগী নাইতোম তাহৌরে।

মানা লাইরিক তাকপিখিবা টোর্চ হাই স্কুলগী অঙাংশিং লাইরিক তম্লুনবগী লম্বীসিদা চৎপা য়াওনরি। অঙাং অমদি সাইকলদগী কুমথরগা থম্বালশংগী মনাক্তা চঙশিল্লকই, হরাওনা কৌরকই; অদুগা লাংতক্লনা হংজরকই —

"ওজাদি ঐখোয়গী স্কুলদা অমুক হন্না ওজা ওইররোইদ্রা ? ঐখোয়বু অমুক হন্না অঙ্ক তাকপিররোইদ্রা ?"

রাহংসিনা থম্বালশংদা খাঙঙমদবা চৈনা অমা পীরকই। রা ঙাঙবা ঙমদে, অঙাংদুগী রাহংগী পাউখুম করি পীগদগে খনফম খঙদ্রে। অঙাংদুনা মখা তানা হায়রক্লি —

"ঐদি, ওজানা নহালব্রাই অঙ্ক তাকখিবদু মদুতা নীংশিংদুনা লৈ। হৌজিক অঙ্ক তাক্লিবা ওজাসিদি তাকপসু হৈতে, খঙবা ঙমদে। ইমান্নবা ময়ামসু অসুন্না হায়নৈ। ওজা, ঐখোয়গী স্কুলদা অমুক হল্লকখোবা।"

থম্বালশংদু হেন্না পূক্লিং নুংশিরক্লে। মাবু নুংশিবা অঙাংশিংসু লৈরি খনবদা থম্মোয়দু পেঞ্জবা অমদি নুংশিবনা থল্লক্লে। মাগী থম্মোয়দা ফাওরিবদু অঙাংদুদা করন্না ফোঙদোক্কদগে খঙদ্রে। ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না থম্মোয় মৈচাক খাঙদুনা লৈবসিনদি অঙাংসি স্কুল চৎপদা থেঙলনি খন্দুনা থম্বালশংনা অঙাংদুদা, মমা ওইবীগী নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংলগা তপ্না হায়রকই —

"ইবুংঙো, নঙ স্কুলদা চৎলো থেঙলনি।

— অদু, ওজাদি ঐখোয় স্কুলদা অমুক হন্না লাক্লরোইদ্রা ?

— লাক্কদবা মান্দ্রে।

— করিগীনো ওজা ?

— মরম য়াম্না লৈ, নঙনা খঙলরোই।"

অঙাংদুনা কিরপ তৌনা হংলকই —

"ওজা পারীনদি, ওজাসি মরাল লৈবদগী তোকহনবনি হায়, চুমব্রা ওজা; ওজানা করি অরানবা তৌরুরবগে ?"

থম্বালশংদু পূক্লিং নুংশিরম্বদগী শাউনীংবদা ওল্লক্লে। কনা অমা ওইরল্লবদি লমন খুন্নীংবগী মৈচাক্লা চাক্লম্বা য়াই। মীনম্বগী লাল্লোংনা অচুম্বা শকখিবগী থৌদোক্তু অঙাংসিদসু পারীনা লীরমাল্লে; অঙাংসিনা থম্বালশংবু মওং অমা ওইনা খল্লবগুম্না হায়রক্লি। মাগী অশাউবা পূম্বদু মনাক্তা লৈরিবা অঙাংসিদা তায়নদনবা অশাউবা অমদি নুংঙাইতবা পূম্বা ফাথরগা থম্বালশংনা হায় —

"ইবুংঙো, ঐহাক অরানবা খক তৌখিদে, ইরাল লৈখিদে। অদুবু মসিগী ব্রারীসিদি য়াম্না শাংই, হয়েং কোন্না হায়রগে; ঙসিদি নঙ স্কুলদা চৎলো থেঙলনি।"

অঙাংদু মতেক খরা থিন্দোকপিরে। অঙাংদুনা সাইকল তোংলমদাইদা থম্বালশংনা য়াইফ ব্রাহৈ হায়রকই—

"লাইরিক কন্না পাওকো: নমান্নবদগী মীকোক থোংদুনা অথোইবা মী ওইনবা কন্না হোৎনৌ।"

অঙাংদু চৎখ্রে। থম্বালশংসু চৎখ্রিবা অঙাংদু ঙাইহাক য়েংলম্লগা মানা হান্না লৈরম্বা মফমদুদা হুঞ্জিল্লকই। মাবু অরানবা তাহনবা থৌদোক্তুনা থোকখ্রবা মতুংসিদসু অরানবদু অচুম্বনি উৎনবা, মাগী মরমদা শন্দোক্লিবা ব্রারী, ব্রাঙাঙ কয়াসি তোকপা লৈরমদ্রি। মাগী ইমুংনা অমদি মশানা তুমিন্না লৈজবদনি, থৌদোক্তুদা চেন্নবা মীওইশিংদুদি ঙসিসু মাগী মরমদা ঙাঙবা তোকত্রি হায়বসি থম্বালশংনা খঙলক্লি। নাকল অমরোমদা ফত্তবা মখোয়গী ফৎত্রবা থবকশিং লেপ্তনা তৌজরবসু নাকল অমরোমদদি মাবু নুংশিবিরিবা অঙাংশিংনা মাগা থেংনবা মীকূপসিদা হরাও তয়াম্না কৌবিরক্লি। মখোয়বু মতম অমদা লাইরিক তম্বীরম্বা ওজা অমনি হায়বগী ঈকাই খুম্নবগা লোয়ননা কৌবিরক্তুনা নীংশিংবিরি। মসি ওইরমাল্লে ওজা ওইবগী হরাও নুংঙাইজবসে। তাঞ্জাসিদা ওজা পারীদু সাইকল তোংলগা লাক্লি। থম্বালশংনা কৌরন্দ্রবসু মানা শোয়দনা কৌরমগনি। থম্বালশংসু খুমগনি; তৌবতদি থম্বালশংনা খুম্নীংবা মীকৌদ্দি ওইরোই। করিগুম্বা থম্বালশংনা কৈথেল কাবগী নৎত্রগা থবব: অমা চংপগী ফি অহনবা শেংলগা থোরকপা, বস ঙাইবা, শোরাং চৎপগী থোবকপা ফাওবদস্ পারীনা ব্রাহং হংদুনা কৌগনি। চপ মান্নবা ব্রাহৈগী নীকৌনি। থম্বালশংগী মনাক য়ৌশিল্লক্রবদা য়াম্না লুনা চান্না তিন্নবা মরুপকুম্না পারীনা কৌবকই - -

ওজা, ঙসিনা কদায়দা ইন্টর্ভিয়ু য়াওবিদোইনো ?"

ব্রাহংগী মীকৌসি থেংনবা খুদিংগীনি। কৌরম্বতনি, থম্বালশংগী পাউখুম ঙাইরমদনা অদুম চৎথিগনি। হৌজিকসু হন্না য়েংলমদনা চৎখ্রে। নোক্লি নোক্লিন্দু তৌরমই। মীকৌদা নকশিন্নবা মানবনি; থম্মোয়দদি লক্লবনি, করেম্নবনি, কল্লক পেনবনি। পূম্নমকসি থম্বালশংসু খঙই, অদুবু খঙশিন্নদবা শাবা তারি। মরমদি পারীগা মান্নদুনা খৎনবদু পামদে। করিমত্তা ব্রারৌদনা খুম্ফম থোকপদু খুমই --

"স্কুল অমগী য়াওজগে তৌবনি ওজা।"

নোংদম্ববু খূৎশেন্না লাকশিনখিবদগী তুশোন্নরবী থম্বালশংনি। পারীদা মতিকচাবা পাউখুম পীহৌদে। পীরোই খল্লকপসু কুইরবনি। ব্রাথোক থোক্লগা নুংঙাইজবা, অরায় অখুম তৌনরগা হরাওজবা, মীবু করেম কথাইনরগা, লক্লরগা পেঞ্জরিবা মীওইসিদা অথীবা ব্রাহৈ হায়রুবগী লেমজনীংঙাই লৈতে। পূম্নমকসি মানা স্কুলদুদা ঙসিসু ওজা ওইদুনা লৈরম্লবদি মাইয়োক্লরল্লোইদবনি।

লম্বীসিগী মপান্দা ফম্লগা বস লাকপা ঙাইবগী থম্বালশংনা হৈনদবা

অমসু মাঙোন্দা লৈরি। মমাঙগী মতৌগুম্না চাইবীদু সাইকল অমা তোংলগা স্কুলদা মচা থিনবা লম্বীসিদা লাক্কনি। মবানী থেংনবদা খংন চৈনবা নৎত্রগা অথীবা, অয়াকপা ৱাহৈশিং ঙাঙনরোই। মতম খরগী মমাঙদা চাইবীনা হায়জরকপা ৱাফম অমা থম্বালশংনা য়াখিদে। মদুগী মলোমদু চাইবীদা লৈরম্বা য়ারি। অদুনা, মবানী থেংনবদা চাইবীনা থম্বালশংদা উশিংতবগী মীৎয়েংনা য়েংলম্বা য়াই, করেম্নদুনা নোকশিল্লম্বা য়াই নৎত্রগা অসুম্না হায়রম্বসু য়াই —

"থম্বালশং নঙদি কমদৌরি, ওজা ওইবা তোক্রবনিনা ৱাই শংলেনেকো ?"

হান্নদি 'ওজা' হায়নদমক কৌরম্বনি। খরা লৈরগনা 'ওজা থম্বালশং' হায়না অমুক কৌই। হৌজিক্কা ওজা ওইদ্রে হায়বগী মওংদা 'থম্বালশং' অমদি 'নঙ' হায়না নমদুনা কৌরে । অসিগুম্বা উশিংতবগী মওংসি মাইয়োক্নগদবগী শরুক উন্নদবনা ফৈ খল্লি। মচি মরুম ওইবা মফম অমদা চঙশিল্লি। চাইবীদসু নত্তনা চাইবীগী মপুরোইবা ইবোচৌবসু থম্বালশংনা উন্ননীংদে। ইবোচৌববুনা হেন্না উন্ননীংদে।

নোংমা ইবোচৌবদু স্কুলগী রেসেসকী মতমদা স্কুলদা লাকই। হেদ মাষ্টরগী কাদা লৈরমই। থম্বালশংদু হেদ মাষ্টরনা পিওন থারক্তুনা কৌরকপদগী লাকই। থোঙজিল য়ৌবদা ইবোচৌবনা ফল্লিবদু উরে। চৎপা লেপই। মনুংদা ফল্লিবা মখোয়না উদনবা ফক্লাং মরুমদা লৈশিল্লগা লৈরে। মিনিট অমরোম ৱাখল খল্লি —

"চঙউখিগদ্রা, চঙলরোইসিরা ? চঙউরগদি ৱাশক কায়রনি। খঙনা, উনা ইশানা ইশাগী ৱাশক থুগায়রনি। চঙদ্রগনা হেদ মাষ্টরগী ৱা ইন্দবা তারে। মসিসু তৌনীংদে।"

মফমদুদগী থোরক্লগা পিওন্না লৈরিবদুগী মনাক্তা লাক্লে। পিওন্দা হায়রকই —

"তাদা, ঐ লাক্লম্লগা, থোঙজিন্দগী হনখ্রে; ঙাইহাক লৈরগা লাকচগে হায়দুনা হেদ মাষ্টরদা খরা হায়বিয়ু।"

ৱা মখা তারকত্রিঙৈদা থম্বালশংদু চৎখ্রে। মাগী মতৌদুদা পিওন্দু ঙকই। হেদ মাষ্টরগী মনাক্তা লাক্লগা চঙলমদনা, থোঙ মনাক্তা ঙাইহাক লেপ্লম্বা অদুগা হনখিবা, মসিগী মরম লৈরমগনি; অদুবু পিওন্দুনা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈরে। হেদ মাষ্টরগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়রুই —

“ওজা, ওজা থম্বালশংদু লাক্তী লাক্লমই, থোঙজিল মনাকসিদগী হনখ্রে, ঙাইহাক লৈরগা লাকচগে হায়রমই।

— হৌজিক লাকউ হায়রুচোনে। ফল্লিবা ইবুংঙোসিগী ৱা অমা মাগা ঙাঙনগদবনি, চৎলু অমুক্কা কৌরুচো।”

পিওন্দু থোকখ্রে। হেদ মাষ্টরনা হায় —

“লাক্লগদি মাসু চঙলকপনা ফবনি, মতমসি অরেম্বদা মাঙহল্লে।”

তৌরিবা মওংসিদা ইবোচৌবদু পূক্লিং খরা শোৎখ্রে। ঙসিসু মতম অমগী মৈচাক্তু হুইদ্রিমাল্লে খল্লি, ৱারৌবগী চৈনাদুসু কোকত্রিমাল্লে নীংই। মতমদুদা মানা নুপা থোক্লা থবক তৌহনখিদবদু থম্বালশংননি। করিগুম্বা থম্বালশংনা মাঙোন্দা থৌনা খরদং হাপ্পল্লবা নৎত্রগা মাগী অনীংবদা অয়েৎপা পীরমদ্রবা ঙসিগী পূক্লিং নুংশিরিবা অমদি ৱারৌনবগী মলোমসি থোক্লমদবা য়াই।

পিওন্দু অমুক চঙলকই। হেদ মাষ্টরনা মাঙোন্দা হংই —

“লাক্লব্রা?

— লাক্তে ওজা; মাদি লাকচররোই, ওজানা হায়বিগদবদু ঐঙোন্দা হায়বিরকউ হায়রকই।

- ইহে, মদু মাংন্দুনা মাবু কৌরিবনিনে। মাগা তান্নগদবা ৱা অমা লৈ, অদুগীনিনে। লাক্তবা য়াদে হায়রুচো চৎলু।”

পিওন্দু থোকখ্রে। হেদ মাষ্টরনা হায়রকই —

“নহালমখৈদি অসুম্না তৌদবনি, ঙসি মানা তৌরিবসিবু করি নুংঙাইতবা লৈরবনো খঙদ্রে।”

ঙাইহাক লৈরগা পিওন্দু লাক্লে। থোঙ মনাক্তগী হায়রকই —

“ওজা, ওজা থম্বালশং লাক্লে। মসিদা লেপ্লি, করি হায়বিগদবনো?”

হেদ মাষ্টরনা ঙক্লা হংই —

“করিগীনো অদুদা লেপ্লিববো? মনুংদা চঙলকউনে।

— ওজা, ঐ চঙজররোই, ওজানা হায়বিগদবদু হায়বিরকউ।”

ঙসিগী থম্বালশংগী মওংসিদা হেদ মাষ্টরদু হায়ফম খঙদনা ঙকই। হৌগৎলগা থোরক্লে। থম্বালশংগী মনাক্তা লাক্লগা হংই —

"ওজা, করি খুদোংচাদবা লৈরবগে ? কানুংদা চঙসি ব্রাফম অমতং তান্নজগে তৌবনি।

— কানুংদা চঙবদি ঙসিগী ওইনা ঙাকপিরো ওজা।

— করি মরমগীনোনে ?

— মদুসু হায়জররোই, ব্বারৌবিগনু ওজা। করি ব্বাফম্মো ওজানা হায়বিগদৌরিবদুবো ?"

থম্বালশংনা য়ানীংদবসি উবদা হেদ মাষ্টরদু কানুংদা চঙনবা তকশিন্দ্রে। থম্বালশংগী য়াম্না হৈনজদবা নৎত্রগা তশেংনা পামদবা মরম অমা লৈরমগনি খল্লে। তপ্না হায়রকই —

"লাকইবা ইবুংঙো ইবোচৌবসে মানা ওজাবু মুন্না শক খঙই; ওজানসু মাবু খঙই হায়। মাগী মচা অমা ঐখোয়গী স্কুলসিদা ক্লাস থ্রীদা তল্লি। অঙাংদু অঙ্ক খরা পাঙদে; মাবু অঙ্ক খরা তাকপিয়ু হায়রি। ওজানা শংগদ্রা শংলোইদ্রা অদুগী হংগে তৌবনি।

— ওজা, ঐ মদুমদি ঙমজররোইবু।"

থম্বালশংনা, মশানা চঙবা ক্লাসকী অঙাংদা মশাগী সবজেক্ততা প্রাইবেং তম্বীদে হায়বসি হেদ মাষ্টরসু খঙই। ইবোচৌবগী মচাবু প্রাইবেং তম্বীরোই হায়রিবসি মদুগা মরী লৈনব্রা নীংদুনা হংই —

"ওজাদি ক্লাস থ্রীদা সবজেক্ত লৌদবদাইনে ? অঙাংদু খরা তাকপিবদা করি কায়বগে ?

— ওজা, ঐ তম্বীরোইদা।"

কানুংদা ফল্লিবা ইবোচৌবদু ঙাঙনরিবসি তারদুনা থোরকই। মানা খোঙ নাম্মা থোঙজিল হেক কাহ্নোরকপগী অদুদা থম্বালশংদু হকচাং পূম্বা লৈথোকখি। মায় ওনশিল্লক্তনা হায়রকই —

"ব্বারৌবিনু ওজা, ঐ চৎচরগে।"

থম্বালশংদু চৎথ্রে, হন্না য়েংলমদে। মাগী য়ানীংদবা, হৈনীংদবা মতৌদুদা হেদ মাষ্টরসু খামদ্রে। মথন্ত হংজৈ —

"ঙসি মাগী মতৌসিবু করিনোনে ?"

উপায় লৈতবনিনা চৎথ্রিবদু য়েংদুনা লেহৌই। ইবোচৌবনা হায়রকই —

"ওজা, হায়বিরুরনু, ওজাগীসি য়ানীংদবা মরম খরা লৈরল্লগনি, অদুননি।

— ইবুংঙো, অতোপ্পা ওজা অমবু তাকহল্লসি, ওজা থম্বালশংদি নাতৈ চাদৌবা মান্দ্রে।

— মাগী লমনসি লাইরিক তম্লিঙেদগী হৌনা ঐনা তোল্লক্লবনি। মদুগী লমন্দু শিংহৌদে, অদুনা ৱারৌরম্বসু য়াই।"

ইবোচৌবদু নীংবা কায়না হনখি। থম্বালশংসু নুংশূক নুংজান্নবা উই। তৌরিবা মওংসি হেদ মাষ্টরদা ঙক্কা থোকই।

থম্বালশংগী ৱাখল খনবসি কায়রে। সাইকল তোংদুনা লাকপা নুপা অমনা থম্বালশংগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। সাইকল খাল্লগা থম্বালশংদা হংলকই—

"ইতৈমদি ইন্টর্ভিয়ু চৎকদোইরা ?"

নুপাদুদা য়েংলগা থম্বালশংনা খুমই —

"ঐ, চৎকদোইনি, নঙদি চৎলুরব্রা ?

— চৎলুরে, মতম কক্তনা য়ৈথোকখ্রে।

— করিগী য়ৈথোক্লিবনি হায়বগে ?

— মরমদুদি হায়দে। কেণ্ডিদেৎ য়াম্না লাক্লম্মোই, অদুনা য়ৈথোকপা ওইরমগনি।"

ঙাইহাক ৱারী শারল্লগা নুপাদু চৎখ্রে। থম্বালশংসু তপ্না হৈনীংদনা য়ুমলোমদা হল্লকই। ঙসিগী অসুম্না ইন্টর্ভিয়ু য়ৈথোকপসি মানা হৌজিক ফাওবদা মশীং ফনা য়াম্না থেংনখ্রে। ফোর্মগী শেল তান্নবা ইন্টর্ভিয়ু য়ৈথোকপসু থেংনরে। পাউ চেদা থাগী তোলোপ লুপা লিশিং অনী হেন্না পীনি হায়দুনা কেণ্ডিদেৎ য়াম্না কৌরগা ইন্টর্ভিয়ুদনা চানিপালদগী পীবা হৌগে হায়বসু থেংনখ্রে। হঞ্জিন, হঞ্জিন মরি মঙারক য়ৈথোক্লুরগা তৌখিবা, ওজা খনবগী ইন্টর্ভিয়ু অমা থম্বালশংনা থেংনখ্রে। মদুগী ইন্টর্ভিয়ুদুমুক ফাগি মানবা য়াওখিদ্রি। হেদ মাষ্টরসু মশানা ওইবা, ফাউণ্ডরসু মানা ওইবা অদুগা ইন্টর্ভিয়ুসু মমিংদা ওইনা লৌই। মদুম্না হন্দক্কী ইন্টর্ভিয়ুসিসু তৌগদ্রা খল্লুবদা থম্বালশংদি হান্নদগী হেন্না হৈনীংদ্রে, ইতন্দ তঙ্করে। অদুবু চীংখৈগী থৱায় য়াওনা হোৎনবিবা, পূক্লিং থৌগৎপিবা কয়া অসিদগী মানা নাথৈবা ঙমদ্রি; ইন্টর্ভিয়ু কয়াগা মাইয়োক্লরকই, তুংদসু মাইয়োক্লখিগদৌরি।

# ৪

ফুঙ্গা মনাক্তা চীংখৈনা য়েম্পাক শারি। থম্বালশংনা চাকখুমদা চাক থোংলি। চীংখৈনা হংলকই—

"ইন্টর্ভিয়ু য়ৈথোক্নে হায়বদুদি তাং কয়াদা অমুক তৌনি হায়রমই ?

— মতম কক্তনা য়ৈথোকখ্রেদমক হায়রমই। মঙানি তরানিগী মনুংদকা তৌদৌবা মান্দে।

— করি খুদোংচাদবা লৈবদগী য়ৈথোকপনি হায়রম্বগে ?

— মরমদু তাক্তে হায়। করিগীবু ওইরুনি হায়বগেনে; মখোয়গী খুদোং-চাবা থিবদা য়ৈথোকপা ওইরমগনি।

— অশেংবদু খঙদোক্লবা ঐ হয়েং হংউগে।"

মশা মশাগী থবক্তু লেপ্লদে। ঙাইহাক্তী তুমিন্না মবানীমক লৈনৈ। চীংখৈনা মখা তারকই —

"নঙগী নরাইবকসি ঐখোয়গী লাইবক লৌদুনা থীরমাল্লে। ইন্টর্ভিয়ু ফনা য়ান্না য়াওরে, অমুক্তা হেক খল্লক্তে।

— ঐগী থবক তৌজৌ হায়বা মতমদু য়ৌদ্রিদুনা তৌরিবা ওইরমগনি।

— ঐগীসিদা লাকত্রিঙৈদনা থবক তৌই; হৌজিক ইনাক্তা লৈরবা মতমসিদনা থবক তৌদ্রে: ঐগী ফত্তবা লাইবকসি নঙোন্দসু শরুক থুংলমাল্লে।"

মবানীমক মশা মশাগী থবক্তুদা পূক্নিং লুপ্পরবসু রাখলদদি নুংঙাইতবা ফাওনরি। অরা অনা, লৈত লাইরা কয়াগা মাইয়োক্লদুনা লাক্লবী থম্বালশংবু পুক্নি লম্বী লমশাংসিদা চীংখৈনা উকল ওইরি। তানফম কয়াদা শৌগৎপিরি। চীংখৈসু মখল কয়াগী চৈথেঙ মাইয়োক্লবকই। থম্বালশংনা য়ুমসিগী মৌ ওইদ্রিঙৈদা চীংখৈগী পুক্নি মরেলদুসু নুংঙাইতবা ওইদে। অরা অনা, অরাং

অপা কয়াগা মাইয়োক্লরকই। অদুগুম্বা থৌদোকশিংদু চীংখৈনা লীবদগী থম্বালশংসু তারে। পুম্নমক্তু দগী খ্বাইদগী হেন্না কাউঙমদবা অমথক মীকুপসিদা থম্বালশংনা নীংশিংলক্লি।

চীংখৈনা ক্লাস আইট তন্নিঙৈদনি। মহাক্না ফুদিং খপ্পা চৎলি। অয়াম্বা মতমদা মাদি লাইরিক তম্বা চৎপা ফংলক্তে। চীংজিন্দনা চলাম্বগা মবানীনা মীগী লৌরী য়ানবা, শাবা, লৌহোন ফোয়বা, লৌ পেংবা, কনাগুম্বগী শজিক ফানবা, ষন শেনবা তৌগনি। লৌরোক থাদনা লৌ খাওবা, য়ৈবা য়াওগনি। হাজিরা শূবা য়াবা মতাংদনা শূগনি। লৌ লোকপা লোইখ্রবা মতুংদনা ফুদিং খপ্পা চৎকনি।

ফুদিং মফম অমদগী অমদা অসুম খপ্লকপনা নুমিৎ তাখ্রে, মমশিল্লক্লে। য়ুম হন্নবা মানা পুরকপা পোৎশিংদু লোইশিল্লে। চাক থোংনবগী চরূ কোকথোং অমতং পুখিগে খল্লি। কোক্তা য়েংলকপা খুদৈদু শাংনা থুপচিল্লগা লৈমায়দা ইশাং শাংনা থল্লে। মীনা পানদবা, লৌনদবা; লৌপুনা চরূ লৌবগী চৈরক্লোইদবা মকুম ওইনা তৌবা মপৈদুদগী চরূ খরা লৌরগা খুদৈদুগী মথক্তা থমই। অনীরক শুবা ওইনা চন্দদু লৌবদা অকনবা পোৎ অমা থেংনরকই। করিনো খঙনবা চরূদু লৌথোকই। শঙবাইদগী খরা হেনগদবা ফৌ বোরা অমা লৈরমই। চীংখৈগী থম্মোয়দু খঙহৌদনা অঙকপনা থল্লকই। ঙাইহাক বোরাদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। অদুগা মনাক অদুৱাইদা অতৈ মী লৈরিব্রা হায়দুনা কোইরে লৈদুনা য়েংই। কনাসু উদ্রে। অতৈ ফুদিং খপ্পশিং, চরূ পুনবশিং হন্নরে। মম্বসু মল্লে। ঙাইহাক করি তৌশিগে খল্লবগী তুংদা হান্নগুম্না বোরাদুগী মথক্তা চরূনা কূপশিল্লে; ফুদিং খপ্পদা ফংবা ফৌদু মনঙন্দা পোশিল্লে। চরূ কোকথোং অমা পুনশিল্লগা কোক্তা থোনগৎলে, ফুদিং খপ্পদা শীজিন্নবা হুমাইদু খূৎ নাম্মনা পায়রগা খূৎলৈ থুনা য়ূমদা লাক্লে।

য়ুম হেক য়ৌবগা ইমুংদা চঙই। ফুঙ্গা ৱাংম ৱাংমদা মমাগা মপাগদু হিপ্লি। মপাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়—

"বাবা, ইবানী হৌজিকমক লবুক্তা অমুক্তা চৎলুসি।"

মপাদু চীংখৈদা মায় ওনশিল্লকই। হায়রক্লিবা ৱাসি ইনৌ নৌবনি। হান্না অমুক্তা হায়খিদ্রি। হায়রক্লিবসিগী মরমদু করি ওইরমগদগে হায়বসি মমা মপানা খঙদে। মমাসু চীংখৈদা য়াম্না খঙনীংনা য়েংলকই। চীংখৈনা মখাসু হায়রকই —

"বাবা, কুইরগদি মীনা থেংনখ্রনি, হৌগৎলো চৎলসি ।

— কৈদৌবা চৎকদৌরিবনোনে ?"

মানা থেংনরকপদু তমই। ঙকপগী ঈহুল অমা মশাদা শাগোন্নরি। মপানা ইতপ তপথনা হংই —

"কনাগী লৌদনো ?

— কনাগী লৌনো খঙদে, ইবানী চৎলগা য়েংলুসি।"

চাক থোংলিবা চলাম্বসু ব্রাফমসি তারগা হায়রকই—

"বাবা, চৎলুরোবা, অশেংবদু খঙনবা।"

চীংখৈনা অমুক হায়রকই—

"মদুগী লৌফমদুদা ঙসিগীদি কনামত্তা লাক্রমদে; ফৌদু ঙসি ঙরাং থম্বদি মান্দে।"

অঙাং ওইরিবা মচাশিংবু অরেম্বা পোৎ পামদনবা হৌজিক্তগী হৌনা পূক্লিং থৌগৎপিবা চুমই খন্দুনা মপানা হায় —

"ইচাশা, তপথখো; হুরানবনা থল্লম্বা ওইরল্লবদি ইরাল লৈতবা ঐখোয়সু হুরানবা তাগনি। লেম্না ফংবা পোৎতি ইশাগী অশেংবা লন নত্তে। ইশাগী হুমাংমলনা ফংবা পোৎতু নোংদম্বনা পীবা ঐখোয়গী অশেংবা ইরলনি। মদু নত্তনা মীগী মপোৎ পাল্লোইদবনি।

— অদু ওইরবসু চৎলগদি য়েংলুসি বাবা। লৌফমদু কনাগীনো খঙদোক্লগা মপুদা পাউ পীরুসি।"

মচাশিংনা হায়রিবসি থোইনা লানবা নত্তে, হুরানবা নত্তে, চুম্না থেংনরকপনি। মপু তাক্লগা পীখিবা য়াই। মবুক শেংদবা মীনা থেংনখ্রবদি অশেংবা মপুনা মশাগী পোৎ ফংহৌদবা য়াই। অসুম্না খনবদগী মমানা হায়রকই —

"চৎপিরুরো অদুগা কনাগী লৌফম্নো খঙলগা মপুদা পাউদু পীবিরুরো।

— অসুম্না তৌসিকো ইচাশা। মপুদুদা ঐখোয়না পাউদু পীরুবদা মানা হরাওজবদুনা ঐখোয়গীসু নুংঙাইবা ওইনি।"

মপা মচা চৎলগা লৌফমদু কনাগীনো খঙলুরে । চোঙ্গোনগী ওইরমই। চোঙ্গোনগীদা চৎলগা পাউসি তম্লুরে। পাউসি তারগা চোঙ্গোন্দু ৱাখল মুন্না ঙাইহাক্তং খল্লি; অদুগা হায় —

"তাদগী অঙাংনো থেংনরকপা অদুগা পাউসি পীবিরকপসি ওহ্নোক্লা নুংঙাইজরে। ফৌদু ঐগী ইচানুপানা লোৎশিনবা শোয়দনা ওইরমগনি। লৌশিনবদি হয়েং ওইনা লৌশিঞ্জবা তারে।

— ইবুংঙো, ঙসিমক লৌশিনবিবদা করি খুদোংচাদবা লৈবিবগে ?

— ফৌওইবীবু থৌনিজরগা ফৌদু লৌশিঞ্জগে তাদা।

— মীনা অমুক পুখ্রবদি ফংহৌরোইদ্রা হায়রিবা।

— কনাসু খঙলোই, তাদখোয়গা ঐগদনি খঙলিবা; অদুনা কনানসু লৌরোই।"

মপা মচাদু হল্লক্লে। লম্বী চৎন চৎনা চোঙ্গোনগী ৱাহৈ 'কনাসু খঙলোই, তাদখোয়গা ঐগদনি খঙলিবা; অদুনা কনানসু লৌরোই' হায়বসি মপাগী নাকোঙদা তাদুনতা লৈরি। ৱাহৈসিগী ৱাহন্দোক অনী থোক্লা লৈবা য়াই। অহবরোমদা পুরগনা ঙসিগী ৱাফমসি চোঙ্গোনগা চীংখৈখোয়গনা অতৈ মীদা হায়দ্রবদি কনানসু খঙলোই, ফৌদু মীনা লৌরোই। ফত্তবরোমদা পুরগদি চীংখৈখোয়না লৌদ্রবদি ফৌদু অসুম লৈগনি হায়বসিনি। অদুবু নাতৈ চানরুবদগী অতৈ মীনা থেংনবদগী ফৌদু পুখ্রবা নৎত্রগা চোঙ্গোন্না নুমিদাংসিদা পুশিল্লগা, চীংখৈখোয়দা ফৌদু লৌবনি হায়বগী মরাল শীবসু য়াই। অমনা অমদা মরাল শীনদনবা,থম্মোয়দা থরুম থন্নদনবা তঙাইফদনা ঙসি নুমিদাংসিমদি ফৌদু মপা মচানা শঙলুবা তারি।

চোঙ্গোন্দি মতৌ করম্না ফৌ বোরাদুমা চিখহৌরিবনো হায়বদুগী লীক্লম লিখুল থিরি। ফৌ বোরা লৈরিবা লৌফমদু লৌরোইনি। মশামকসু লৌ য়ৈবা য়াওখি। লৌ য়ৈবদু খরা থেঙনা লোইখি। অকোনবগী ফৌ পুবা ষন গাড়ীদু কাবদা পুম্মম মম্মে। চোঙ্গোন্দি পুন্না ফৌ বোরা কয়া থোকপগে মশীং থিরগা খরা হান্না য়ুমদা হল্লকখিবনি। মখা তাবগী থৌদোক্তী মীনা তম্বদগী চোঙ্গোন্না তাখি। অমম্বদুদা ফৌ য়াম্না হাপমনবদগী গাড়ী চিংলিবা ষন অনীদু নীংঙাই তৌরকই। খরা য়াংনবা হায়দুনা চোঙ্গোনগী মচানুপা অমনা ফৌ বোরা অথনবা অমগা অহাঙবা বোরা অমগা মকোক্তা থোনগৎলগা পুখি। মদুগী ফৌ বোরাদু

ফুদিৎ মফমদা অমুক হন্না পুশিল্লমগনি। বোরা অথনবদুদগী ফৌদু অহাঙবদুদা খাইদোক্লগা অয়াম্বা শরুক্লা ফুদিৎ মফমদা থল্লমগনি, য়ামদবদুনা চুমদা পুরক্লমগনি। মাগী লাইবক ফবনা চোঞ্জোন্দু কোৎ ময়াদা লৈরমদে। মচানুপাদুনা কোৎতা ফৌদু হৈজিল্লগা চোঞ্জোন্দা পাউ পীখিবনি। মচানুপাদুগী মরাইবক থীরিবনা গাড়ীদগী ফৌ বোরা হোনবদা তুশিনবদগী ফৌ বোরানা নন্দুনা মখাঙ শোকখি, ঙসিসু লাইয়েংশঙদা লৈরি; ফৌ বোরাদু লৌশিন্নবগী খুদোংচাবা ফংদ্রি।

থৌদোক্তু দগী মবুক শেংবা মখোয়গী মতেঙ চোঞ্জোন্না য়াম্না পাংবিরকখি। চীংখৈখোয়গী মমা মপানা লৈখিদবা মতাংদসু মানা অশিন অরাং তৌবিদুনা তেঙবাংবিখি। মখোয়না ঙসি লৌ উরিবা লৌফমসিসু চোঞ্জোনগীনি, লৌশাল পীদুনা উরক্লি।

থম্বালশংগী নীংশিংবসি মরক থংলক্লে। মচা অঙাংদু কপ্লি। চলাম্বনা অঙাংদু পুরক্লগা থম্বালশংদা হায়রকই —

"ইতৈমা, অঙাংসি মবুক লাল্লমাল্লে. অমুক্তা পিথকখিসি।

— কদায়, কদায় পীরকও।"

অঙাংদু লৌরগা পম্বীরে। মবুক পিথক্লদুনা থম্বালশংনা হায় —

"ঙশাই চাক খোংলমদাইদা পিথক্লমদ্রবনি, অদুনা কপ্লিবনি।

— ইতৈমা. অঙাংদু মবুক পিথক্লগা কৌরকউকো।

— ঐ অদুম পোবগে, নঙগী তৌগদবা থবক্তু তৌজরুরো।

— য়ানি ইতৈমা কৌরকউ। ইতৈমদসু ৱাই চিন্নি; অঙাংদুসু মৈনাক্তা লৈরবদি মৈশা লাংলনি।"

মবানীনা ঙাঙনরিবসি তারগা চীংখৈনা চলাম্বদা হায়রকই —

"ঐগীসিসু লোইশিল্লক্লে, অঙাংদু ঐনা লৌরবসু য়ারনি। নঙ অতৈ থবক তৌগে হায়রসু তৌজরুরো ।"

চলাম্বদু চৎখ্রে। ইমুংসিগী পূকচেল তিন্নবসিদা থম্বালশংগী থম্মোয়দু পেঞ্জে। হৌজিক ওইরিবা মওংসিগী হায়রবদি তুংগী পুক্সিদসু পূকচেল তিন্নবগী লীচিং অসিনা মখোয়বু পূনশিনখিগনি থাজে। য়েম্পাক শাবগী মচাকশিংদু লোইশিল্লদুনা চীংখৈনা হায়রকই —

"হয়েংসি চলাম্বনা লবুক্তগী কারক্লগা ঐহাক স্কুলদুদা চৎলুগে; ইন্টর্ভিয়ুগী মরমদু খঙদোক্লুরগে।

— খরা লৈরগা চৎপিয়ুদা; মঙানি, তরানিগী মনুংদা করিসু তৌরোইদৌপোৎনি।

— অদু ওইরবসু হংলুরগা অশেংবদু খঙবনা ফৈদনা।

— মোই তাচৌনা থৱায় য়াওনা, য়াম্না তোয়না ঐগী ইন্টর্ভিয়ুগী চেন চোংবসি মীনা নোক্লরমদৌবা মাল্লি; ঐদি য়াম্না ঈকাইজেবু।

— মসিদি ঐগী তৌফম থোকপনি, ঈকাইরুনু। থবক তৌরগা লাকপী নঙবু অমুক হন্না থবক তৌহন্দবসিদুম মীনা ঐবু নোক্লরমগদৌরিবনি।"

পোৎ চৈ ময়ামদু লোইশিনবা লোইরদুনা থম্বালশংগী মনাক্তা খরা নক্লা চঙশিল্লগা চীংখৈন। হায়রকই —

"মীনা নোক্লবা, ঙাঙনবদ্দা কা হেন্না খঙ্জিল্লনু; ইশাগী তৌফম থোকপদু তৌবনি। অতৈ খঙদে নঙ থবক অমা ফংনবা কন্না হোৎনগদবনি; কদায় অঙাংদু পাইরকও, চাক্তু লোইশিন্নবা তৌরো।"

থবক তৌবা ফংদবগী লাংতক্লরিবী থম্বালশংগী থম্মোয়দু চীংখৈগী পূক্লিং থৌগৎ ৱাহৈসি তারগা পেঞ্জে। লুনা চান্না তৌবিবা মপুরোইবগী শেগা তাংদুনা হিংজবা ফংলিবা মাগী পুন্সিবু মথন্নতা কল্লকচৈ, চাউথোকচরি। মীকৃপসিদা চীংখৈ মবানীগী মরক্তা লৈরম্বা ওজা অনীগী মরীদু পাখং লৈশাবীগী নুংশি মরীদা ওঙ্হোকখিবা থৌদোক্তু থম্বালশংনা নীংশিংলক্লি।

মখোয় স্কুলগী ওইনা ওজাগী নুমিৎকী থৌরমসি চহী খুদিংগী ওইনা এপ্রিলগী তাং কুনহুমদোইদা পাঙথোকই। থৌরমসি স্কুলগী অঙাংশিংনা চেন চোংদুনা পাঙথোকপনি। নুমিৎসিগী থৌরমসিদা মথং মথং চত্থরকপা মহৈরোইশিংগী কুম্মৈ পরেংদা হেদ মাষ্টরনা খ্বাইদগী ফবা ওজা অমদা অখন্নবা মনা পীগনি। ওজাদু মমাঙগী চহীদুদা মথৌ খঙনা স্কুলগী থবকশিং তৌখিবা, থোইদোক হেন্দোকপা মীদুনি। চহী খুদিংগী নুমিৎসিদা মনাসি ফংগদবা ওজাদুগী মিংদু লাউথোকই, অদুগা মনাসু পী। মনাসি করিগুম্বা পোৎ অমা পীরগা থাগী তোলোপ্তা লুপা য়াম্খৈসু হেনগৎলি। অদুনা থৌরমসিদা কমিটিগী চেয়ারমেন অমসুং সেক্রেটরিসু শরুক য়াই। হন্দক চহীগী ওইনদি সেক্রেটরি মথন্ত য়াওরি।

মনা ফংগদবা ওজাদুগী মিং লাউথোকপগী মতাংদু য়ৌরক্লে। ওজা খরদি মশাগী মিং লাউথোরক্কদ্রা খন্দুনা থম্মোয়গী মিহুন্দু চোংবা খু,জল্ল কই। ওজা খরদি হন্দক চহীসু চীংখৈনা ফংলগনি খন্নবা য়াওই। মমাঙগী চহী অনী অহুমসু থংন থংননা মানা মনাসি ফংলকই। হেদ মাষ্টরনা মাইক্রফোন মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লে; ময়ামদা য়েংলগা মোং হাদনা হায়রকই—

"স্কুলসিনা চহী খুদিংগী পীরকপা, স্কুলসিগী খ্বাইদগী ফবা ওজাগী মনাসি, কুমশি চহীগী ওইনদি —"

ব্রা মখা তাদনা ওজাশিংদা মখোয়গী মতৌদু য়েংলি। মহৈরোইশিংদি ওজাগী মিং লাউথোরক্লগা হরাওবা ফোঙদোক্লবা খুবাক খুগদবগী মখুৎশিং থাংগৎলদুনা লৈরি। হেদ মাষ্টরনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা মখা তারকই —

"হায়রিবা মনাসি হন্দক চহীগী ওইনা ওজা চীংখৈ অমদি ওজা থম্বালশংনা পূন্না ফংমিন্নরগনি।"

হেদ মাষ্টরগী ব্রা লোইবা ও ইঙমদনা ওজা ময়াম্না অমদি মহৈরোইশিংনা খুবাক খূনরকই। মিনিট অনীরোম খুবাক খুরবা মতুংদা কমিটিগী সেক্রেটরিদু হৌগৎলক্লে। মাইক্রফোন মনাক্তা লেপ্লগা, ময়াম্না খুবাক খূবদু মখূৎ থাংগৎলদুনা লেপহল্লকই; অদুগা হৈ শিংবা শাবগী ব্রাঙাঙদা হায়রকই —

"ব্রারৌনবদি য়াদে, কমিটিগী সেক্রেটরি অমা ওইনা, ঐহাক মনা পীবগী মতাংসিদা করিগুম্বা ব্রাফম অমতং শেংদোকচগে। মীওই অনীদা মনা পীবসি তৌবিগনু। মনাসি খ্বাইদগী ফবা ওজাদা পীবনি; ঐগী ব্রাখলদদি ওজা অনীসিগী মরক্তগী খরগা হেন্না ফবা ওজাদু অমুক্তসু খঞ্জহন্নীংই। শোয়দনসু খনবা য়াগনি। খ্বাইদগী ইহেন হেনবা ওজাদুদা মনাসি পীসি। নত্তদুনা কুমশিনা ওজা অনীদা মনা পীরে; মতুংগী চহীশিংদনা ওজা অহুমদা নৎত্রগা ওজা মঙাদা মনা পীরকওই হায়নীংঙাই লৈতে। মদু ওইরবদি মনা পীবগী চৎনবীসি ফাগি তারক্কনি। অদুনা ওজা হেদ মাষ্টরনা ওজা অনীগী মরক্তগী খরগা হেন্না ফবা ওজাদু খন্দোকপিয়ু, অদুগা মনাসি পীসি।"

ব্রা ঙাঙবা লোইরে হায়দুনা কনা অমত্তসু খুবাক খূনরক্তে। য়ানীংদবা উংশ ওইনা অমগ অমগা চিবোন চিবোন ব্রারী শানরকই। থোইদোক্লা হেদ মাষ্টরদি ঈকাইরক্লে। ওজা অনী খনবসি মাগী অশোয়বা ওইনা সেক্রেটরিনা উহল্লে। মানা ওজা অনীবু হাক্না চঙবগুম্না খল্লবগুমই। অদুবু মাগী মনা পীবদা থাংলিবা খোঙথাংদি চুমই খল্লি। মদু ফোঙদোক্লদুনা হায়রকই —

"হন্দক খনগৎচরিবা ওজা অনীসিদা মনা পীবসি কমিটিনা য়াবিফম থোকই হায়না ঐহাক্না খঞ্জে। ওজা অনীসি অমনা নুপানি, অমনা নুপীনি। নুপারোমদগী অমা, অদুগা নুপীরোমদগী অমা, অসুন্না খায়দোক্লগা ওজা অনীসিদা মনা পীবদু কায়দব্রা নীংজে। অসিগীসু মথক্তা ওজা ময়াম্নসু, মহৈরোইশিংনসু অদুগা কমিটিগী মীওইশিংনসু ওজা অনীসিনা থবক কয়াদা মাইপুনবদু উবিরবা ঙাক্তনি। পুম্নমক্না মখোয়গী থবক্তা শোয়দনা পেনবিরমগনি হায়বসি ঐহাক্না চেৎনা থাজজে। মীওই অমগী মীৎ অনীনা করিগুম্বা পোৎ অমদা, মতম অমখক্তংদা চপ মান্ননা উবগুম্না ওজা অনীসিনা স্কুলগী থবক্তা চপ মান্ননা মাইপুনে। মসি ময়াম্না শাক্তিনি। মরমসিনা হন্দক চহীগী ওইনা ওজা অনীসিদা মনাসি পীবিসি। কমিটিগী মায়কৈদগী হেনগৎপিগদবা তোলোপকী শেলফম লুপা য়াঙ্খৈদু লুপা কুনমঙা, কুনমঙা ওইনা হেনগৎপিনবা তৌবিয়ু। ঐগী ৱাফমসি তিনবিরিবা ময়াম্নসু য়ানীংই নৎত্রগা য়ানীংদে হায়বদু তাকপিরকউ।"

হেদ মাষ্টবগী ৱাসি ওজা ঙম্নমক্না য়ানীংগনি। মসি সেক্রেটরিনা খঙই। ওজাশিংনা বাসি শৌগৎলদুনা ঙাঙনরকত্রিঙৈদা সেক্রেটরিনা কপ্পোরকই —

"ওজা হেদ মাষ্টরগী ৱাসি অচুম্বা ওইরবসু স্কুলসিগী চৎনবী অমা ওইনা ওজা অমতংদা খ্বাইদগী ফবা ওজাগী মনাসি পীসি। ওজা অনীগী মরক্তগী কনানা হেন্না ফবগে হায়বদু ওজা হেদ মাষ্টবনা খন্দোকপদা খুদোং চাদ্রবসু কমিটিগী মায়কৈদগী খন্দোকচগে। নৎত্রগা ওজা চীংখৈ অমদি ওজা থম্বালশং অনীগী মরক্তগী ওজা অমনা সেক্রিফাইজ তৌবিরগসু ৱাফমসি ইরায় লায়গনি। মরু ওইনা ওজা চীংখৈদি মমাঙগী চহীশিংদসু মনাসি ফংবিখ্রবনি, হন্দক্কী মতাংসিদা সেক্রিফাইজ তৌবিবা য়াব্রা হায়বদু য়েংবিয়ু।"

সেক্রেটরিগী ৱাসি খজিক্তং মওং তাদবগুম্না ওজাশিংদা থোক্লরে। ওজা থম্বালশংদা মনাসি পীনীংবা অদুগা ওজা চীংখৈদনা পীনীংদবগুম্না তৌরি। মাগী মওংসিদা য়ানীংদ্রদুনা ওজা তবাবীনা হৌগৎলগা হায়রকই —

"হন্দক্কীদি ওজা অনীদা মনাসি পীবিরো। সেক্রেটরিনা ওজা অমতংদা পীসি হায়বদুনা মথং চহীদগী চৎনবীয়ু। হন্দক চহীগীদি মনা পীনবা ওজা অনীগী মিং লাউথোক্লুরবনিনা ওজা অনীদা মনাসি শোয়দনা পীবিরো।".

সেক্রেটরিনা য়েৎলদুনা হায় —

"মিং লাউথোকখিবগীদি অদুক হাক্লা হকচিন্না খনবিগনু। ওজা অমনা পূকচেল চাউথোকপিরগা করিসু কায়রোই। মরু ওইরিবদি লিশাং শাংনা চৎনরকপা চহী অমদা, ওজা অমদা মনা পীবা হায়বা চৎনবীসি হন্দক হীসিদা থুগায়দৌরি। মসি স্কুলসিগী মিংচৎ থীনীংঙাইনি। মরমসিনা ওজা অমনা পূকচেল চাউবা উৎপিদুনা স্কুলগী মিংদা থীগাদবদগী কনবিয়ু।"

সেক্রেটরিগী ৱাসি ওজাশিংদা ঈকাইনীংঙাই ওই। মনা য়াম্না ফংনীংবা তারে। অথন্নবা চীংখৈ অমদি থম্বালশংদু ঈকাইনীংঙাই ওইরি। অমুক্তা হেন্না ঈকাইরিবনা চীংখৈনি। সেক্রেটরিনা মাগী মিং পল্লগা সেক্রিফাইজ তৌনবা হায়খি। মবানীনা মখোয়গী ঙমজবা থৌনা পাঙ্গলদা অমদি হৈ শিংবদা স্কুলসিগী ফনবা করিগুম্বা থবক খরা তৌরুবসি মনা ফংনবা, ওইজবা পাম্বদগী তৌরুবা তারক্কদৌরে। মনা ফংবগী ঈকাই খুম্নবা, মসিদগী মনাগী শেলফম লুপা য়াম্খৈদুনা মগুন হেনগৎহনগদবগী সেক্রেটরিনা হোৎনবসি ওজাগী ঈজৎ শোকপা ৱানি। মনা ফংলবসু ফংদ্রবসু মখোয়দি তৌফম থোক্রবা মশাগী মখৌনি খন্দুনা মতুংদসু থবক কয়া তৌখিগদৌরিবনি।

ৱাফমসি লোইশিন্নবা চীংখৈ অমদি থম্বালশংগী থৌদাং সেক্রেটরিনা চাউহল্লক্লি। মহৈরোইশিংনা শীঙ্গবা ঙসিগী ওজাবু ঈকাই খুম্নবা উৎপগী থৌরমসি মবানীনা মরম ওইদুনা অরেম্বদা মতম য়াম্না হৌহনখিগদৌরে হায়বসি মবানীগী থম্মোয়দা ফাওরি। ৱাফমসি তেনশিন্নবা, হায়নরুবা তৌদনা, য়েংনরুবা লৈতনা, মবানীমক লেপখৎনেরকই। চপ মান্নবা লেপ্পরকপদগী মবানীসি অমনা অমবু উনরে। চীংখৈনা থম্বালশংদা নোকমি নোকমি তৌনা য়েংলদুনা হায়রকই —

"ওজা, ৱাসি ঐ হান্না হায়জরগে।

— ওজানা মনাসি — "

থম্বালশংনা ৱা মখা তারকত্রিঙৈদা চীংখৈনা মরক থৎলদুনা হায়রকই—

"য়ানি ওজা, ফনবা ঐ অদুম হায়জরগে।"

থম্বালশংদু ফমখ্রে। চীংখৈনা হেদ মাষ্টর অমদি সেক্রেটরিগী মায়কৈদা য়েংলদুনা হায়রকই —

"ওজানা তৌবিরিবা অদুগা সেক্রেটরিনা হায়বিরিবা খুদিংমকসি মহৈশেঙসিগী ফনবা ঙাক্কনি। অদুনা মহৈশেঙসিগী ফনবা হন্দক্কী মনা পীবগী মতাংসিদগী ঐবুসু তোখায়না থম্বীরো, ওজা থম্বালশংদা মনাসি পীবিরো।"

থম্বালশংনা খুদক্তা লেপখৎলক্লগা হায়রকই —

"মনাসি ওজাদা অদুম পীবিয়ু। হান্নসু ওজানা মনাসি ফংলকপনি, ওজানা মনাসি লৌবিয়ু।"

চীংখৈসু থম্বালশংদা ওনশিল্লগা ঈংনা তপ্না হায় —

"ওজা, হন্দক চহীগী মনাসি ওজানা লৌবিয়ু। ইবানী থঙদোক থঙজিন তৌদুনা লৈরবদি হেদ মাষ্টরনা নুংঙাইররোই; অদুগা পূকচেল শেংনা হরাও তয়ান্না শীঞ্জরিবা অঙাংশিংনসু থৌরমসি মরক থৎপগী ইবানীবু ৱারৌবা য়াই।"

থম্বালশংনা হায়রকত্রিঙৈদা সেক্রেটরিনা মরক থৎনা হায়রকই —

"ওজা থম্বালশংনা মনাসি লৌবিরো। মনা লৌবদবু অদুক য়াম্না চিংনবিরিবদুবু করিগীনো ? মতুং তারকপদা মহৈশঙসিগী থবক্তা শরুক য়াবিররোই হায়বিরিব্রা ?

— অদুগী নৎচদে, ঐঙোন্দগী ওজানা হেন্না মনা ফংনবগী গুন্দু লৈ খঞ্জবননি

— অদুগীদি নুংঙাইতবা তৌবিরুনু, ওজা চীংখৈ মশানা সেক্রিফাইজ তৌরবনিনা চয়েৎনবা করিসু লৈত্রে।"

হেদ মাষ্টরদু তাবা বারবগুম্না হায়রকই —

"হন্দক চহীগী ওইনা মনাসি কনামত্তদা পীরগুমসিনে ? "

চীংখৈ অমদি থম্বালশংনা সেক্রিফাইজ তৌনরিবসিগী ৱাহন্দোকসি হেদ মাষ্টরনা অমদি ওজাশিংনা খঙই। সেক্রেটরিদি মদু উবা ঙমদে। ওজা অনীগী মিং লাউথোক্লগা অমতংদা মনা পীরগনি হায়বসি ফজবা থৌওংদু নত্তে। মরমসিনা হেদ মাষ্টরনা হায়রকপনি। মসি ওজা খরসু য়ানীংই। ওজা অমা অনীসু হায়রকই —

"হন্দক চহীগীদি মনাসি পীরগুমসি, মসিনা ইফ ফরনি।"

চীংখৈসু লেপখৎলগা হায়রকই —

"হান্নসু হায়জখ্রবদুনি, অমুক্কসু হায়জরি, হন্দক্কী মনাসি ঐদি লৌজররোই।"

থম্বালশংসু ৱা ঙাঙগদবগী লেপখৎলকই। মানা ঙাঙলক্কদৌরিবা ৱাদু

ওজা অয়াম্বনা খঙই, সেক্রেটরিসু খঙই। ওইরক্লিবা ফিবমসি মলোম্নি। সেক্রেটরিনা মসিগী হৌবকফম্নি। মাদি মদুগী অশোয়বদু লৌনীংদে। মরান্দু কোক্লবা সেক্রেটরিনা থম্বালশংবু ফম্বীনবা হায়রগা ময়ামদা হায়রকই —

"ময়ামদা নুংঙাইবিদবা কয়া লৈবিরম্বা য়াই; মদু পূম্নমক্তু থাদোকপিরগা চহী খুদিংগী চৎনরক্লিবা মনা পীবসি কুমশিসু পীনবা তৌসি। ময়ামগী মতেঙ নত্তনদি কমিটিনা অমদি সেক্রেটরি ঐনা করিসু তৌজবা ঙম্লোই। অদুনা ময়াম পূম্নমক ৱারৌবা, শাউবা তৌবিদনা ওজা থম্বালশংদা মনাসি শোয়দনা পীবিয়ু।"

কনা অমত্তনা মাগী ৱাসিদা তেঙবাংলক্তে। তুমিন্না অদুম লৈনরি। থম্বালশংনা লেপখৎলগা হায়রকই —

"ঐসু মনাসি লৌজররোইদা; ওজা ময়াম্না লেপ্নরিবা, মনা পীরোইসি হায়বসি ঐসু য়াজনীংই।"

ঙশাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা পারীনা অহানবা ওইনা ৱা ঙাঙলকই—

"ঐগী ৱাসি সেক্রেটরিগী মীচঙদি নৎচদে; হান্নদগী চৎনরকপা চৎনবী অমবু কায়হঞ্জনীংদবদগী হায়জগদবনি। কুমশিসু মনাসি পীসি; ওজা থম্বালশংনা মনাসি লৌবিয়ু। অসুম্না তৌরগদি মনাগী চয়েৎনবসি মতাংসিদা লোইশিন্দুনা ঙসিগী থৌবমসি মখা চত্থবা য়ারগনি খঞ্জে।"

তৌরিবা মওংসিদা হেদ মাষ্টরদি তশেংনা হৈনরকত্রে। খুদক্তা লোইশিনগদবসু মান্দ্রি। সেক্রেটরিনা হেদ মাষ্টরগী মাইয়োক্তা মীওই অমখক্তংদা, মদুসু থম্বালশংদা মনা পীনীংলি। অদুবু ওজাশিং অমদি মনা লৌগদৌরিবা থম্বালশংনদি য়ানীংদ্রি। অদুনা ৱাফমসি খরগসু শাংখিগদৌরি। খ্বাইদগী তেনশিনবা য়াগদবা পাম্বৈ অমনি খন্দুনা হেদ মাষ্টরনা হায়রকই —

"ওজা পারীনসু পূম্নমক্কী ফনবা হায়বিরি। অদুনা অঙাংশিংনা হরাও তয়াম্না শীঞ্জরিবা ঙসিগী থৌরমসি মখা চত্থবা য়ানবা মনা পীবগী মতাংসি কুমশি চহীগীদি পীররোই; করিগুম্বা কমিটিনা পীবিনীংলগসু মতুংগী থৌরম অমদা পীনবা তৌবিরো।"

অঙাংশিংদা ওনশিল্লগা মখা তারকই—

"ঙসিগী থৌরম অসিগী প্রসিদেন্ট অমা ওইনা ঐনা হায়রিবসিনি, অঙাংশা, নখোয়গী থৌরম মখা চত্থরো।"

থৌরমদু মখা চত্থরে। ঙশাইমখৈ য়েংলরম্বা পূম্বদু লোইশিনখ্রে। —

ওজাশিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবগী মৈচাক লৈন্দ্রবগুম তৌনরে। অদুবু সেক্রেটরি অমদি পারীদি থম্মোয়দা খোয়রাং খোয়শাউনৈ; পেন্দবগী মৈচাক অমা লোয়নরি। সেক্রেটরিদি থৌরমদু কয়া খোয়জঙদনা য়াওরকই। লোইশিল্লকপদা সেক্রেটরিনা লাউথোরকই—

"হান্নদগী চৎনরকপা ওজ'দা মনা পীবগী থৌরমসি কুমশিসু অদুম চথজগনি, ওজাবু ঈকাই খুম্নগনি। ওজা হেদ মাষ্টরনা খনবিরম্বা ওজা অনীগী মরক্তগী ওজা থম্বালশংদা মনাসি পীজগনি। স্কুলসিগী থৌরম অমদা স্কুলসিগী লেমজনীংঙাই ওইরবা মনাসি পীজরগনি।"

থৌরমদু লোইশিল্লে। ময়ামদু হন্নরমদাইগী ইরাঙ লাঙনরি। থম্বালশংদ্ স্কুলগী মাঙ্গোলদ মচি অমদা লেপ্লি। চীংথৈনা চঙশিল্লক্তুনা হায় —

"ওজা, হনবিখিরোইদ্রা ?

— হঞ্জরনি, ওজা তবাবীদু কানুংদা চঙখি, মা ঙাইজরিবনি।

— ঙসিসি ওজাগী য়াম্না নুংঙাইবা নুমিৎ অমা ওইগদবদা সেক্রেটরিনা তায়োন্নহনখ্রে।

— মানা মরৈ য়েৎলমদ্রবদি ওজা ইবানী পূন্না মনা ফংমিন্নরমগদবনি। মানা খল্লিবা ৱাখলসি করিনো খঙদেনে।

— ওজাতবু মনা ফংহন্নীংবদগী তৌবজাৎনি।

— হেদ মাষ্টরনা ওজা ইবানী খল্লে হায়রবনিনা মখা তাদবা য়ারপোৎনি।

— মানা নীংজবা অমা লৈরম্বা তারেদনা।

— মাগী নীংজবদু মীঙোন্দা অকায়বা ওইরবদি ৱাকায় তদ্রনে ওজা ?

— মী মীগী ৱাখল হায়বদুনিদনা।

— অদুগা, ওজানা ঙশাই মনাসি ঐঙোন্দা লৌনবা হায়বিরিদুনা করিগীনো ?

— ওজানা মনাসি ফংহন্নীংই।

— ইবানীনা পূন্না ফংমিন্নরবসু য়াইদা।

— সেক্রেটরিনদি মী অমতংদা পীনি হায়রে; অদুদদি ওজানা মনাসি ফংফন্ থোকই।

ঐনা ওজাদগী করিদা হেক্লবগে হায়রিবসিবো ?

— ঐদি নুপানি, য়ূম নকই; ওজানা নুপীনি, অদুগীসু মথক্তা য়ূমস লাপই। নুপীদি ইমুংগী থবক কূপনোম ময়াম শূবদা মতম কাইথোকপা শংবা নত্তে। অদুবু ওজাদি স্কুলগী থবক্তা থব্রায় হকচাং য়াওনা মাইপুনরি; মসিদবু ওজানা মনা ফংদনা কনানা ফংগদগে ?

— য়ূমগী কূপনোম থবক্তী ওজাগা ঐগা মান্নরমগনি; ঐগী অব্রাবসি ওজাখক্তংনা উবিদকো।

— পুন্সি চুপ্পা ওজাগী অব্রাবদু উনবগী খুদোংচাবদু ঐঙোন্দা পীবিবদি য়াররোইকো ?

— করিগী য়াদনি হায়বগে ওজা। ওজানা নহালমখৈ হায়বিদবগী ব্রানি।

— ঙসিদগী মদুগী থৌদাংদু ঐ লৌজরগে ওজা ?

— মদুদি ঐগী লাইবক য়াম্না ফবগী ব্রানি।

— অশেংবা ?

— অশেংবনি, থাজবিদ্রা ?

— থাজৈদা।"

হরাও নুংঙাইবনা চীংখৈগী মশাদু শিন থুংখ্রে। মায়দা হরাওবা, ঙকপা, নুংঙাইবগী মমি তারক্লে। থম্বালশংসু ঈকাইবগী পলনা থীংলম্বদু নীংখায়খিদুনা মশা পূম্বা তয়াং তয়াংলে। থম্মোয় থম্মোয় শেংদোক্লরবা মীকূপসিদা মবানীগী থম্মোয়দু ইনৌতা নৌরে।

চীংখৈনা চাকখুম্মাঙদা লেপ্লগা হায়রকই —

"নঙগী চাক্কু লোইদ্রিবরনে ? অঙাংসি তূম্নীংবা মাল্লিনে। মাগী হান্না কোখোকপিরগেরা ?

— হা ! করি হায়বা ?

— অঙাং চাক পীজনবা তৌবিরো; তূম্নীংবা মাল্লিনে।

— হোয় তৌরগে।"

ঙশাইমখৈ করিমত্তা তৌদনা লৈরংরবগুম্না খূৎলৈ থুনা থবকশিং

তৌরকই। থম্বালশংদু ৱাখল খন্দুনা লৈরুরে হায়বসি চীংখৈনা খঙলে; হংলকই —

"ঙশাইমখৈ করি ৱাখল খল্লুরিবনো নঙবো ?

— নঙনা পাখং ওইরিঙৈদা য়াম্না ঈকাইনা ঐঙোন্দা কাইহৌরকখিবদু মদু নীংশিংলিবা।

— অশেংবা ?

— অশেংবনি, থাজবিদ্রা ?

— থাজৈদা। চাক্কুদুম থিরকও; অঙাংসি পীজনবা তৌবিরসি।"

চীংখৈনা অঙাংদু পল্লগা মনাক অদুৱাইদা চৎলি। থম্বালশংনা চাক থিনবা থৌরাং তৌরি।



লৌ লিংবা চৎনবা থম্বালশংনা শেম শারি। ফুরিৎ,খ্বাঙশেৎ য়েম্পাক্লচিংবদু পুথোক্তুনা মাঙ্গোন্দা থমই। মমাঙ শঙ্গোয়দা য়েম্পাক কৃপ্লিবা চীংখৈনা হায়রকই —

"নঙগী লৌ কুম্বসি মতুংদদি খরা লেপখো। ইন্টর্ভিয়ুগী লাইরিক পানবা তৌ।

— মীগী খরা কুমহৌদ্রবদি ঐখোয়গী লৌ লিংনবা খুলং নৈরোইয়ে।

— ফনা য়াম্না কুল্লবদাইনে ? খুলং নিপাল শুরম্মনিদা।

— নিপালবুদি হেক্লে; হয়েং লৌ পেংনবগীসু ওইনবা খরা য়াম্না কুমহৌসিরা হায়দুনা তৌবনি।

— লৌ লিংবগী কোন্নরবদি কুম্মুরনু; পেংবগীদি হয়েং মতমদুদা খন্নরসি।

— হোয়, ঙসি কুম্মগা তোকঅগে।"

মচা অঙাংদুগী শঙ্গোম থক্লবা ঈশিং অশাবা হাপ্লা ফ্লাস্ক, শঙ্গোম, চারা ৱান্নবগী পোৎলমশিং পুন্নমক্কী থম্ফমদু হায়রগা থম্বালশংনা মখা তারকই —

"চলাম্বদু মানা চাবগী পুখম তেঙ্গোৎকদু ফেঙলুরনু অদুম থল্লম্লবা খরা হায়বিয়ু; হোরেল ঐ হক্লক্লগা ফেঙলগে।"

থম্বালশংদু থোকখ্রে। লম্বীদা খুলং নুপীশিংনা মাগী মাগী খুলংশিং কৌনরিবদুগী মরক্তা য়াওখ্রে।

চীংখৈদি করিগুম্বা অমা খল্লকই। থম্বালশংনা ঙসিসু ওজা ওইরল্লবদি লৌ লিংবা চৎলম্মোইদবনি, স্কুলদা চৎলমগনি। লাইবক থীবা ৱাথোক্তুদগী ওজা ওইবা তোক্লে। অমুক হন্না ওইনবা ফনা কন্না হোৎনৈ। পাঙ্গল থোকপা ইয়া য়াদ্রি। ইন্টর্ভিয়ু য়াওগে তৌই, মদুসু মতম কক্তনা য়ৈথোকখ্রে। তৌগদৌরিব্রা, তৌরোইদৌরিব্রা অশেংবা খঙদ্রি। অমুকখকসু ইন্টর্ভিয়ু অমা অসুম্না মরি মঙারক য়ৈথোক্লগা মমিংতা ওইনা তৌখি। মদুগুম্না হন্দক্কীসিসু

অরেম্বদা তোক্কদৌরিব্রা খণ্ড্রি। মদুগী ইন্টর্ভিয়ু অদুগুম্না অতৈদসু তৌরমগনি খনবদগী থম্বালশংদি ইন্টর্ভিয়ু য়াওবদা পূক্লিং চণ্ড্রবনি। হৌজিকসু চীংখৈনা মদুগী ইন্টর্ভিয়ুদু নীংশিংলক্লি।

মাবু শোয়দনা খল্লগনি, ওজা ওইরগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা থম্বালশংনা ইন্টর্ভিয়ুদু য়াওনবা খরা ঙন্না স্কুলদা য়ৌই। য়াওগদবা কেণ্ডিদেৎ খরা নত্তনা ইন্টর্ভিয়ু লৌগদবা মীওইশিংদুদি লাক্লদ্রি। চৌকিদারনা থোঙ হাংলমদ্রি। থম্বালশংনা য়াম্না ঙন্না চৎপা নত্তে; ইন্টর্ভিয়ু শীল্লিবশিংদুনা খুদাংদা ঘড়ী শিরিবদুগী ৱাহন্দোক লালহনবনি। মতম শাংনা ঙাইরবা তুংদা ইন্টর্ভিয়ুদু হৌরে। স্কুলদুগী ফাউণ্ডরসু ওইবা, হেদ মাষ্টরগা, অক্কগী ওজা অমগা, অতোপ্পা ওজা অমগা মখোয় অহুম ফল্লমই। হেদ মাষ্টরনা থম্বালশংগী সার্টিফিকেৎনচিংবদু য়েংই। ওজা অমদুনা হংলকই—

"সোম্না ওজা ওইবিনীংলিবসি করিগীনো ?

— অঙাং লাইরিক তাকপা, অঙাংবু শেম্বা হায়বসি ঐহাক্কী পামজবনি।

— স্কুল নংত্রবদি অঙাং লাইরিক তাকপা অমদি অঙাং শেম্বসি য়াদবজাংলা ?

— য়াই; অদুবু ওজা, স্কুল, লাইরিক তাকপা অমদি অঙাং শেম্বা মখোয়সিগী মরক্তা অচেৎপা মরী লৈনৈ; অমগ অমগা লাপথোক্লবা য়াদে। লন্নাই যূমদা অঙাং লাইরিক তাকপদি শেন্দাল লম্বীরোমদা নকশিনবনিনা স্কুল হায়বসিদনা খ্বাইদগী ফৈ।"

হংলিবা ওজাদু মরৈ য়েৎফম খণ্ড্রবগুম্না ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈরে। অদুদগী অমুক হংলকই —

"স্কুলসিগী ইন্টর্ভিয়ু য়াওরিবসি স্কুলসিবু থাজবদগীরা নংত্রগা ওজা ওইবা পাম্বদগীরা ?

— স্কুলসিগী ওজা ৱাৎলি হায়বদুদা য়াওজবনি, অতৈ মরম খঞ্জবা লৈতে।

— করিগুম্বা ওজা ওইনা খল্লবদি সোমগী থম্মোয়দা করি খনগদগে ?

— স্কুলসিগী অঙাং লাইরিক তাক্লবা ওজানি হায়বদুমতং নীংশিংগনি।"

মখা তাবা ৱাহং হংনবা লৈত্রমাল্লে, অক্কগী ওজাদুদা মীৎনা য়েংলগা ৱাহং হংউ হায়বগী ইঙ্গিৎ পীরকই। অক্কগী ওজাদুনা হংলকই —

"ক্লাস টেনগী অক্ক তাকপা ঙমগনিকো ?

— ঙমগনি।

— অদুদি মসিগী অঙ্কসি চেসিদা অমুক্তা হোৎলু।"

অঙ্কগী লাইরিক অমদি চে পীরকই; অদুগা মখা তারকই —

"নশামকসি ওজানি অদুগা ঐনা অঙাংনি খল্লগা তাক্কদবনি।"

থম্বালশংনা পীরকইবা চেদু লৌদনা হংলকই —

"স্কুলগী ক্লাসতা তাকপগী মওংদা তাকসিরা নৎত্রগা যূমদা প্রাইবেৎ তম্বগী মওংদা তাকসিরা ?

— অনীমক্তা মান্নদনা তাক্কদ্রা ?

— ঐদি মান্নদনা তাকই।

— মদুদি মীচঙ মীখায় নাইবনি। স্কুলদনা তাক্তবা য়াদে মতাগুন্না তাকপা অদুগা প্রাইবেৎ তম্বদনা থৱায় য়াওনা তাকপা হায়বসি অফবা ওজা অমগী হৌনবী নত্তে।

— মদুদি ফত্তবা মীৎয়েংনি; ঐনা হায়জবদি ক্লাসতা তাকপদনা ব্লেক বোর্ডতা ইগনি; প্রাইবেৎ তম্বদদি ঐনা হায়রগা অঙাংনা চেদা ইগনি। অনীসিদগী করম্বনা পাম্বীবগে ?"

অঙ্কগী ওজাদুনা খুম্বা নংদ্রিঙৈদা হেদ মাষ্টরনা হায়রকই—

"ৱাফমদু তেনশিল্লসি। ঐ ইবেম্মদা ৱাহং খরা হংজগে। ইবেম্মসি তশেংনা ওজা ওইবিনীংইকো ?

— ওইজনীংই।

— ইন্টর্ভিয়ুসিদা খল্লগদি শোয়দনা ওজা ওইগদ্রা ?

— ওইজগনি।

— য়াম্না নুংঙাই। ঐখোয়গী স্কুলসি হৌজিক্তী মপূং ফাদ্রি। অদুনা স্কুলগী মতেঙ ওইনবা লুপা লিশিং মঙাদং দোনেসন তৌবিবা ঙমগদ্রা ? চহী মঙা লৈরগা শোয়দনা হন্দোকচগনি। অদুগা তোলোপসু চহী অমতং লুপা চানিপাল পীজগে।"

হেদ মাষ্টরগী ৱাসিদা স্কুলসিগী হৌজিক ওইরিবা মওং পূম্বদু থম্বালশংনা

খঙঙে। স্কুলসিদা ওজা ওইবদা মায় পাক্কদবা মান্দ্রে। থবক কৌবদনা মওং ফজহনবা, থবক লৌবদনা ফাগি মানবা অসিগুম্বা ইন্টর্ভিয়ুসিদা থম্বালশংনা মখা তানা য়াওনীংদ্রে। হেদ মাষ্টরনা হায়খিবদুগী ওন্ন তৈনবদা থম্বালশংনা হায়রকই —

"ঐ থোকচবা য়ারগদ্রা ?"

মসি ময়াম্না তৌনরিবদুগা ওন্ন তৈনবদুনি। ইন্টর্ভিয়ু বোর্ডকী মীনা চৎলো হায়দ্রিঙৈদা কেপ্তিদেৎনা চৎনীংলি। হেদ মাষ্টরনা খাম্লকই —

"অমুক্তা ঙাইবিখো, ৱাফমসি লৈখায় তানখিসি।

— ঐদি লুপা লিশিং মঙা পীবা ঙমজরোই; শেল তিংনা থবক তৌবা হায়বদু ঐহাক তশেংনা পামদে।

— অদু ওইরগনা, ৱিদাউৎ পেদা চহী অমতং সেক্রিফাইজ তৌবিদুনা ওজা ওইবিয়ু।

— মদসু ঐহাক ঙমজরোই; মরমদি ঐগী ইমুংদি লাইরবনি; থবক শূরগা চাবনি। শং থোকপা থবক শূদ্রগদি চারা হেনগনি। চারা হেল্লগা লাইরিক তাকপদুদি ওইথোক্রোই।"

হেদ মাষ্টরসিনা থম্বালশংগী মরমদা হান্না তারে। মহাক অমা য়াওবনা স্কুলদুগী য়াম্না ফগনি হায়বসি খঙই। য়াম্নমক য়াওহন্নীংই; অদুনা হায়রকই —

"ইবেম্মা, মতম খরদং ৱামিন্নসি কৈদৌবগে ? স্কুলসিনা মপূং ফারগা তোলোপসু য়ামহঞ্জগে।

— ঐগী অপাম্বা অমতং ফোঙদোকচবা য়াগদ্রা ?

— য়াই, হায়রকউ তাসি।

— তোলোপ য়াম্না পীদবা য়াবা ওজা থিবা হায়বসি স্কুল ফহন্নবা হোৎনবগী ওন্ন তৈনবনি। তোলোপ য়াম্না পীরগা অফবা ওজা থম্বীয়ু। মদুনা অঙাং য়ামগনি। অদুগা বস অমা থম্বীরগা ফ্রীদা খুল মঙা, তরাদগী অঙাংশিং খোম্বীয়ু। অতৈ স্কুলদগী অফবা অঙাং ক্লাস খুদিংগী মঙা, তরুক লৌথোক্লগা ফ্রীদা স্কুলসিদা তমহনসি। মখোয়না স্কুলগী মিংচৎ পুরক্কনি। মদুনা স্কুলসিগী অঙাং মশীং হেনগৎপদা য়াম্না চাউবা মতেঙ ওইগনি। হায়রিবশিং অসি ফাউণ্ডর ওইবিরিবা ওজানা তৌবিরগদি ঐসু সেক্রিফাইজ তৌজগে।"

থম্বালশংনা হায়রিবসিদা ওজা অনীদু শাউনীংলপ তৌই। অহৈ অপা শাবনি হায়না খল্লি। হেদ মাষ্টরদি তপথৈ, শাউদনবা হোৎনৈ। থম্বাল শংবু স্কুলসিদা থমগে খনবনিনা মরৈ য়েৎতে হায়রকই—

"ইবেম্মনা হায়রিবদু য়াম্না ফজবা থৌরাংনি। পুম্নমক্কু শেলগী মথৌনি, শেল মরাং কাইদবা ঐখোয়না পাঙথোকপদা খরা লুনা থোকপদনি। মদুগী মহুৎতা ওজা ওইরিবা ঐখোয়না মতম খরদং ৱামিন্নরগা স্কুলসি ফনবা হোৎনমিন্নসি হায়বনিদা।

— তোলোপ ফংদ্রবা ওজাশিংনা লিংজেল মান্ননা থবক তৌমিন্নসি হায়বদু য়াগদবা মান্দে। মতম খরা নৈরগা নীংহন্নরক্কনি। অকোয়বগী খুলশিংদা স্কুল অহুম মরিসু নৈরি। মওংসিদা স্কুলসিনা চাউখৎলকপা হায়বসি অরুবা ওইগনি।

— অদুম্না পূক্লিং পংশোনসু শোন্থগনু ইবেম্মা। ঐখোয় ময়াম চঙদুনা হোৎনমিন্নরবদি করিসু হেন্না ৱারোই। অদুগা ইবেম্মনা পাম্লগদি স্কুলসিগী হেদ মিষ্ট্রেস ওইয়ু, ঐনা ফাউণ্ডর ওইনা লৈগে।

— ঐ ঙমদৌবা মান্দে ওজা।"

হেদ মাষ্টরনা পাম্বদি ওজা খুদিংমক্না শেল খায়নরগা অমদি পাঙ্গল পুথোক্লগা স্কুলসি ফনবা হোৎনবা, সেক্রিফাইজ তৌমিন্নবদুনি। ওজাশিংনা পাম্লিবদি, স্কুলসি মানা থোকপা ঙম্নবা চলাইবা, ফরক্লবা মতমদসু মাগী শরুক শোয়দনা ওইগদবনিনা হৌজিকসু মাগী লন থুম্না স্কুলসি শেমগৎপদুনি। অনীসিগী মরক্তা চাউনা খেন্নবা লৈগদৌরি।

থম্বালশংদু স্কুলদুদা ওজা ওইগে খন্দ্রে। হেদ মাষ্টরনা ফনা তোয়না পাউ চেল্লক্কুনসু, মশা লাক্লগা হায়রবা ফাওবদসু য়াখিদ্রে। য়াম্না তোয়না স্কুল হোংবসি পামদে; অদুগা তোলোপ ফংদবগী ৱাফম নত্তবদা থবক তৌবদা মায় পাক্লীংঙাই ওইদবা মফমদুগা খুৎশন্ননীংদ্রে। অফবা অঙাং শেম্বগী মিংদা শেন্দাল লম্বী ওইনবা হোৎনবসি থম্বালশংগী পূক্লিংনা য়ানীংদে।

অমুকথকসু থম্বালশংনা সরকারগী ওজা লৌনবা ইন্টর্ভিয়ু অমা য়াওখ্রে। লৈবাকসিগী ইডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা শীনবা সাইন্স গ্রেজুয়েৎ ওজা লৌনবগীনি। রাইটিং টেষ্টতা মানা তারিবা কাদুগী কেণ্ডিদেৎশিংদু লোয়নমক লাইরিক্তগী নৎত্রগা চেদগী শিল্লি। মাদংদি শিন্দে। মদুদা ইনভিজিলেটরনা মনাক্তা লেপ্লগা হংলকই —

"নঙদি লাইরিক পুরকত্রব্রা শিন্দেনা ?

— পুরক্তে, শিনসু শিন্নীংদে।

— করিগী শিন্নীংদ্রিবা; মী লোয়না শিল্লিবসিদি ?

— ঐদি পামজদে। অঙাংশিংনা পরিক্ষাদা শিনবদু থীংগদৌরিবা ওজানি। অদুগুম্বা ওজাদু খনবগী পরিক্ষাদা শিনবা হায়বসি চুমদে হায়না খঞ্জে।

— ইবেম্মগীদু ফজবা ৱাখলনি; অদুবু শোয়দনবু খল্লগদ্রনে ?

— খল্লবসু, খন্দ্রবসু, ঐগী ৱাখলদি অঙাংশিংবু অচুম্বা লম্বীদা লমজীংগদৌরিবা ওজাদু খনবগী পরিক্ষানি; অরানবা তৌনীংদে।"

ইনভিজিলেটরদু মখা তাদ্রে। মাগী পূক্লিংদা থম্বালশংবু থাগৎলমগদ্রা নৎত্রগা করেম্নরমগদ্রা ? মদু মাগী মাইথোঙদা উৎতে; চীন্নসু ফোঙদোক্লমদে থম্বালশংদি মাগী ইগাদবদু অদুম লেপ্তুনা ইরি।

রাইতিং টেষ্টতা মহাক মায় পাকখি। মতম কুইনা লৈরগা ফোলদু হায়দোকই। ইন্টর্ভিয়ুদুসু খরা চোঙ্গনা তৌই। ইন্টর্ভিয়ু বোর্ডকী মেম্বর অনীনা হংলকপা ৱাহংশিংগী অচুম্বা পাউখুমশিং থম্বালশংনা খুল্লে। অহুমশুবা মেম্বরনা হংলকই —

"ইকনমিক্স লৌরকপ্রা ?

— লৌজরক্তে।

— ইকনমিক্সকী মরমদা ৱাহং খরা হংগেকো ?

— ঐদি ইকনমিক্স লৌজরক্তবনি।

— লৌরকত্রগসু জেনেরেল নোলেজগী মওংদা হংগে। সেদো প্রাইজ হায়বসি করিনো ?

— খঙদে।

— ও, অদুগা স্পোত মার্কেত হায়বসিদি কদায়বু কৌবগে ?

— খঙফম থোক্তেদা।

— য়ারে থোকঅসি।"

থম্বালশংদু শাউনীংবগী মহুৎতা নোক্লীংনা থোরকখি। কৈশালনা য়াউ

মচা চাবা য়ানবা ঈশিং নৈহল্লি হায়দুনা মরাল শীবগী পোরমদু ইন্টর্ভিয়ুসিদসু তৌরি। খল্লুরগা থম্বালশংদু তম্বা পোকই। ইন্টর্ভিয়ু হায়বা ৱাহৈসি মমৈদদি মাগী য়েক্লবদৌনা তৌরক্পা য়াই। ইংলিসকী দিকশনরিদা ইন্টর্ভিয়ুগী ৱাহন্দোকসি লমদমসিগীতা ওইবা অমা শেমহন্নীংই। থাজবা ৱাৎনা য়াওখিবনি, ইন্টর্ভিয়ু বোর্ডনসু খল্লোইদবা মীনি হায়বসু খঙলিবনি; অদুবু মখোয়গী মখূৎতা লৈরিবা মতম খরগী মতিক মগুন্দু শীজিন্নদুনা করেম কথাইনবগী মওংসি তৌবিরোইদবনি। মশাগী কান্ননবা থিবদা অতোপ্পদা মরাল শীবসি লমদমসিগী মীওইশিংনা য়াম্না পামজবগুম্না তৌরক্লি। মসি ওইজবা পাম্বা হায়বা লায়নাদুনা নারকপদগীনি। মসিগী লায়চৎসিনা লমদমসিগী চাওখৎপদা মতেঙ পাংগদ্রা নৎত্রগা মায়োক্তা লৈগদ্রা হায়বদু খন্থরিবা মীওইশিংদি মরাইবক থীরবা, লাইরবা মখোয়দুতনি। মখোয়দুগী মনুংদা থম্বালশংসু য়াওরি।

চীংখৈগী নীংশিংবসি কায়রে। চলাম্বা ষম্পোৎ খোইবা কারক্লে। ফল্লম্বদগী হৌগৎলে। শঙ্গোন্দা লাক্লে। ষন ফাজিল্লিবা চলাম্বদা হায় —

"চৎলো, চৎলো ঈরুজরগা চাক চানবা তৌরুরো। ষন সেবাদু ঐ তৌহৌরগে।"

অককপা চক্ক য়াওবা পোলাংদু পুরক্লগা চক্কদু শবমদা হাপচিল্লে। থাউথী অতীংবদু চক্কদা চায়রি। চলাম্বসু পোৎপু লাঙ্গোল, শাজৈ, য়েম্পাক ময়ামদু মফম চানা থল্লদুনা চীংখৈদা হংলকই —

"তাচৌ, ঐখোয়গী লৌ লিংনবা নুমিৎ তল্লব্রা ?

— তমদ্রি। লৌহোন্দু খজিক্তং মপূং ফারগা লিংশিরা হায়দুনা তৌবনি।

— থা শিদ্রিঙৈসিদা লিংহৌসিরা ?"

মথক্তা মহয় পানবা পাম্বীদি থা পানখৎলকপদা থাবা অদুগা মখাদা মহয় পানবা পাম্বীনা থা শিথরকপদা থাবগী চৎনবীদু নীংশিংদুনা চলাম্বনা হায়রকপনি। ৱাফমসি চীংখৈসু অদুম য়ানীংই। অদুনা হায়রকই —

"য়াইনে। হোরেল নতৈমা হল্লক্লগা কৈদৌঙৈকা খুলং শংবগে হংঙসি; অদুগা নুমিৎ তল্লসি।"

চলাম্বদু ঈরুজবা চৎখ্রে। চীংখৈনা ঈরুজরুবগী চোৎলবা ষনগী মতুংশিংদু চক্কনা তৈথোকপিরি।

## ৬

থম্বালশং য়াওনা মখোয় নিপাল লৌ লিংলি। খরা অহল ওইবী নুপী অমনা হায়রকই —

“থম্বালশং, লৌ লিংবদগীদি লাইরিক তাকপনা ৱাবা খরা ফরম্নিদা।

— ইনে, চপ মান্নৈদা; ৱাবা মওং মান্নদবগী ৱাদনি।”

থবক শূবদা ৱাদবরু য়াওৱা ? থবক শূবিবা মীদুগী অৱাবদু ভাবোক ওইরিবা মীনা খঙদবনি। অদুবু ম[illegible]নি খন্দুনা থবক্তু ৱাবা থিদনা শূনরিবা[illegible]। মসি অহলদুনা অমুক্তসু খল্লুদে। থম্বালশংনা হায়রিবদু করিমত্তা খঞ্জিন্দনা নুপীদুনা অ[illegible]সু হায়রকই—

“[illegible]ইরিক [illegible] [illegible]বদুনা উরুন্নিদো; অদুগা লৌ লিংবা হায়বসিনা লৈখোম মরক্তা, নুংশা মরক্তা শূবনি; অনীসি য়াম্না খেন্নরমগনি ?”

— থবক খূৎশূ খেন্নরগসু ৱাবদি অনীমক ৱাবজাৎনি।”

থম্বালশংনা মখা শাংথনা, শন্দোক্লা ঙাঙদ্রে। মথক্কী অহলনা ঙাঙবনি, অফবা ৱাখলদা ঙাঙসনু; ফত্তবা ৱাখলদা ঙাঙসনু; মদুগী মতিক চাবা পাউখুম পীদুনা অন্নায় অখুম তৌনীংদে। থম্বালশংগী মীচঙদা অতোপ্পা নুপী অমনা ৱা ফেল্লকই—

“অদুগী ৱাবুদি চিংজিন্দা শূবসু, পোইনুদা শূবসু খূৎৱা তিন্নদে, মানসু মান্নদে; অদুবু অনীমক শূরিবসিনি।”

ঙাঙনরিবসিদা থম্বালশংনা ৱাফম অমা নীংশিংলক্লি। মানা চীংখৈগীদা লাকপা চহীদুদা ঙসিগী অসুম্না মখোয়গী লৌ লিংবদা লৈকায়গী নুপী অমনা নুংশিবিবা ওইনা হায়খি —

‘ইবেম্মা, নঙবু লৌ লিংবসি হৈবু হৈনগদ্রনে ?

— হৈননিদা ইনম্মা, হান্নসু লিংঙকই।”

ওজা ওইবনিনা অতৈ থবক শূবদু হৈনরম্মোই হায়বসি মী অয়াম্বনা খন্নবনি। ঙসি থম্বালশংনা লৌ লিংবা য়াওবসিদা মরিং মরাংবা ওইনা উনরম্বা য়াই। মৌ অনৌবীনা অহানবা ওইনা লৌ লিংবা য়াওবসি লক্লগল্লি। মদু ঙসিসু থম্বালশংদা তৌরক্লে। খরা অহল ওইবা অমনা হৌদোরকই—

“ঙসিগী ঈশৈ শকপগী থৌরমসিদি লৌপু মৌ অনৌবীনা শকপা হৌবা তারে।

— ঐদি ঈশৈদি হৈতে, কমাই তৌনি ?

— তাইবঙ মীওইবনবু ঈশৈ হৈতে হায়ব্রাও ? নঙনা তাখিবা, চীনফা পুবা ঈশৈ অমা হেক্তা শকউ।

— ঐনা শকপদু তারগা ময়াম নোক্কনিদা।

— নোক্কে নোকসনু, শক্কুম শকউসে।”

লৌ লিংলিবীশিংদগী মরক্তা ফজনা ঈশৈ শকপসু য়াওরক্কনি: মদুদা ময়াম্না নুংঙাইগনি। কনাগুম্বী, হৈতবীসু য়াওদুনা ফাগি মান্না শকপসু য়াওগনি। মদুদসু ময়াম্না নোক্কনি, নুংঙাইগনি। অহলশিংনা হায়বদা য়াদ্রগনা ঈশৈ শক্কবী নুপীদু ময়াম চঙদুনা লৈখোম তৈশিনগনি, মঙক্তা লৌহোন হারৈ অনী, অহুম য়ানশিনগনি; অদুগা লৌ লিংহনগনি। থম্বালশংনা মদুগী চৈরাক্তু কিবদগী ময়ামগী ব্রাদু ইনগে হায়না খল্লুবা নত্তে; ময়ামগী চৎনবীদু থুগায়দনবা ঈশৈ শক্কে নীংবতনি। থম্বালশংনা ময়ামদা হায়রকই—

“ময়াম ঐদি ঈশৈ শকপসি হৈতে; ময়ামগী নুংঙাইনবা খুলং ঈশৈ মতেক অমতং শক্কে, নোক্লবিরক্কনুকো।

— খোঞ্জেলবু থোক্লা শক্লবদি, ময়েক য়াওবা য়াওদবা হেক্তা য়ারে; অমা হেক্তা শক্লকউ।”

থম্বালশংদু মনাক অদুরাইদা অতৈ মী লৈব্রা হায়দুনা য়েংলম্লগা ঈশৈ শক্লকই —

*"নুজা থম্মোয়দা লাংচবা*
*নুংশিবা নঙবু পাম্মুবা*
*মোমোন মীনোক্না লোয়ননা*
*লেপ্লরো নুজা ইমাঙদা।*

*উন্নখিবা মীকূপতুদা*
*থম্মোয়সে লাইমল ওইহৌরে*
*নুংশিবা নঙগী মৈচাকসে*
*করম্না মুৎকনি খঙদরে।*

*ঐগী থরায় ওইরিবা*
*মাঞ্জ নঙবু নুংশিবা*
*মীৎয়েং পোইরে তামখিনু*
*লেপ্লরো নুজা ইনাক্তা।"*

ঈশৈসি শকপা হেক লোইবগা থম্বালশংনা হায়—

"ময়াম নোক্নবিরক্নুকো: ঐদি ঈশৈ হৈতবনি।"

ময়ামদু থাগৎনরকই, মতৌ মান্দনা ঈশৈ ফজনা শকই হায়নরকই। নুংথিলদা চীংখৈনা হৈথা পোখা থিল্লকপদা নুপী অমনা চীংখৈদা হায় —

"থম্বালশংসে ঈশৈদুম তৌহল্লো: রেডিওদা অমুক্তং শকহল্লবদি খংফাং ফাওনি।"

ঙশাই থম্বালশংনা ঈশৈ শকখিবদু তমই। মদু তারগা চীংখৈনা ফাগ তৌরকই—

"অদুদি মাগী ঈশৈদুনা হৈথা পোখা ওইরসিনে ?

— হৈ অদুদি য়াদে।"

হৌখিবা থৌদোক্তু নীংশিংলিঙৈদা লৌ লিংফমসিগী ঈশৈ শকপগী থৌরমদু হৌরম্লে। মদু মাদি খঙহৌদ্রে। রেডিওদা তৌরিবা ফোন ইন প্রোগ্রামগী

তাবিনীংবগুম্না লৌহোন খুদাপ অমা, রিসিভর পায়বদৌনা পায়রগা, টেলিফোন তৌবগী মওংদা লৈশাবী অমনা হায়রকই —

"হল্লো, ইচে থম্বালশং; ঈশৈ অমতা খঞ্জগে ? "

মাগী মমিং অপান্নরকপদুদা থম্বালশংদু নোকফেৎ তৌই, খুমদবা য়াদ্রে। লৌ লিংলদুনা খুমই—

"করি ঈশৈনো, খনবিরকও।

— ইচেগী ঈশৈ অমতং তাজগে; য়াম্না ফজবা ঈশৈ অমতং শকপিরকউ ।

— ফনি, তাবিনীংবীশিংগী লৈফমগা, মিংগদু হান্না অমুক্তা হায়বিরকউ।"

তারিবী ময়ামদু নোক্লকই। লৈশাবীদুনা নোকপা লেপ্লগা হায়রকই —

"লৈফম্না ফৌরেল লৌফমদগীনি; তাবিনীংবীশিংগী মিংনা শঙ্গাই, বিনা, সনাথোই, শান্তি, সবনা, লৈমহল অমদি লিঙ্গোই।"

ময়ামদু অমুক্কসু নোক্লি । লৌফমসিদা লৌ লিংলিবী ময়ামদুগী মিংদু মথং মথং হায়রক্লি। থম্বালশংনা মখা তারকই—

"ফোন পায়রিবী সবনাবু হৌজিক করি তৌরিবগে ?

— লৌ লিংজরিয়ে।

— লৌ লিংবসিবু হিনাউ শাবনা হৈনব্রা; ওম খায়বনা হৈনব্রা ?

— ইয়াদা য়াইদা।

— অদুদি সবনাথোয়না তাবিনীংলিবা ঈশৈদু শক্লক্লগে; মতেক অমতং হান্না সবনানা শক্লকপা তারে।

— ঐদি ঈশৈ হৈজদেবু।

— হৈত্রবসু ময়ামগী নুংঙাইনবা মতেক অমতং শকপিবা তারে।"

ময়ামসু থম্বালশংগী মতেঙ পাংশিল্লক্লে। সবনাদু তঙাইফদনা ঈশৈ শক্লে; থম্বালশংসু শক্লে।

৭

থম্বালশংনা লৌ কুম্মুবগী হক্লকপদা চীংখৈনা চাক থোংলমই; চলাম্বনা অঙাংদুগা শান্নমিন্নরমই। লৌ লিংবগী হৈথা পোখাদগী পুরকপা চানা কাংঙৌদু চলাম্বদা পীরকই। শেংনা পুরকপনি। চলাম্বনা হায় —

"ইতৈমা, কৈদৌবগী অসুক য়াম্না পুরকইনো; লৌ লিংবদু ৱাবা ফন্নবা খরা য়াম্না চাশিনবা য়াদ্রো ?

— য়াম্না, চারকইদা; নঙগীসু খরা পুনীংই।"

ইমুংসিদা অচা অথক্কী মতাংদা চলাম্বনা অঙাং ওইরি। চীংখৈ অমদি থম্বালশংগী মীৎয়েংদা চলাম্বসি অঙাং মচানি। থম্বালশংনা হায় —

"অঙাংদু ঙাইহাক্তংগা লৌরমখো; ঐ ঈরুজরুখিগে।

— লৌরমগে, তপ্না অদুম ঈরুজৌ ইতৈমা; ঐনা থোকপা অঙাংসি কপ্পনবা লৌরমগে।"

অঙাংদু লক্লরদুনা চলাম্বদু কাংঙৌ চারি। অঙাংদুসু চলাম্বগী চীন্দা, চলাম্বনা চারিবদু খোয়দানা য়েংলি। থম্বালশংদি চাকশঙদা চঙলক্লে। চাক থোংলিবা চীংখৈদা হায়রকই—

"ঐনা হক্লক্লগা থোংবা য়াবসিবু মোই তাচৌনা ৱানবা চাক থোংবিরমই।

— অচিন থানিনা অহান অহানবা চাক থোংনবা তাবনিনে।

— চফূ থাংথরবনিনা মোই তাচৌ থোরক্কে হায়রবসু য়ারনিয়ে। ঐসু য়াম্না থুনা চঙলক্লগে।

— নঙগী ঈরুজবদু হান্না অমুক্তা লোইশিল্লুখো চৎলো।"

থম্বালশংদু থোরক্লে। চীংখৈবু মপুরোইবা ওইনা ফংজবগী অমদি চলাম্ববু মনাওনুপা ওইনা ফংজবগী থম্মোয়দা হরাও নুংঙাইজবগী ঈনোদ কারক্লি।

ঙসি ফংলিবা হরাওবা, পেঞ্জবা কয়াসি ফংদনবগী তাঞ্জাদু থেংখাঙ অনীরক থম্বালশংনা মাইয়োক্লখিবনি। নোংদম্বনা নোংদমখিবনা ঙসিদি থেংখাঙ অনীরক্তু নাথৈরম্লগা চীংখৈগী শেগাদা হিংলি।

নোংমা থম্বালশংনা স্কুল কারকপগী লম্বীদা মখোয় স্কুল কমিটিগী সেক্রেটরিদু লমখাংদা থেংনদুনা লাকমিম্নে; মাবু ঙাইরম্বদৌনা তৌই। মতেক খরা চৎমিন্নরবগী তুংদা সেক্রেটরিনা ৱারী হৌরকই—

"অঙ্ক লৌবা ওজাশিংগীদি ঐনা তোলোপ খরা হেনগৎসিরা হায়দুনা তৌরিবনি। মথং থাদগী ওইনা হেনগৎলগে।

— অতৈ ওজাশিংনা নুংঙাইরোইদা ওজা।

— নুংঙাইত্রবসু কমিটি ঐখোয়না শীনবনি; মখোয়না করিসু তৌবা ঙম্মোই। করিসু ৱাবিরম্নু ওজা।

— মদু ৱাথোক ওইরক্কদৌবা মাল্লি; অতৈ ওজাশিংনা ষ্ট্রাইক তৌরক্কুনা স্কুলগী মিংচৎ থীরক্কনি খল্লি।

— ষ্ট্রাইক্তা মাইপুনবা ওজা অনী অহুম স্কুলদগী তাঙ্খোক্লগা মথন্তা ঈরাংদু নেমথজখিনি। ঐনা হায়রিবসিনি নঙগীদি ঐনা সেক্রেটরি ওইরিঙৈসিদা তোলোপ শোয়দনা হেনগৎকনি।"

সেক্রেটরিগী মওংসিদা থম্বালশংনা হৈনরকত্রে। কা হেনবা ৱাঙাঙ য়াওরে। অঙ্ক তাকপা ওজাশিংখক্তং ফরগা স্কুলসি ফরক্কনি হায়বগী ৱাখলদু সেক্রেটরিদা চেন্নমগদবা মান্দে। থম্বালশংখক্তদা তোলোপ হেনগৎপদু য়াদবদগী অতৈ অঙ্কগী ওজাশিংবু খোপচিনবা ওইরমগনি। মানা পাম্বদি থম্বালশংবু তোলোপ হেনগৎপদু ওইরমগনি। মমাঙগী মতমদগী হৌজিক ঙাইহাক ফাওবদা সেক্রেটরিনা থম্বালশংবু ওজা কৌরমই। অদুবু অকোনবগী ৱাঙাঙদদি নঙ হায়রে। মসিগী মরমদু ফোঙদোরকপা য়ারি। মসি থম্বালশংনা হৈনদে। সেক্রেটরিনা মখা তারকই—

"হৌজিক তোলোপ খরা হেনগৎহৌবা হায়বসিনা হয়েং মৌ ওইরবা মতমদা কান্নরক্কদৌরিবনি।"

থম্বালশংদু খুমদে। সেক্রেটরিগী ৱাঙাঙসি ৱামাঙ য়ানবা মাল্লি। ইকুই কুইদনা ফোঙদোক্লীংলিবা ৱাফমদ্ হায়রক্কদবা মাল্লি। তোলোপ হেনগৎলগা তৌবিমন থৌগদৌরিব্রা? সেক্রেটরিগী পূ[illegible] নুংঙাইরবা মঙলানগী পুন্সি

অমা শাগৎলম্বা য়াই। নুংঙাইজবা মাল্লবা সেক্রেটরিনা হংলকই—

"নঙবু য়ূম্নাক ওনখিরোইদ্রো ?"

মমৈদা সেক্রেটরিনা হায়রক্কদবদু থম্বালশংনা ময়েক শেংনা খঙবা ঙল্লে। মমাঙগী মতম কয়াদা, থৌদোক কয়াদা সেক্রেটরিনা মসিগী খুদম, চাংদম কয়া পীখ্রে। থাংজ খুদিংগী স্কুলসিগী ওজাশিং মীতিং তৌই। অঙাংশিংবু মতৌ করম্না ফহনগদগে হায়বগী ৱা খন্নে। মদুদা সেক্রেটরিসু তোয়না য়াওই। থম্বালশংনা পুথোরকপা ৱাফমশিংদু মহাক্না থৱায় য়াওনা তাগনি অদুগা শোয়দনসু য়াগনি। করিগুম্বা খরা চাউবা থবক থৌরম ওইরগদি অথুবা মতমদা পাঙথোক্কনি হায়বগী থাজবা পীগনি, তৌবসু তৌগনি। অতৈ ওজাশিংনা পুথোরকপদুদি খন্নসি হায়রগা নমশিন্দুনা থমগনি। থম্বালশংনা ইনরিবা চোকসি খরা ফবা লৈসি হায়বদা নোংঙানবগা লৈরকই। মেপ, চার্ট, খূৎলায়শিং ৱাৎলি হায়বদা নোংমা নিনীদা লৈরকই। মমৈদদি থম্বালশংদু স্কুলগী অৱাৎ অপা করিমত্তা লৈনবা হৌদোকত্রে। সেক্রেটরিগী মওংদুদা হৈনদবা অমদি তুক্কচবা পোক্লে। থম্বালশংগী থম্মোয়দা মাগী নুংশি মমি তাবদু সেক্রেটরিনা পামই; তানবসু হোৎনরিবনি। থম্বালশংনদি মাঙোন্দগী লাপথোক্লীংই; হোৎসু হোৎনরিবনি। থম্বালশংগী থম্মোয়দা ময়েক লানা মমি তারিবদি চীংখৈগী শক্তন্নি।

চীংখৈসু স্কুলসিগী আর্টসকী ওজানি। মথৌ খঙনা থবক তৌই; ৱা য়াম্না ঙাঙদে; ওজা নুপীশিংগী মনাক্তা লৈগন্দে। মীগী অৱা অনা, থবক অচিন অকোম, অহান অকোন খঙই। স্কুলগী থবক থৌরমদা ওজা নুপীশিংবু খরা কোমথোকসি হায়বসি মহাকখক্তংনা হৌদোকই। ফার্ষ্ট পেরিওদতা, লাষ্ট পেরিওদতা ওজা নুপীশিংবু থল্লোইসি হায়বসি চীংখৈখক্তনা হায়। ইমুংগী থবক্তা নুপীনা খরা হেন্না শরুক য়াবনিনা স্কুলগী থবক্তা খজিক্তং কোমথোকপা ফৈ হায়বসি চীংখৈগী ৱাকৎনি। অঙম অরায় খঙদবী ওজা নুপীনা করিসু লৈতবা মরমগীদমক্তা চীংখৈদা ক্লাস চঙবিরম্লবা হায়রকপা য়াওই—

"ওজা চীংখৈ, হয়েংদি ঐগী ক্লাস সেভেনগী সেকেণ্ড পেরিওদতু খরা চঙবিরমগেরা ?

— করি থবক লৈরবগে ওজা ?

— থবক্তী করিসু লৈতে; হন্দকসি করিগীনো খঙদে, হকচাংসি পংৱাদা ৱাই; ক্লাস শুকচঙ চঙনীংদে। ঙাইহাক পোথারকসিরা হায়দুনা তৌবনি।

— ওজা, অদুগুম্বগী ৱাফমদা মীগী মতেঙ পাম্বীগনুদা।

— ঐগীসি ঙম্মন্দদুনা তৌরবনি, ৱারৌবিগনু।

— ওজাগীদুবু মীনা তারগা ওজাবু খোংমন তাদে হায়নরনিনে।

— ওজা চীংখৈসি ৱারৌরমাল্লে; ঐগীসি ইচম চম্না ইতেঙ পাংবিনবা হায়জবনি। ঐসু ওজাগী চা কোংজনিদা।

— মতেঙ পাংবা হায়বা ফজখ্রবা চৎনবীসি চা গিলাস অমগী মমলগা মনতিক্লবদি চুমদে। হয়েং মতুংদা নাতৈ চাদ্রবা মতাংদা ওজাগীদু খন্নরসি।"

চীংখৈগী য়ানীংদবা মওংসি উরগা ওজা নুপীদু ঈকাইবা হৈরগদি ময়ামগী মমাঙদা ঈকাইরমগনি। মদুগী মতুংদা মহাক্না চীংখৈদা ফাগি ফাওবা তৌখিদ্রে। য়াম্না হঙ্গোয়না ঈকাই খুম্নরে। চীংখৈদি অয়াম্বা মতমদা মানা ঙম্বা থবক্তা মীগী মতেঙ পাংবনি। মীগী মতেঙ পাংবা হায়বা ফজরবা কখোকপগী ৱাখল্লোন্দু, ফজবা ৱাখল খনবা ঙমদবা মীনা করেম কথাইনদুনা অরেম্বা তাহন্নবা হোৎনৈ।

থম্বালশংনা খুম্লক্লবসি সেক্রেটরিদা নুংঙাইতনীংঙাই ওইদে। করিগী তুমিন্না লৈরিবনো হায়বসি ফাওবা খন্দে; মানা হায়গে খল্লিবদুতা হায়হৌনবা হোৎনরি। অমুক্কসু হংলক্লি —

"চহীদি ফনা য়াম্লম্লনি; নঙবু য়ূম পানখিরোইদ্রো ?"

থম্বালশংগী ৱাখলদা তুমিন্না লৈবগী মহুৎতা করিগুম্বা খরা খুম্বনা ফরে খল্লক্লে। মায়দি ওনশিন্দনা হায়রকই —

"য়ূম পানবগী ৱাসিদি খনবু খন্দ্রিদা।

— হৌজিক্তী খনবা য়ারেনা; অঙাংসু নৎত্রে, থবকসু তৌরে।

— মদু নত্তবা মরম য়াম্না লৈরিদা; অদুনা খনবা শংদ্রি।"

থম্বালশংগীসি ঙাঙনরিবা ৱাফমসিদা পূক্লিং চঙদে; মরু ওইবা ৱাফম ওইনা খন্দে তাকপনি। মসি খঙনবা মঢেক ময়াদা হায়রকপনি। অদুবু সেক্রেটরিদি খঙদে; খঙশিন্নদবা ওইরম্বসু য়াই। মানা তাজবা, খঙজবা ৱাফম অমখক চীনফা পুরি — 'নুপানা নুপীদা নুংশি হায়না ফোঙদোকপসি ঈকাইবা খঙউরগদি ওইথোকপা ৱাই।' মরমসিদগী মানা থম্মোয় য়াম্না কন্না, নাপলনা

লমজীংদুনা চঙশিল্লক্লি। অদুবু মাগী লাইবক থীবা অমদি লৈরি। মানা থম্মোয় শোক্লা, করিগুম্বদনা ইচম চম্না নৎত্রগা পূকচেল শেংনা থম্মোয়গী ওইবা ৱাফমবু কনাগুম্বী মশুং মমান্নবী অমদা ফোঙদোক্লুবদা মাগী ৱাদু, মাগী ৱাঙাঙদু নুপীদুদা লক্লুবগুম, করেম্নবগুম নৎত্রগা ফাগি তৌরিবগুম্না থোকই। মসিনা সেক্রেটরিগী হৌজিক ফাওবগী পুক্সিদা নুপীগা পুক্সিগী ওইবা য়াবা নুংশি নুংঙনগী মরী থমগদবা ৱারী ৱাতায় শানবগী খুদোংচাবদু ফংলকত্রি। ফংলক্লনি হায়বগী থাজবা, মদুগী লংলা লংজিন খজিক্তং ফাওবা উবা ফংদ্রিবসিনি। মসিমক্তনা হন্দক থম্বালশংনা মহৈশেঙসিদা ওজা ওইরবা, মানা সেক্রেটরি নমদুনা ওইরকপা মতাংসিদা ওইজবা অমতং ফংনবা ঙমজবী থাদুনা হোৎনরক্লি। খোঙজঙ অসিগী মনুং চন্না ঙসিদি মহাক্না থম্বালশংদা হায়গে খন্না হায়রক্লি, চঙশিনগে খন্না চঙশিল্লক্লি; পঙশিন্নবা য়াবা মখৈ পঙশিন্নরি। থম্বালশংদা য়াম্নমক তঙাইফদ্রবা ৱাগুম্না সেক্রেটরিনা হায়রকই—

"খলহৌবনা ফৈদা: নুপীগী য়ূম পানবগী মতাংসিদি য়াম্না তেনবনি। খজিক্ত নাহোকখিবদা য়ূম পানবা হেক্তা খঙদবনিকো।"

মাগীসি অকিবা পোকহনবদুনি। অদুবু ৱাহৈসিনা থম্বালশংবু কিহনবা নৎত্রগা লাংতক্লহনবা ঙায়বদুদি ঙমদ্রে। সেক্রেটরিগী থম্মোয়গী অশোনবদু থম্বালশংদসু লৈরমগনি খঞ্জবনি। মহাক্না মখাসু তারক্লি —

"হৌজিক লৈরিবা ঐখোয় লৈবাকসিগী মীশীংসি নুপীনা নুপাদগী য়াম্না হেল্লমাল্লে; খরা ঈকাই থীগনবী মপান থোকন্দবী নুপীশিংদি নাতৈচোবা নুপা ফংঙরোই; মসি য়াম্না কন্না হায়নরবনি।"

সেক্রেটরিগী মতৌসি ওহোকপা অমনি। মশাগী ফিরেপ লৈজদবী, মী অমনা হায়রবসু হেক্তা থাজবী, অমনা হায়রবসু মদুনা হেক্তা ফগনি খনবী, অচুম অরাল লেপ্পা ঙমজদবী অদুগুম্বী নুপীদা হায়গদবা ৱাহৈসি মাঙোন্দা হায়রকপসিদা থম্বালশংদু মাইথোঙদা উৎতনা থম্মোয়দা নোক্লে। পূক্লিংদা সেক্রেটরিগী থৌরাংদু তশেং তশেংনা উরক্লে। ৱা য়াম্না ঙাঙনদনা মখোয়গী স্কুলদু য়ৌনবা চৎনীংলকই। তুমিন্না মায় নোঙ্গদুনা সাইকল থৌরি। সেক্রেটরিদি থম্বালশংদা অমুক য়েং, লম্বীদা অমুক য়েং, নাক য়েৎকী মীশিংদা অমুক য়েং তৌরদুনা ৱা ঙাঙই। থম্বালশংনা ৱা ঙাঙদ্রিবসি মানা হায়রিবদুদা য়ানীংবদগীনি হায়নসু খল্লি; মখাসু তারক্লি —

"নঙনা থবক অকা অকুম তৌবসি ৱারমগনি; নখোয় য়ূমসি ফনা যাম্না থাপ্লরি। স্কুল মনাক খরা নক্লা লৈনবা তৌরসিদনা ?"

থম্বালশংদু খুমদে। সেক্রেটরিনা অহুম, মরিরক হংলকই —

"ঐখোয় শ্বাইদা লৈনবা তৌরসি হায়ববু য়ানীংদ্রো ? "

তোয়না হংলক্লবসিদা থম্বালশংদু খুমদবা য়াদ্রদুনা খুমই —

"ইংখোল লৈনবা, য়ূম হোংনবা শেলকা লৈবজাৎ নত্তেদা ওজা।"

মানা পাল্লিবদুগা থম্বালশংনা খুল্লক্লিবসিগা ওন্ন তৈনবসিদা সেক্রেটরিনা হায়রকই —

"য়ূম, ইংখোল হোংবগী ৱা নত্তে; য়ূম পান্নবা, লুহোংনবা তৌরসি হায়বনি।

— ওজা, স্কুল ডিবলপমেন্টকী মতাংদা কমিটিনা করম্বা অনৌবা প্লান তৌবা লৈরবগে ? "

অনৌবা ৱারী পরিং অমা পুশিল্লক্লে। মসিগী মনুংগী ৱাহন্দোক্তু খল্থদবা সেক্রেটরিনা মশাগী ঈজৎ য়োঙ্গরদুনা হায় —

"অনৌবা ৱাফম লৈত্রি। অদু য়ারগদি স্কুল মনাক শ্বাইদা য়ূম পান্নবা তৌসিনে ? "

থম্বালশংদু তুমিন্না লৈ। সেক্রেটরিসি ভাব তামন্দ্রে। খঙননবা ৱাহৈ খরসু হায়বগী মথৌ তারে। থম্বালশংগা ৱারী শান্নবদা হরাও মথোই কাজরবা সেক্রেটরিনা হায় —

"করি খল্লিবনো তুমিন্না লৈরিবদুবো ? ঐখোয় শ্বাইদা য়ূম পানবসিবু ইপাম্মক পামদ্রনে ?

— ওজা, ৱারীসি তোক্লসি; ঐদি অসিগুম্বা ৱারীসি কয়া শান্ননীংদে। ওজানা তঙাইফদে খল্লগদি ঐ নত্তবা অপাম্বা নুপী অমগা শাবিরো।

— ঐসিবু নঙোন্দা মতিক মাপা য়াম্না চান্নদ্রবনে; নত্তে লম্বীদা চৎমিন্নবা ফাওবা লেমদ্রব্রা ?

— য়ারগদি ঙসিগী অসুম্না লম্বীদা লৈবিরমগনু; ঐ ইথন্ত স্কুল অকা অকুম তৌজগে; মসি ওইনবা সেক্রেটরিনা শীনবীয়ু।"

ঙশাইদগী মানা অসুম ঙাঙবা, থম্বালশংনদি থৌওই ৱাওইদবা কয়াসিদা সেক্রেটরিদু মশাগী হৈনবী, কম্থা করীংনবদু তৌরক্কদৌরে। ফনা কন্না ফাথরম্বনি। তানীংদবা খোল্লে খোন্দাদা সেক্রেটরিনা হায়রকই —

"ঙশাইদগী ঐনা হায়বা ৱাদা নঙনা থৌওই ৱাওইদে; মদু ঐবু উশিংতবনি; ঐসি নঙগী নথক্তা করি ওইরি হায়বদু খঙ্বদা নঙগী কান্নগনি।"

স্কুল কমিটিগী সেক্রেটরি ওইরি; মসিগী খুদোংচাবা লৌরি। স্কুলগী য়াইফনবা থবকশিং তৌগে হায়বগী সেক্রেটরি ওইবা নত্তবগুমই। থম্বালশংগুম্বী ওজা লৈশাবীশিংগা নকশিন্নবা য়ানবা সেক্রেটরি ওইবদৌনা তৌরি। করিগুম্বা খরা ওইজবা ফংনবা ময়ামগী থবক তৌবা হায়বসি পূকচেল পিকপা ৱাখলনি। সেক্রেটরিনা মখা তারকই —

"ঐনা ঙশাইদগী হায়রিবসি নঙনা তরাইনা লৌবমাল্লে; ঐদি অচেৎপা ফিরেপ অমগী পান্দমদা হায়রিবনি; খোঙফমসি পাক্লসু হন্দোক্লরোই।

— ওজা, তপথবিখো, চঙশিনবিরিবা থবক্তু নিয়ম চুল্লিব্রা হায়বদুসু ৱাখল মুন্না খল্লবিয়ু। ঐবু ৱা ঙাঙনবা ওজানা হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙবিরিবদু তৌবিগনু। ঐগী ৱা তারগা ওজা শাউবিরক্কনি। থরায়সু নুংঙাইবিরোই।

— ওজা ওইরবনিনা অঙাংদা লাইরিক তাকপগুম্না নঙগীদু ঐঙোন্দসু তাকপগী ৱারা ?

— মসিমসু খঙবিরমগনি, জীব ওইরবদি তীন কাঙ ফাওবা মশাগী অপাম্বা লৈনৈ; অপাম্বদু ফংনবা থবক তৌনৈ। ওজাসু তৌবিরিবদুনি। ঐসু নুপী অমা ওইনা ইশাগী অপাম্বা লৈজে; মদুগী অপাম্বদু ফংনবা খোঙফম চেৎনা লেপচরে। ঐগী অচেৎপা খোঙফমসি ওজাগী হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙবা ৱাদুনদি লেঙহনবা ঙমদৌবা মান্দ্রে।

— নঙগীসি ঐঙোন্দা শীংনরেনা ? হৌজিক ঐহাকসি নঙনা ওজা ওইরিবা স্কুলদুগী কমিটিগী সেক্রেটরিনি হায়বসি নীংশিংউ।

— হৌদোকপিরক্লিবা ৱাফমদুদি ওজা অমগা কমিটিগী সেক্রেটরিগা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদু নৎত্রে।

— থম্বালশং, মীওইবা হায়বসি তুংগী পূন্সিদা য়াইফনবসু খন্নবনি। হৌজিক্কীদা খল্লগা থোইচৎনগনু, নঙগী য়াম্না মাঙজরক্কনি।"

মসিগী পাউখুম পীনীংদ্রে; অরায় অখুম তৌনবগী অরোইবা লৈররোই। তুমিন্না লৈরবসু কিবা মানগনি। সেক্রেটরিনসু মখা তারক্কনি। থম্বালশংনা হায়রকই —

"ওজা, স্কুল নকশিল্লক্লে, হেনগৎপিগে হায়ব্রা নৎত্রগা ঐবু হেনগৎচৌ হায়ব্রা ? ওজাগদি পূন্না চৎমিন্ননীংদ্রে।

— নুপীসে থৌনা য়াম্না ফরেদা; অদুবুদি মতম খরা লৈরগা খঙনবা তারেদনা।"

সেক্রেটরিদু শাউনীংবা মীৎয়েংনা য়েংলম্লগা হেনগৎখ্রে। থম্মোয়দা লমন খুন্নীংবগী মৈচাক ফুমদুনা থম্মাল্লে। । মদুগী মমি মাইথোংদা তারি।

নুমিৎতুদগী সেক্রেটরিনা থম্বালশংগী অশোয়বতা য়েংখ্রে। স্কুল কারকপা, কুম্বা, ক্লাস চঙবা, লাইরিক তাকপা, অঙাং লাওবা, পরিক্ষাগী ইনভিজিলেটর ওইবা, পরিক্ষাগী চে য়েংবা, স্কুলগী থবক তৌবা কয়াসিদা কূপ্না শেন্নরকই। থম্বালশংদি মাগী তৌফম থোকপা মথৌদু অদুম কায়দনা তৌরি।

নোংমা স্কুলগী পিওন্না থম্বালশংদা হায়—

"ওজা, হন্দক মরকসি খরা হৈ শিংনা স্কুলদা লৈবিয়ুকো।

— কৈদৌরবগে তাদা ?

— কমিটিগী সেক্রেটরিনা ওজাবু কল্লক য়েংথীনা য়েংশিল্লবনি।"

মসি থম্বালশংদা অনৌবা নৎত্রে। অদুবু পিওন্দুনা হায়রিবসি করি খঙজবা লৈবদগীনো হায়বদু খঙনীংদুনা হংলকই—

"তাদদি করম্না খঙলিবনো ?

— ঙরাং সেক্রেটরিনা হেদ মাষ্টরদা কমপ্লেইন তৌখ্রবনি।

— করি হায়না তৌরিবা ?

— ক্লাসতা লাইরিক তাকপদা পূং হেক তাবগা ক্লাসতগী থোরক্তে, চোক মতেক য়াম্না হুন্দোকই, ব্রা কন্না ঙাঙলগা লাইরিক তাক্তে, পারা হংদুনা মতম মাঙহল্লি, অসিনচিংবনি।

— মদুগী ঐবু করি তৌনি হায়বগে তাদা।"

— মদুদি হায়নদ্রে; হেদ মাষ্টরনা মাগী ৱাদু অদুম ককথংখ্রে।

— করম্না ককইবা ?”

হেদ মাষ্টরনা হায়বদু পিওন্দুনা তমই। হেদ মাষ্টরনা হায় —

“ওজা থম্বালশংনা তৌরিবদু হৌনবীনি। মানা তৌরিবদুদগী হেঞ্জিন্না তৌবা ওজাসু স্কুলসিদা ফনা য়াম্না য়াওরি। অদুগা মথৌ খঙদবা ওজাশিংসু অদুম য়াওরি। মখোয়দুবুদি চুমথোক্তনা মরু ওইনা ওজা থম্বালশংবু য়েংশিল্লগা স্কুলসি ফগদবা নত্তে। ময়ামগী থবক তৌবদা পূকচেল সেপকনু।”

পিওন্দুনা থম্বালশংদা অমুক হায়রকই —

“মদু তাবদা খোয়দৌ থীৎলবা সেক্রেটরিদু উপায় লৈত্রদুনা, মখা তানা কনখৎকনু হায়রল্লগা চৎখিবনি।

— তাদা, সেক্রেটরিগীদু মানা পাম্বা তৌজবনি, তৌজসনু।

— অদুবু ওজা, মিংদা থীবদি য়াদে; খরা চেকশিন্না লৈবিয়ু।”

থম্বালশংনা হেঞ্জিন্না চেকশিনবা তৌদে; হান্নগুম্না তৌফম থোকপদু অদুম তৌই। সেক্রেটরিনা ফনা কন্না মরাল শীনবা হোৎনরবসু উপায় ফংখিদে।

মখোয়গী লুহোংবদা সেক্রেটরিনা নুমিৎ মঙানিদগী হেন্না ছুটি পীয় য়াখিদে। হেদ মাষ্টরনা নমদুনা নুমিৎ তরানি পীখিবনি। থম্বালশংদি চহী অমদা লৌফম থোকপা ছুটি মশীং শুনা লৌদবনি। স্কুল কারক্লবসু মরক্তা ছুটি খক লৌদে।

চীংখৈগী লাইবক ফবনি, সেক্রেটরিনা থম্বালশংদা য়েংশিল্লিবমখৈ চীংখৈ থম্বালশংগী নুংশি মরীদা চেৎশিন্নরকই। মবানীগী মরীনা চেৎশিল্লকপগী মতিক সেক্রেটরিগী কল্লক খম্বনবসু হেনগৎলকই, ফত্তবা লৌশিংগী পোরম কাঙবা হেল্লকই, য়েংথীরকই, শাউরকই। মবানীদি মবানীগী মরীদু মকা ফোঙদনবা হোৎনবনি, অদুবু সেক্রেটরিনা অতাক অফোঙনদুনা নোংমা চীংখৈদা কিহন্নবগী মওংদা হায়—

“স্কুলসিদা ওজা ওইবিখিগে হায়রগদি স্কুলসিগী মিংচৎ থীবা য়াবা থবক তৌবিদবা ফৈ।”

চীংখৈসু খঙই ; সেক্রেটরিনা থম্বালশংবু কল্লক খম্বন্না পামই: থম্বালশংনদি মাবু য়েংথী, হঙ্গোয়। অদুগা চীংখৈনা থম্বালশংগী ৱাখল থাদোকপা, মবানী মরী লৈনদবদুসু সেক্রেটরিনা পামই। মাগী ৱাঙাঙদু চীংখৈবু কিহন্নবা তৌবনি হায়বসিসু চীংখৈনা নীংথিনা খঙই। করিমত্তা ঙাঙদনা চৎথ্রসিরা খল্লি; মদুসু তান্নরক্কনি, অদুনা তপ্না হায়রকই —

"ঙসি ফাওবদি অদুগুম্বা থবক্তু ঐহাক তৌদ্রি হায়না খল্লি।

— তৌই হায়বগী প্রমান ঐনা পীরবদি ওজা ওইবা তোকপা ঙমগদ্রা ?

— ঙমগনি, তৌবতদি মরম চাবা প্রমান্দি ওইগদবনি। হায়বিয়ু ঐনা স্কুলসিগী মিংদা থীবা য়াবা করি থবক তৌরবগে ?

— থম্বালশংগা নবানীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদু ঈকাইনীংঙাইনি; মদু গার্জিয়ানশিংনা তুক্কচৈ।

— ঐগা ওজা থম্বালশংগা মরী লৈনৈ হায়বগী প্রমান্দি ?

— লৈবু লৈনদে হায়গেরা ?

— নম হাবা ৱাঙাঙনা প্রমান্দি ওইবা য়ারোইদা।

— মীয়াম্না ঙাঙনরিবসি তাদ্রা ? তাশিন্নদবগীদি খঙদে, ঐখোয়দি ঈকাইজে। ওজা মশেল লৌশিন্নবা স্কুলবু ইমুংদা ওহোকপিরগা স্কুলসি মুখৎপিরগেরা ?

— সেক্রেটরিখক্তনা ৱাফমসি ঐঙোন্দা হায়বিরকই। মী অতৈনা ঙাঙনবদি তাদে; ৱাফমসি সেক্রেটরিগী অরানবা ৱাখলদগী শন্দোরকপদি নত্তেকো ?"

সেক্রেটরিদু শাউবা খংহেন হেনগৎলকই। অরোন অথুপতু মকা ফোঙলুবদা ঈকাই খোয়শাউনবা থৌদৌনি; শাউনা হায়রকই—

"অদুম্না করেম্নরক্কনু; ওজাগী ওইজবা য়াম্না মাঙলক্কনি।

— ঐদি ওইজবদা অদুক হাক্লা মিহৌদবনি।"

নুমিৎতুগী ঙাঙনবদু মথা তানদ্রে। ইকুই কুইদনা সেক্রেটরিনা শীন্দুনা কমিটিগী মীতিং অমা তৌরে: মদুদা মরু ওইবা ৱারেপ অমা ওইনা থল্লে — 'স্কুলসিগী ওজা নুপা অমগা নুপী অমগা য়ুম্বানমিন্নবা য়ারোই; করিগুম্বা য়ুম্বানমিন্নরবদি অনীমক স্কুলসিদগী ওজা ওইবা তোকহনগনি।' সেক্রেটরিগী

থবকসিদা চীংখৈসু তৌগে মতাগুন্না মীতিংগী ৱারেপতু নোটিশ থোকপা নুমিৎতা থবক তোকপগী চে পীশিল্লগা থম্বালশংবু চেনবনি।

মসি নত্তবা খুরৌ থাংবা অমসু থম্বালশংনা মাইয়োক্লখ্রে। মতমদু ইবোচৌবনা থম্বালশংবু উন্ননবা য়াম্না কন্না হোৎনবা অদুগা থম্বালশংনদি উন্নদনবা, থেংনদনবা ঙম্বমখৈ কন্না হোৎনরিঙৈদনি। স্কুল অকা অকুমদা উন্ননবা লম্বীদা ঙাইদুনা লৈগনি; থম্বালশংনা মী অমগা চৎমিন্নগনি। মবানীতা শান্নগদবা ৱাফম্নিনা ইবোচৌবদু উপায় লৈতদুনা য়েংদুনা লৈহৌগনি। অয়ুক নুংথিলদসু থম্বালশংখোয়গী কোম্ভোং ময়াদা ঙাইদুনা লৈগনি। থম্বালশংদি সুংথোক থোরক্লোই। ৱা ঙাঙননবা তাঞ্জা ফংলকত্রবদা নোংমদি থম্বালশংনা স্কুলদগী হল্লকপদা ইবোচৌবদু লম্বীদা ঙাইদুনা লৈরমই। নকশিল্লক্লবদা ইবোচৌবনা নংহৌররোই মতাগুম্না হায়রকই —

"থম্বালশং, নঙ অমুক্তা ঙাইখো, ৱা অমা ঙাঙনখিসি।"

থম্বালশংগা চৎমিন্নরিবী তবাবীনা চৎপা লেপ্লগা ইবোচৌবদা য়েংই। থম্বালশংদি অদুম চৎলি, অদুগা তবাবীদা পূক্লিং নুংশিনা তপ্না হায় —

"লাকও চৎসি।"

তবাবীদু চৎপা তৌই। ইবোচৌবসু তুং ইন্নরকই। থম্বালশংগী মনাক নকশিল্লকই; খোল খরা কন্না ইবোচৌবনা হায় —

"ঙাইহাক্তা ঙাইখো, ৱা ঙাঙনখিসি।"

চৎপদি লেপ্তুনা থম্বালশংনা, ইবোচৌবা তানবা তবাবীদা হায় —

"মীগী ইঙ্গিৎ য়েংলগা থবক তৌবা ফবনি খরা হায়বিখো ওজা।"

তবাবীদু ৱাসি হায়গদ্রা হায়রোইদ্রা ভাব তাদ্রে। ৱাসি ইবোচৌবসু তারিবনি। তবাবীদু তিংঙক মাইঙক্লদুনা লৈরি। ইবোচৌবদসু অমুক য়েংই, থম্বালশংদসু অমুক য়েংই। চৎপদি মাসু তপ্তক্লা চৎলি। থম্বালশংদি হন্না য়েংদনা অদুম চৎলি। মতেক খরা চৎলগা ইবোচৌবদু ৱাখল খন্দুনা লেপহৌরে। থৌওই ৱাওইদবা মানবা থম্বালশংগী মতৌদু উরগা মখা তানা ৱা ঙাঙলক্লগনু হায়রিবসিগী মরমসি করি ওইবা য়াবগে হায়বসি ইবোচৌবনা খঙদ্রে। ঈকাই নুংশি য়ান্নবগী ঈশ্বন অমা থম্মোয়দা খঙহৌদনা ফাওরক্লি। তাইবঙ শেম্বা মপুনা নুপা ওইবশিংদসু থৱায় ৱাবা, কম্নীংবা, পূক্লিং নুংশিবা কয়াসি শরুক থুংবিরমই। পূন্নমকসি ইবোচৌবগী থম্মোয়দসু খুদকসিদা থুংলরে। তাইনফম

খঙদ্রবা, হায়ফম খঙদ্রবা, ফোঙদোকফম খঙদ্রবা থম্মোয়দা ওমদুনা লৈরিবা মৈচাক্তু পুরদুনা লেপ্লস্বদ্গী ঙম্লকত্রবগুম ইবোচৌবদু লৈমায়দা নীংঙাইবা লৈতনা ফমথরি।

মথং নুমিৎতা তবাবীনা ঈকাইনা অমদি হঙ্গোয়জনা থম্বালশংদা হংই—

"ঙরাং ইবোচৌবগী মওংদু করম তৌরিবনো ?

— ওজানা উখ্রিবা অদুনি।

— ঐনা হংইসিদি নবানীগী মওংসি কমদৌনরিবনো হায়বনিদা।"

থম্বালশংদু খুমদ্রে। থম্মোয় থম্মোয় তিন্নমা নুংশিনরকপা, পূকচেল শেংনা মরী লৈনরকপা ইবোচৌবগা মবানীগী নুংশি মরীদু তৎতুনা কায়নবগী পনখৈদা চঙশিল্লবা মবানীগী পুন্সি তাঙ্কক্কী ৱারীদু ইরায় লায়না চীন্না পনবসি মাঙোন্দা খরা ৱানা থোক্লবগুমই । হৌখিবা তাঙ্কক কয়াদু মীকৃপসিদা নীংশিংলক্লি, থম্মোয় নৌরক্লি, পূক্লিং নুংহীক্লরক্লি । নীংঙমদবগী শকফম মায়থোঙদা তারি। মাগী মওংসিদা তবাবীনা হায়রকই —

"ঐগী ৱাসি ওজাদা নাতৈ য়াম্না চাদনা থোক্লব্রা ? অদুদি মসিগী ৱারীসি শারগুমসি।

— ইথক্ত পূক্লিং নুংশিরকপননি। ওজানা হংখিবদু ঐ হায়রক্কে।

— হায়রক্লনু ওজা, মদু হায়হন্নীংদ্রে।

— শাউরিব্রা ?

— শাউবা নত্তে; মদুনা ওজাদা চৈনা হাপকনি খনবদা ঐহাক ৱাফমদু ওজানা হায়হন্নীংদ্রবনি। অদুগনে ওজা, ঐনা হংলিবসে মরম অমা লৈ, অদুগীনি। ঙরাং ওজা ইবানীনা স্কুলদগী হনমিন্নরগা ঐনা য়ূম য়ৌবা ঙাইহাক ওইরগা ইবোচৌবদু ঐখোয়দা লাকই।"

থম্বালশংদু তবাবীদা য়েংলকই; মখাগী ৱারীদু খঙনীংবগী মওংনি। তবাবীনা মখা তারকই —

"ওজাগা মাগা লৈনরিবা মরীসি লাপ্নখিগদৌবা মাল্লে; নকশিন্নবা ঐবু খরা শীনবিয়ু হায়রমই। ঐনবুদি ঐনা ঙমগদবা ৱাফম নত্তেদি হায়খিবনি।

— ওজানা হায়খিবদু ফরবনি। ইবানী হন্দক মপোক্কী ওইনা মরী লৈনদনবা

মখোয় ইমানা ঐবু ৱাশকহনখ্রবনি।"

ৱাশকহনখিবগী ৱারীদু থম্বালশংনা লীরে। ৱারীদু তারগা নুংঙাইতবা পোক্লবী তবাবীনা হায় —

"মাগী মমানা অদুক হাক্লা পূকচেল ফৎত্রিবদুবু মচানুপাগী করিমত্তা খন্দ্রবজাৎলনে ?

— হেঞ্জিন্না খল্লমগনি অদুনা ফিবমসি য়ৌরক্লম্বা ওইরমগনি।

— অদুগা ইবোচৌবনা য়াম্না নুংঙাইতবা ৱা অমগা হায়রমই। ওজাগী ফোটো অচৌবা অমা, মানদি ওজামক্কি খন্না থমজবদু মাঙোন্দগী ওজানা লৌখি হায়। মদুমতং পীরকহন্নীংই হায়রমই।

— পীররোই ওজা ।

— পীদবনা ফত্রা ?

— ফৈ, ঐঙোন্দসু মীবা মৈশা লাংলরোই, মাঙোন্দসু অনৌবা মৈচাক অমা হাপ্লরোই ।

— মদুনা কমদৌননো ওজা ?

— ইবানীগী নুংশি খোঙচৎসিদি মীৱা মৈশা মাইয়োক্লফম ঙাক্কনি।"

ইবোচৌবনা তোয়না হায়রক্লবসু থম্বালশংনা রেষ্টুরেন্টতা ফম্বা, হোটেলদা চাবা থকপা, অতৈ মফমশিংদা ফম্বা, কোয়বা চৎপা, সেনেমা য়েংবা কয়াসি য়াখিদে। অদুবু ইবোচৌবদি থম্বালশংগী ফোটোদু ফুরিৎকা মশাগা তায়নবদা হাপ্লগা মথন্ত রেষ্টুরেন্টতা ফমগনি, হোটেলদা চাগনি থক্কনি, অতৈ মফমশিংদা ফমগনি, কোয়গনি, সেনেমা য়েংগনি। মাগী ৱাখলদা মথন্ত নত্তে থম্বালশংগা লোয়নরি হায়না খল্লিবনি। মসি থম্বালশংসু তারে। মসিনা মবানীমক্তা শাথীবা চৈথেঙ অমা পীরক্লগনি। তোম্বীনা থম্বালশংগী ফোটো হেক থেংনবদা অচৌবা ৱাথোক অমা থোক্লবা শীল্লক্কনি। মদুনা মবানীগী নুংশি মরীদা কায়হল্লগনি। চুন্না কায়হনবতা নত্তে, থম্বালশংদা ঈজৎ শোকপা ৱাঙাঙনা ঙাঙলক্কনি। ইবোচৌববুসু লমহেনবা মচা হায়দুনা কষ্টী থোক্লা চৈগনি। মসিগী মীচৈসি তাদনবা থম্বালশংনা মশাগী ফোটোদু ইবোচৌবদগী লৌখিবনি।

থম্বালশংনা ইবোচৌবগী মফমদা ওহ্লোকপা মওংগী শকফম অমা উৎলিবসিগী মরমদু তবাবীনা হৌজিক্তী খঙঙে। নুপীগী অৱাবদি নুপীনা খঙফম

থোকপা, মসিগী মথক্তা লৈশাবী মশেলনি; অদুগা ওজা ওইমিন্নদুনা লুনা চান্না তিন্নরিবী মবানীগী পুন্সিনি। অদুনা থম্বালশংগী থম্মোয়গী মৈচোকসি তবা ব দসু মশামক্তা থোকপগুম্না মৈশা লাংলক্রে। থম্মোয় শোক্লা হায়রকই –

"ওজাগী পুন্সিসে নুংশিবনা ফাগি তাহনবিরবা মপোক্নি।

— মী খ্বাইগী মফমদদি নুংশিনবা হায়বসি য়াইফবা পুন্সি অমগী য়ুম্ফম থোনবনি। ঐগী ইফমদদি শাবা লোইরবা য়ুমদু মৈনা তুম্না চাকপদুনি। অদুনা ওজা, ঐসু, মাসু হৌজিক্তী শিখ্রবা মীগীদমক হিংহৌরিবা মীশিংনা থম্মোয়দা ফোঙনা নৎত্রগা লোন্না কপতুনা লেনবদুগুম্না লেনবা তারবনি।"

মবানীমক খ্বা মখা তানদ্রে, তুমিন্না লৈনরে। থম্মোয়দদি নুংঙাইতবগী ঈহুল লৈরি; করিগুম্বা অব্রাৎপা অমা অদুম্মক লৈরি।

মদুগী মতুংদা নোংমা মমান্নবা খরগা কার অমা পুরক্লগা ইবোচৌবদু থম্বালশংবু ফানবা লম্বীদা ঙাইদুনা লৈরে হায়বগী পাউ ফংলে। তোম্বীদা চিঠি ইরগা পীহল্লুই —

*"মচা চানবী মমা,*

*অদোম্না শকহনখিবা ব্রাশক্তু ঙাকপা ঙমজনবা অদুগা ইরাল অমগা অমুক লঙশিঞ্জদনবা লম্বীদা কার পুরক্লগা লৈরিবা ইবোচৌববু হৌজিকমক খামজিনবিররাও।*

*হায়জরিবী*

*লমহেনবী লৈশাবী অমা।"*

নুমিৎতুসু থম্বালশংনা ইবোচৌবদগী নাহোরক্লে। ইকান কান্নদনা ইবোচৌবদু লুহোংগদৌরে হায়বসি তারে। ইবোচৌবগা লুহোংগদৌরিবী চাইবীনা থাজদনা লুহোংবগী পাউজেল চেদু থারকই। মদুগী পাউখুম ওইনা মখোয়গী লুহোংবা নুমিৎতা থম্বালশংনা চেখাউ অমদা লুপা চামঙাগী নোং অমগা চিঠি অমগা পীখি। চিঠিদ্ য়াম্না খল্লগা ইখিবা নত্তে। ইরমদাই ঙাইহাক্তুদা খল্লকপদু ইবনি। অসুম্না ইখি —

*"লুহোংলমদাইদা খঙনবী ইতা,*

*পামজবা বর ফংবগী হরাওবনা অউনপোংতি খরা য়াম্না পুনীংলমগনি। ঐসু ইতাগী অচাউরমদা তেঙ বাংবা ওইনা লুপা চামঙাদং পীখিবনি। লোয়ননা রাফম অসিমতংগা হায়জরি — খৎনবা ফম্না পাম্বীরবসু তুমিন্না লৈবী, খৎনববু পামজদবী মীদুবু ঙমগনি খন্দুনা খৎনবা হৌবিগনু; লৌশিং শিংবী, মীরক তিনবী ইতানা মদু তৌহঞ্জনীংদে।*

*নহাক্কী*

*তুশোন্নবা মানবী নতা।"*

হৌখিবা থৌদোক কয়াসি নীংশিংলিঙৈদা থম্বালশংনা ঈরুজবদু মওং তাদনা লোইশিল্লম্লে। হোবে হোবে য়ুমদা কারক্লে।

চাকখুম চঙদুনা চাক থিরে। চীংখৈগা চলাম্বগদু চাক চারি। থম্বালশংনা মনাক অদুরাইদা ফম্লগা অঙাংদু চাক ইনবিরি। ঙশাই ঈরুজবদা নীংশিংখিবা ময়ামদু মচা অঙাংদুগী মতৌদু উবদা কাউখ্রে। অরাৎ অপা হংনবা মচিন মনাওনা চারিবদুদা য়েংলকই। চলাম্বদু হোবে হোবে চারি। মাগী মতৌদুদা থম্বালশংনা হংলকই —

"চলাম্বা, করিগীনো অদুক থুনা চাক চারিবদি; নুমিদাংসিদা চখোক্কদবা লৈব্রনে?

— লৈতে ইতৈমা, ঐ চাক তোক্লগা অঙাংদু লৌবিগে; ইতৈমা অমুক চাক চানবা। লৌ লিংউবগী ইতৈমা চাক লাম্লমগনি।

— য়ানিনে, তপ্পা চাও। হোবে হোবে চাবদা নবুক থল্লরোই। চাক য়েন্সাং হাপখিগে?

— য়ারে ইতৈমা, ওকএ।

— মোই তাচৌগীদি?

— ঐগীসু ওক্লনি।"

থম্বালশংদু অঙাং চাক ইনবদা অমুক পূক্লিং চঙখ্রে।

## ৮

চীংখৈসু, থম্বালশংসু মশা মশাগী ফমুংদা হিপ্লি। চীংখৈনা হায়রকই —

"কুমশিদি ঐখোয়বু অহলশিংগী নীংশিং চাক কৎসিরা ?

— শেলবু লৈগদৌরিব্রা ?

— লৈনবা তৌগদবনি।

— নাতৈ চারোইদবা ওইরগদি তৌগুমসিদা; মথং চহীদা ওইনা কৎলগা কৎসি।

— নাতৈ চাগনি খনবা মওং অমা লৈ; মদুম্না তৌসিরা খল্লিবনি।"

চীংখৈনা কৎকদৌরিবা নীংশিং চাকসিদি মী খ্বাইনা তৌনরিবা লাংবনগী নীংশিং চাক্তু নত্তে। চাক য়েন্সাংদু চীংখৈখোয়না থোংগনি; লৈকায়গী অহল অহুম মরি য়াওগনি। য়েন্সাংশিংদি লৈখিদ্রবা মখোয়গী অহলশিংদুনা পামজখিবদু থোংগনি; অহলশিংদুবু পূক্লিং চঙনা নীংশিংনবা মখোয়গী ফোটোশিংদু থল্লগা হৈ, লৈ, চাক য়েন্সাংশিংদু কৎকনি। মসি তারগা থম্বালশংনা হংলকই—

"মদুম্না তৌবদা মীনা নোক্লরোইদ্রো ?

— নোক্লজসনু, ঐখোয়গী অপাম্বা অমদি ঙমজবদু তৌবনি।

— চলাম্বগসু তান্নবিখো।

— তান্নখিনিদা, খরসু ব্রাৎলিদনা।"

নীংশিং চাক কৎপগী ব্রাফম খন্নরকপ্‌সিদা লৈখিদ্রবা অহলশিংদুগী শকফমদু মবানীগী মীংতা উরক্লি। ঙাইহাক্তী মবানীমক ব্রা ঙাঙনদে, তুমিন্না লৈনরি। অব্রা অনা মরক্তা পুন্সি লোমখ্রবা অহলশিংদু ঙসিসু লৈরম্লবদি মগুগী মতৌ উরম্লগদবনি, হরাওজরমগদবনি। ব্রাখলসি নাখৈনবা চীংখৈনা হায়রকই —

"নখোয়গী য়েথোকখিবা ইন্টর্ভিয়ুদু অমুক হন্না তৌনবা মতমদি লেপ্লদ্রি, য়াম্না থুনা তৌনবদি হোৎনরি হায়।

— কনানা হায়রম্বগে ?

— ঐ ঙসি চৎলুবনি।

— য়েথোকইবদুবু করি মরমগীনি হায়বগে ?

— খুদোংচাদবা অমা লৈবদগীনি হায়; অশেংবদু তাক্তে। মীনা হায়নবদদি ইন্টর্ভিয়ু য়াওগদবা মী অমা, স্কুল কমিটিগী চেয়ারমেন্দু মাগী মনাওনিসু হায়, মদুগী মীদু কদায়দনো মফম অমদা চৎখি; মা য়াওদবদুদা য়েথোকপনি হায়।

— হৌজিকসিদি ইশা ইশাগী ফনবতা য়েংদুনা থবক তৌনরবজাৎনি।"

স্কুলদু সরকারগী গ্রান্ট ফংই; সরকারগী ওইরকপসু য়াই হায়না খন্নে। অদুনা চেয়ারমেন্দুনা মনাওদু শোয়দনা ওজা ওইহৌনবা থৌরাংলিবনি। মহাক্কী শোয়দনা খল্লগনি হায়বসি তৌরিবা মওংদুনা তাকচরে। থম্বালশংনা হায়রকই —

"মীশক মীমায় য়েংদুনা ইন্টর্ভিয়ু য়েথোকইবসিনদি কয়াম চুম্না তৌরগবনো।"

অসিগুম্বা মপান্দা ফজহনবা, মনুংদা মোৎপা থৌওংসিনা থম্বালশংগী থম্মোয়দা চৈথেঙ পীরি। অচুম্বা ইন্টর্ভিয়ুগী লানফমদা মাগী অকিবা লৈতে। অদুবু মদুগী খুদোংচাবদু ফংগনি হায়বদি থাজবা ৱাৎলি। মসিনা ইন্টর্ভিয়ু খুদিংদা য়াওনীংদনবগী মরম অমা অদুম ওইরি। ৱাফমসিসু নুংঙাইতনবগী মচাক্লি; থবক্কা ৱানা শূরুবা, মতমসু থেঙজিল্লকপসিদা চীংখৈনা হায়রকই—

"তূম্নরসি, লৌ লিংলুবগী নঙসু ৱারম্লনি। অয়ুকসু অঙাং লাইরিক তাকপগী ঙন্না য়াহৌগদবা ওইরিনি।"

চীংখৈদু তূম্নবা হোৎনরমাক্লে, তুমিন্না লৈখ্রে। মানা ৱা ঙাঙলিবমখৈ থম্বালশংদু তূম্লরোই, অদুনা তূম্নবা হোৎনবা চুমই। অদুবু থম্বালশংদি তূম্বা য়াদ্রি। চীংখৈনা নীংশিং চাক কৎপগী ৱা হৌদোক্লম্বা অদুদা মমাবু নীংশিংলক্লি। মমাদু হৌজিক ফাওবা হিংবা য়ারিবনি। লাইবক থীবা এক্সিদেন্ট অমনা মমাগী পুন্সিদু তেনশিনহন্নবগী মরম ওইখি। ঙসিসু হিংদুনা লৈরম্লবা, থম্বালশংনা চাক থোংলিঙৈদা নৎত্রগা অঙাং লাইরিক তাক্লিঙৈদা অমদি অতৈ থবক

তৌরিঙৈদা মচা অঙাংসি পোবিরমগনি, পম্বীরমগনি নৎত্রগা শান্নমিন্নরমগনি। ওইথোক্লরোইদবা শক্তম অমা থম্বালশংগী রাখলগী মীৎতা উরক্লে।

থম্বালশংগী মমা পাকপীদু পোৎ থন্না য়াওরবা খাউ অচৌবা অমা পুরগা কোম্থোংলোমদগী চঙলকই। শুমাঙ য়ৌরকত্রিঙৈদা থম্বালশংগী মচাদু কৌরকই। তারবসু অঙাংদুনা খুল্লক্কদবা অমদি থোরক্কদবা নত্তে। অঙাংদু মীরোল থোকত্রিবা অমদি চৎপা হৈত্রিবনি। মসি খঙনা নুংশিমনবদগী কৌরক্লিবনি; থম্বালশংনা অঙাংদু পল্লগা মমানা কৌরক্লিবদু খুমই। লোয়ননা মমাবু ওকই। মচা অঙাংদুদা য়েংলদুনা থম্বালশংনা হায় —

"বোবোক লাক্লিবসি উরব্রা ? সে বোবোক কৌ, বোবোক।

— কদায় ইশুদু পীরকউ পমগে; খাউসি নঙ পুরো।"

পুরকপা খাউদু লৈবাক্তা থল্লগা, ফুরিৎখাউদগী মৈখেৎ পুথোরক্লগা খেৎলি, মৈ ওকই। অঙাংদু লৌনবা মখূৎ অনী তিংথোরকপদা থম্বালশংনা হায় —

'ইমা ফিশিংদু হোংদোক্লগা পমসিদা; অঙাংসি শান্নরুবগী উফুল তৈরি, ফিদু মোৎলনি।

— ইশু নুংশিবা পম্বদা মোৎপবু মোৎনীংলগা মোৎসনু, কদায় পীদুম পীরকউ পমথোক্কে।"

মমানা অঙাংদু পল্লগা, থম্বালশংনা খাউদু পুরদুনা মাঙ্গোল তান্না চঙমিন্নরকই। পুরকপা খাউদুদা য়াওরিবা পোৎশিংদু থম্বালশংবু লোইনা লৌথোকহল্লি। অচাপোৎ পুরকপদু মচেৎ মচেৎ পিক্লা শেৎলগা পীজে। শান্নপোৎতু পায়হল্লি। হান্না শেৎলম্বা অঙাংদুগী মফিশিংদু লৌথোক্লগা মানা পুরকপা অহনবা ফিশিংদু শেৎচিনবী; অদুগা হরাওনা চোংজে, নোকচৈ। চাক লোইদুনা থল্লবদু চাও য়াদে। অঙাংদু পমদুনা, চোংদুনা পোদুনা লৈ। পাকপীগী মতৌদুদা থম্বালশংদি পেঞ্জবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নুমিদাংদুসু পাকপী য়ুমদা হন্দ্রে। নুংথিল চুপ্পা অঙাংদু পো পমদুনা লৈবদু পেন্দ্রবগুম্না নুমিদাংদুসু লেক্লে। তূম্নসু অঙাংদু কোল্লি। নোং ঙানবা ঙাইঙমদে; নোংঙাল্লমদাইদগী হৌনা অঙাংদুগা রারী শান্নবা হৌরকই।

নুংশি চান্ননা লোয়নগদবা মশু মবেনগী শক্তমদু থম্বালশংগী রাখলদগী মাঙখি। পূক্লিং নুংশিনা, তক্লি শোন্না, শোর শাংনা হোল্লি। মসি নত্তবদা,

নোংদম্বদা মমা পাকপীদু ঙন্তানা পুন্সি লোমহন্নবগী পেন্দনা তায়নবদুগা ঙল্লি। মমাদু হিংহন্নবিদ্রবসু চীংখৈগী মমা মপাদু ঙসি ফাওবা হিংহনবিরল্লবদি মচা মমৌ মখোয়না নুংঙাইজরমগদবনি। মঙদা নত্তনা ওইথোক্লরোইদবা শক্তম অমসু থম্বালশংগী ব্রাখলদা খল্লক্লি।

চীংখৈগী মমাগা মপাগদু অঙাংসি লৌবা হানবা তান্নে, নোং ঙানবা ঙাইঙমদে। অঙাংসি কপ্তনবা হোৎনবদা মখল কয়াগী অচাপোৎ, অমদি শান্নপোৎশিং মরন্নাই লৈদুনা থম্নে। মীগী থৌদোক কয়া চৎলুবদা পুরকপা অচাপোৎশিং লোৎশিন্দুনা থম্নে। অঙাংদু পমগে য়ানবা অচাপোৎশিংদু পুথোক্লরকই। মমানা অঙাংদু পুরগা লৈকায়দা চৎলুবদা মপানা কুইনা চৎমল্লি হায়দুনা চৈগনি। মমাসু মপাদা নুপানবু অঙাং লৌব্রা হায়গনি। চীংখৈ, চলাম্বনা অঙাং মচা ওইরিঙৈদদি মমানা থবক তৌরিঙৈদা মপাবু মচাশিংদু পো পন্নবা হায়জখিবনি। ঙসিদি মশুবু পন্নবা তান্নরি। মচাদগী মশুনা হেন্না নুংশিবগুম্না তৌরি।

মপু, মবেন, মশুগী নুংঙাইরবা কুম্মৈসিসু থম্বালশংগী ব্রাখলগী তাইবঙদগী মাঙখ্রে। অহলশিংদুগী লাইবক্তা অসিগুম্বা পুন্সিদু তম্বীরমদ্রে খল্লুবদা থম্বালশংদু পি তারক্লি। হয়েং অঙাংসিনা চাউরগা মপু মবেল লৈজদবা মশু ওইরগনিদকো খল্লকই। লৈকায়গী মমান্নবশিংনা মপু মবেন্না থৌদোক অমগী চথোক্লুবা হল্লকপদা মপু, মবেন হল্লক্লে হায়দুনা হরাওনা চেনশিনগনি: পুরকপা অচাপোৎতু চাগনি। মাগী মচানা তুফক তুফাই চন্না লেপতুনা য়েংগনি। মমা নৎত্রগা মপাগী মনাক্তা চঙলক্লগা হংলবা য়ারি —

"ঐগী পুপুসু বোবোকসু অমত্তা লৈত্রিবা করিগীনো; মখোয় কদায়দা চৎখ্রবগে?"

থম্বালশংগী পুক্নিংনা খঙশোন শোহ্নগদবসি ব্রাহংসিদনি। কপ্নীংলক্কনি, কপকনি। হৌজিকসু পি তারকপা হেল্লকই। খোঞ্জেল থোক্তনবা কন্না খাঙই। খোঞ্জেল থোক্লবদি চীংখৈনা তাখিনি, তূম্বা কায়গনি। তারক্লিবা পিদু তৈথোক্লগা য়াওল্লি।

নোংমা থোকখিবা এক্সিদেন্ট অদুনা মমাগী খোঙ নাম্মা ককখি। মদুনা ব্রাখল পিকথরকখি। মীমান্দ্রবা মশাগী মতৌদু মীকূপ খুদিং উদুনতা লৈবা থবক শূবা চৎপা খুদিংদা খুরৌ থাংবা কয়াসিনা মমাদু অব্রাবা ব্রাখলগী পোৎলম পুনবগী মরম ওইহনখিবনি। অয়ুক্তা মরোল অনীগী অঙাংশিং লাইরিক তাকপা

লোইরে; ফি শানবা থম্বালশংদু ফিশাকোলদা ফম্বতা ঙাইরি। চখোক্লবগী হক্লক্লিবী মমানা মনাক্তা লেপ্লগা হংলকই —

"নঙগী মিং চন্নবা শেলসিবু শুবা ইঙম ঙমদ্রেনে; কমদৌসিগে ইবেম্মা?

— কয়াবু ৱাৎলিবগে ?

— চাহুম হেন্না ৱাৎলিবু।

— পূবা ফংদ্রবরা ইমা ? কৈসু কুইনা পূগদবদি নত্তে।

— শেল পায়দে ঙাক্তা হায়নরকই। শেন্দোয় চাবা কাংবুসু সনা থমদ্রবদি য়াদেনে।

— অদু ওইরগনা ঐগী সনাসি থম্মসিরা নৎত্রগা কায়খোক্লসিরা?"

মনাদা য়াক্লিবা সনাদু পায়রকই। মদুদি মমানা য়ানীংদ্রে। থম্বালশংদি মিং চনবদু নাম্থোকহন্নীংদবদগী হায়রক্লি । নাদা য়াক্লিবা সনাসি নত্তনা লীক খুদোপ্পচিংবা অতৈ করিসু লৈবা নত্তে। মসিমগা কায়থোকখ্রবদি মাগীনি হায়বা সনা মচেৎ অমা ফাওবা লৈররোই। হান্নগী লৈরম্বশিংদুসু কায়থোকখিবা ঙাক্তনি; অমুক হন্না শাবা ঙমদ্রি। হৌজিক হোরেলগী অৱাৎপদু করিনা নৎত্রগা করম্না মেনশিগে হোৎনরিবা মখোয়না কায়থোকখ্রবা সনাবু অমুক হন্না লেপশিনবা হায়বসি ওইথোকপদা ৱারবা থবক্লি। মমানা পূক্লিং নুংশিনা হায়রকই—

"মদুমদি খাক্লসি ইবেম্মা: মী খ্বাইগীদি সনা শাজিনবতা ওই। নঙগীনা কায়থোকপতা ওইরে। মদুমগা কায়থোক্লবদি নশাদা সনা মচেৎ অমা ফাওবা য়াওররোই; ননাদু ইকোক কোক্লগনি।

— সনাবু য়ান্দ্রবসু, শিদ্রবসু য়াইদা ইমা। অরুপ্পা অমা য়াক্লগা লোইরে।"

মমাদু থৱায় নুংঙাইতনা লৈ, নুংবংনৈ। অতৈ লৈশাবীগুম্না অকে অমৌগী পুক্সিদা লেন্দ্রবী থম্বালশংনি। মশাদা অচাউরমগী ফিজেৎ শেৎনীংদে, লৈতেং শিনীংদে। লৈত লাইর, অৱাবা পুক্সিগী চৈথেঙনা ৱাখলদা য়ৈরবা মীনা হৱাও তয়াম্বা, নুংঙাইথোকপগী অঙাওবা ঈথক ঈপোমদু কাদে। থম্বালশংনা অতৈ অতৈবু নাকোয়ননা থল্লগা মহৈ তম্বতবু মরু ওইনা খনবা অদুগা মহৈ তম্বসিদা মায় পাক্লবা হোৎনবসি মমানা পেঞ্জে: খা চিত্তুনা মমাসু অপনবা থোক্তনবদি তেঙবাংলক্লি। উপায় অমা ওইনবা মমানা হায় —

"নঙগী অঙাং লাইরিক তাক্লিবদুনা শেল পীরক্দবা কয়াম ৱাৎলিবা ?

— থাবুদি ফাদৌরে; অদুবু হান্না পীয়ু করম্না হায়রুদোইনো ?

— মখোয়না ঐখোয়দগী খরদি ফৈদনা। হন্দক্কী নাতে অমা চাদ্রে, হান্না পীবিরো হায়দুনা ঐ চৎলগা হায়নরুগেদো ?

— চৎলুনুদা ইমা; মদুম্না অমুক্তা তৌরকত্রি, ঈকাইজে।

— অদুদি নঙগী অশাবা ফি খরা লৈবদু লৈকায়দা য়োল্লুরগে; শেলনীং খরা লৈবা ইমুংদা অমতং ওইরবসু লৌদবা য়াদে, নঙগী মিং চন্নবগীনি হেক্তা হায়রুরগে।

— মীনা য়ানীংদবগী মওং উৎলক্লবদি নমদুনা পীরন্নুকো ইমা।"

মমাদু ইমুংদা চঙখ্রে: থম্বালশংনা খুৎলৈ থুনা ফি শারকই। মমাদু ইমুংদগী ফিশিংদু পুরগা থোরকই। থম্বালশংগী মনাক্তা লেপ্লগা হংই —

"নঙগী ফিসিবু লুপা কয়া ফাওবা য়োল্লু হায়রিনো ?

— অমদা চাম্মগা কুন ফাওবা য়োনবনি; অথুবগীনিনা চাম্মা ফাওবা পীথোক্লসি।

— লৈতবা লায়রবা হায়বসিদি মাঙজবতা ওইদকো।"

মমাদু থোকখে। থম্বালশংসু ফি শাহৌরে। মমানা পুখিবা ফিশিংদু লুপা চাম্মদা লোইনা শিংলবদি মিং চন্নবগী শেলদি কোন্নরনি। লুরিবদি মিং চনবদা শেলশিংদু লোইনা শীজিন্নরবদি মথং শানবা ফিগী শেপ্লেপ লৈররোই। মসিনা মখা তানা শেল লাক্লরোই; শেন্দাল লম্বী কক্কদৌরি। অঙাং লাইরিক তাক্লিবসিনা থা হেক ফাবগা শেলদু পীবিরবদি য়াম্না হেন্না ৱানীংঙাই ওইরোইদবনি। থা ফারমদাইদা তোকখিবসু য়াওই। থা অনী ফারবা ফাওবদসু তোলোপ ফংদে হায়দুনা শেল পীদবসু য়াওই। পুন্নমকসি থম্বালশংদদি অৱাবনি, খুদোংচাদবা মাইয়োক্লবনি।

থম্বালশংনা ফি শারিবদু খজিক্তা তপথদে, ৱাখল খল্লিবদুসু তপথদে। অনীমক লমজেল তান্নবদৌনা তৌরি। মতমদুদা পাখং মচা অমনা তুংলোমদগী অফিং অফাইননা, পাকপীদু গাড়ীনা থেংবদগী শোকপা, লাইয়েংশঙদা পুখিবা অদুগা গাড়ী থৌবদুনা ফারগা থমহৌবগী পাউ পীরকই। পাখংনা ফিশাকোন্দগী কুমথৈ। ইমুংদা চঙলগা ফি হোংলে, অরৈবা শেল খরা পুরগা থোরক্লে। লাইয়েংশঙদা চৎনবা তৌবনি; অদুবু ময়াম্না কৌশিনবদগী ফাদুনা থল্লিবা গাড়ী

থৌবা নুপাদুগী লৈফমদা চঙলকই। অহল অমনা হংই —

"ময়ামসি নঙ লাকপা ঙাইরিবনি; লাইয়েংনবা শেল কয়া লৌশিগে ?"

থম্বালশংদি ব্রাফমসিদা পূক্লিং চঙদে, মমাগী অশোকপদুতা খল্লি; মমাগী মনাক্তা চৎনীংই। অদুবু ময়াম্মা মমাগী মতেঙ পাংবিখিবা অদুগা হৌজিকসু মতেঙ অমা ওইনবা হোৎনবিরিবসিদা থৌওইদবগুম্না চৎখিবদু ঙমদ্রে। ঈকাই খুম্নবা হংলকই —

"শেলসিবু শোয়দনা লৌগদব্রা ?

— লৌগদবনি, ইচুম চুম্না চৎচবা মীবু ঙাওশিন্নদুনা গাড়ী থৌবদগী শোকহনবনিনা শেল লৌগদবনি।

— ইমাদু কয়াম শাথীনা শোকখ্রবগে ?

— খোঙ নাম্মদি শাথীনা শোকখ্রবনি, অতৈ অতৈসু খরা শোকই। মরু ওইনা মী উশিৎতবগী গাড়ী খুথৌসি মতুং তৌদনবা, মী শোক্তনবা নুপাসি শেল খরা য়াম্না লৌদুনা চৈরাক পীগদবনি।"

মনাক অদুব্রাইদা লৈরিবা নুপাশিংনা ফুরসিদুম হায়রকই। মদুদা থম্বালশংনা খাম্বা নৎত্রগা ঈনশিনবা তৌদে। মদুদা মাগী পূক্লিং চঙদে। গাড়ী থৌবা নুপাদু করিগুম্বা মতমদা থম্বালশংনা উখ্রে। গাড়ী কন্না থৌগল্লি, হোরোল হৌনা শাংনা খোংগল্লি, লম্বী চৎপদা মাগীদমক য়ানবা চৎলি। ঙসিগীসিদি লম্বীদা চৎপা যন্দগী থৈনবা হোৎনবদা পাকপীদা থেংজিনবনি। খরা তপ্না থৌরল্লবদি থেংলমদবসু য়াই। নুপাসিগী থৌওইদবা ওইরবসু, পাকপীগী লাইবক্তা তল্লম্বা ওইরবসু থৌদোকসি থোক্রে। নুপাসিবু কনবিবা নৎত্রগা শেল তিংহনবগী মরমদা খজিন্দ্রে । মমাগী মনাক্তা চৎনীংবনা হেক্লকই। ময়াম্না মখোয়বু নুংশিবিবা অদুসু মীরাইনীংদে। মতম মাঙহন্নীংদ্রদুনা তপ্না হায়রকই —

"ময়াম্না ঐবু ব্রারৌবিরনু; ঐ ইমাগী মনাক্তা চৎচরগে ?

— শেলগী ব্রাফমসি লোইশিল্লগা চৎলু।

— ঙসিগী থৌদোকসি শোয়খিবা ওইরম্বসু য়াই; লাইয়েং শেলদু গাড়ী মপুনা থোকপা তৌজরসনু; মসিদা ময়াম্না করি হায়বিবগে ?"

মী খরনা থৌদোকসি শোয়খিবা নত্তে, থৌওইদবদগী থোকপনি; মী

উশিংতবনি হায়দুনা শাউনরকই। নুপা অমনা হংলকই —

"অহলদু শিরল্লবদি শোয়খিবনি হায়দুনা তুমিন্না লৈগদ্রা ?

— মদুমক্তী ঐখোয়গী লাইবক্তা থোকত্রবনিনা শোয়খিবা থৌদোক্কি খনবদা করি কায়বগে ? মীনা মীগী অশোয়বা ঙাক্লর্বসিবু য়াম্না পাংদবা তারগদ্রা ?"

গাড়ী থৌবদুগা ওনশিল্লগা মখা তারকই —

"শোয়খিবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি; অদুবু শোয়রগা হরাওবদি তৌবিগনু। শোয়দনবা হোৎনরিবা মীওইবনা অশোয়ববু শান্নবগুম্না খনবদি চুমদে। ঐগী থৌওইদবনা অশোয়বা ওক্লরুবদা কনাগুম্বগী অমাঙবা ওইরবদি মদু খ্বাইদগী চাউরবা মরালনি। চৎপিরো, মতুংদদি মীরক্তা হিংবা ঐনা অতৈ মীগী পুন্সিগী মমলসু খরা খঙবিয়ু।"

থম্বালশংদু ময়ামদা চৎলগে তাক্লল্লগা চৎখ্রে। ময়াম্না হৌদোকপিরিবা অশোকপগী লাইয়েং শেলদু লৌনবা তক্লরমদ্রে। মদুগীদমক্তা ৱা য়াম্না ঙাঙনরকপা য়াই। য়ামই য়ামদে, হৌজিক হোরেল পীনি, শেল লৈ... অসিনচিংবগী মরৈ তৌরকপসু য়াই। গাড়ী থৌবসিনা মশানা খঙনা পীরক্লদব... ওইরবদি ৱাসি শাংনরোই। করিগুম্বা মশানা খঙনা তেঙবাংলক্লদবা ওইরবদি থম্বালশংনা হৌজিক কম্বিমত্তা হায়রমদনা চৎখ্রিবসিসু অচুম্বা খোঙথাংনি। পীরকপা নৎত্রগা পীরক্তবা গাড়ী থৌবসিগী অপাম্বা, অনীংবদা থল্ল... অশোকপগী চৈনা খাঙলিবী মমাগী মনাক্তা খূৎলৈ থুনা চৎপা, মমাগী সে... তৌবনা ফৈ খল্লে।

পাকপীগী খোঙ নাম্মা ককখ্রে। হিংন হিংনা হকচাংগী শরুক অম... শিরে খনবদা মমা মচাদু থৱায় নুংঙাইজদে। থম্বালশংদি নুংঙাইতবসি পূক্লু... থন্নবা হোৎনৈ; মমাবু থম্মোয় চাউখৎনবা থবক তৌই, ৱা ঙাঙই। হান্নদ... হৌনা মমাগী য়াকা ঙাইনা থবক তৌরকপদু হৌজিক্লা অমুক্কা হেন্না তৌরে মমানা শাউদনবা, ৱারৌদনবা, পেন্নবা তৌবসি থম্বালশংগী লাইনীংগুল্লে।

গাড়ী থৌবদু ইবোচৌবা কৌই হায়বসি থম্বালশংনা কোলেজ কার... মতমদা খঙলকই। ইবোচৌবসু মানা তল্লিবা কোলেজদুদা চপ মান্নবা ক্লাস... তল্লমই। মরক মরক্তা ইচম চম্না থম্বালশংদা কৌরকই; পাকপীগী হকচা... ফিবম হংলকই। থম্বালশংসু বাহে অমা অনীনা খুমই। মবানীমক মখা ত... ৱারীদি শান্নদে। ৱারী শান্নবসি অমগ অমগা নকশিন্নবা হোৎনবগুম্না থোক...

মদু থোকখিবা থৌদোক্কী লমন থৌবগুম্বনি হায়বসি অনীমক্লা খরে। ইবোচৌবনা পাকপীগী লাইয়েংবদা চঙবা শেল লোয়না পুথোকখি। থম্বালশংনা য়াদবদগী লাইয়েং শেলগী মথক্তা তেঙবাং শেল খরসু পীগে হায়বদুদি লৌখিদ্রে। শেলফমদুগী মতাংদা ইবোচৌবনা মমা তোম্বীগা খংনৈ হায়বগী পাউদু তারে। তোম্বীনা অসুম্না হায়মাল্লে —

"লাইয়েংবা য়াবা লাইয়েংলে; পীবা য়াবা পীরেদনা; মদুদা শেল কোকথোং অমা চঙলে; অদুমক্তদা পেন্দ্রগদি মপুঙ্গিদুমা থাক্লগে, ঐখোয়দা লাইরেম্বীদৌনা লাৎলগে, ফমজা চাররো লাও হায়উ।"

তোম্বীনা অসুম্না হায়জরবসু ইবোচৌবনা শেলফম অচৌবা অমগা হুইল চেয়ার অমগা পুরক্লুনা পীরে। ফনা কন্না ঙাঙনরবা মতুংদা হুইল চেয়ারদু লৌহৌই, শেলফমদুদি লৌখিদ্রে।

নোংমা কোলেজগী থৌরম অমদা থম্বালশংনা '*নুজা থম্মোয়দা*' হায়বা ঈশৈসি শকখি। ইবোচৌবদি মানা ঈশৈ শক্কনি হায়বসি হান্না খঙলবগুম্না টেপ পুরক্লুনা ঈশৈদু রেকোর্ড তৌই। মসি থম্বালশংদি খঙখিদে। থৌরমদু লোইরকপদা ঙাইদুনা লৈরম্বা ইবোচৌবনা থম্বালশংদা হায়রকই —

"য়াম্নসু নুংশিবা অদুগা য়াম্নসু ফজবা ঈশৈ অমা ঐখোয়দা তাহনবিবগী থাগৎচরি।"

মখোয়গী পরিক্ষাদা ইবোচৌবদু থম্বালশংগা ফাল অমদা ফম্মীন্নে। হান্নগুম্না রারী কা হেন্না শান্নদে। অঙ্ক থোকপা নুমিৎতা কোইশন হেক ফংবগা থম্বালশংদু অঙ্ক হোৎলি। ফনা কুইনা মায় নোনখৎলক্তে। মিনিট কুনমুক অঙ্ক হোৎলবা তুংদা ইবোচৌবনা করি অমত্তা ইদনা লৈরম্বদু উরে। মাসু ইবা লেপ্লগা ইবোচৌবদা য়েংলকই। মদুদা ইবোচৌবনা ঈকাইবা খাঙবগী মীনোক্তা খজিক্তং নোক্লগা হংলকই —

"খরা শিনবা য়াগদ্রা ?"

থম্বালশংদু তুমিন্না লৈ। মাঙোন্দগী শিনখিবদা মাগী মাঙজবা নৎত্রগা তোংজবা লৈতে। তৌবতবু ঙশাইমখৈ ইবোচৌবনা, মানা অঙ্ক হোৎলিবদু য়েংদুনা লৈরমগদবা অমদি শিনগে হায়নীংলমগদবদু থম্বালশংগী পুক্নিংনা ঙাইহাকসিদা হকচিন্না খল্লকই। অতৈ করিমত্তা খন্দনা ক্লাসকী মমান্নবা অমগুম্না হায়রকই —

"ঐঙোন্দদি মাঙবা লৈতে, নঙোন্দা মাঙজরোই হায়রগদি শিল্লু য়াই।

— ঐঙোন্দা করম্না মাঙদৌরিনো ? অঙ্কশিংসি শিল্লগা ঐদি পরিক্ষাসি পাস তৌদৌরিবনি, কান্নবনি।

— হৈহৌদনা পাস তৌবদু মাঙজবা নৎত্রনে ?

— ঐগীদি পাস তৌরগা য়ারে।

— অদু ওইরবদি শিল্লো; তৌবতদি ঐনা অঙ্ক হোৎলিঙৈদা লোইনবা শিনসি ৱাসু ঙাঙবিরক্নু।"

ইবোচৌবসু য়ারদুনা অহোৎপা অঙ্কশিংদু শিল্লি। মার্ক নিফুমুক শিল্লগা তোক্লে। মদুদা থম্বালশংনা হংলকই —

"শিন্দ্রবদি কৈদৌরবগে ; ঐনা হোৎলিবসি লাল্লব্রা ?

— অদুগী নত্তে, ঐনা শিন্দ্রিবসিদি; শিল্লিবা খরসিনা পাস মার্ক ফংলনি; অদুনা তোকপনি।

— পাস মার্কতগী হেন্না ফংবদি য়াদব্রা ?

— য়াই, অদুবু নঙোন্দা য়েৎনীংদ্রে।

— মসিদি য়েৎপা কৌদেদা, তেঙবাংনবনি।

— অদুদি খরগা শিনখিগে ।"

লোইবা ফাওবা শিল্লে। পরিক্ষা লোইরগা ইবোচৌবনা অচা অথক চামিন্ননবা হায়রকপা, য়ুম ফাওবা থিনগে হায়রকপদু থম্বালশংনা য়াদে। মদুদা নুংঙাইতবা তৌদনবা থম্বালশংনা হায় —

"ঐনা ঙম্বদা তেঙবাংবনি, য়াম্না লুনা খল্লুনো।

— ঐগী নুংঙাইজবদা শরুক য়াবা ওইনা করিগুম্বা খরা চামিন্নবদি য়াবজাৎনি।

— মদুগীসু মতম লাকখিনিদা; ঙসিদি চামিন্নরগুমসি।"

চামিন্ননবা ইবোচৌবনা কন্না তকশিন্দ্রে। অঙ্ক শিলহনবগী তৌবিমল খঙবা উৎলকই —

"ঙসি নঙনা শিলহল্লমদ্রবদি ঐ করিমত্তা ইরম্নরোইদবনি; ঙন্তানা পরিক্ষাগী ফোল খঙলম্নগনি।

— পরিক্ষাগীদমক্তা করিমত্তা হোৎনরকত্রব্রা ?

— অঙ্কসি ঐদি হান্নদগী হৈনদে, খরা য়েংগদবসু নঙনা নহাল নোংমা কোলেজগী থৌরমদা শকখিবা ঈশৈদু হঞ্জিন হঞ্জিন তারিঙেদা য়েংহৌদ্রে।

— ঐগী ঈশৈদুদি কদায়দগী তারুরিবা ?

— নঙনা শক্লিঙেদা ঐনা টেপ পুরক্লগা নমহৌবনি।

— মপু তাক্তনা ঈশৈ নম্বগী কেস তৌবা য়াইনা অদুদি।

— পামজবা থম্মোয় ঈহুলবু মপু তাকপা হায়বা লৈব্রনে ? খ্বাইদগী মরু ওইনা লাল্লিবদি নঙগী ঈশৈদুদা ঐবু ঙাওহন্নবগী ময়াই অমা য়াওরিবদুনি।

— অদুদি, ঐগী ঈশৈ তারিঙেদা অঙ্ক হোৎহৌদবনিনা ঐঙোন্দগী অঙ্ক শিনবা তারেনেকো।"

মতুংদদি মবানিগী মরীদু চেৎশিনখ্রে। অদুগা নুংশি মরীদা ওনখ্রে। নোংমা ইবোচৌবনা পাউ পীরকপদগী মবানী উন্নে। অনৌবা চহী লাকপগী খুদোলপোৎ ময়োম অমা থম্বালশংদা পীরদুনা হায় —

"ঐদি পোৎ লৈবসি হৈতে, হৈসু হৈগন্দে; সে, মসি লৌশিল্লু।"

থম্বালশংনা ময়োমদু লৌই। মথক মখা ওন্দুনা য়েংই; ময়োমদুগী মথক্তা থারিবা ব্বাহৈশিংদু পাই —

*"অনৌবা চহীনা ইবানীগী অনৌবা পুন্সি মরেল অমা পুরকসনু।"*

থম্বালশংনা ইবোচৌবদা য়েংলদুনা হায়রকই —

"ব্বাহৈসি য়াম্না ফজে; নঙনা খল্লগা ইজবরা মীঙোন্দা হংলগা ইরিব্রা ?

— ঐনা খল্লগা ইবনি। ঐগী নুংশিবগীদি ঐগী থম্মোয়দগী থোরকপা ব্বাহৈ শীজিন্নগদবনি।

— করি পোৎপু য়াওরিবগে ?

— হৌজিক্তী পোৎসিগী মপুসি নঙনা ওইরবনি; নঙগী অপাম্বা তৌবা য়ারে; হাংদোক্লগা য়েংঙোদনা।

— ময়োমসি শেগায়বা পাম্মুই। ইবানীগী নুংশি মরী চেৎশিনহন্নবগী পাম্নে অমা ওইরিবা নুংশি খুদোল পোৎয়োম্নি; অদুনা শেগায়রোই। করি পোৎপু য়াওরিবগে ?

— ফুরিৎ ফি অমনে, রুমাল অমনে, কোসমেতিক খরগনি।"

ময়োমদু থম্বালশংনা থবাক্তা কোনশিল্লগা ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। মমাঙগী মতমদা ইবোচৌবগী মমা তোম্বীনা ইবোচৌবগী মমান্নবশিংদা হকথেংনন্না ঙাঙবা ৱাহৈ খরা থম্বালশংনা পাউনীংখোল ওইনা তাখ্রে।

ইবোচৌবনা মমান্নবগা লোয়ননা মাগী মোতোর সাইকলদা করিগুম্বদা কোয়বা চৎলি। মদু থেংনবদা তোম্বীনা মমান্নবদু ঈকাইগনি হায়বগী নাচুংদনা, অফ ফত্ত খন্দনা হায় —

"ইবোচৌবনা গাড়ী পুথোক্লবদি থাউদু নঙনা হাপ্পুনে; অঙম অঙম্বা পুথোক্লদ্রবদি তিন্নবা য়াররোই।"

করিগুম্বদসু ইবোচৌবনা মমান্নবশিংগা হোটেলদা চামিন থকমিন্নবগী নৎত্রগা চাক চানবগী পাউ তারবদি তোম্বীনা হায় —

"ইবোচৌবদি মবুক ফবনিনা, মানা শেল পুথোক্লগা মমান্নবা ময়ামদু পীজ পীথক তোয়না তৌই। অরেম অপা চানীংবা মীশিংসিনা মাগা মরুপ ওইগদবগীতা হোৎনৈ।"

ৱাফমসি থম্বালশংগী মফমদসু হায়রকপা য়াই। মসি মানা খ্বাইদগী কিজবনি; তশেংনা হৈনদবনি। কনানা খঙগনি— পাখংগী মরলবু থেমদুনা লৌবী, নুপা ফাবী, মোইথেম হৈবী, তৌবা ঙম্বী লৈশাবীনি হায়রকপসু য়াই। মসি তাগদবগী শরুক শিখিবনা হেন্না ফবদুনি। মসিগী মথক্তা মমা পাকপীনা থম্বালশংগী মথক্তা অসিগুম্বা ৱাফম ঙাঙই তারবদি ওল্লোকপা মীচৈনা মাঙোন্দা চৈরক্কনি। অদুনা ইবোচৌবনা নুংশিনা পীরকইবা, মানসু পামজনা, নুংশিনা পায়রিবা পোৎ ময়োম্দু অশাউবগী শক্তম উৎলিবা তোম্বীগী মাইখোঙদু ওইনা থম্বালশংনা উরক্লি। খুদোলপোৎ পীদনা অমদি লৌনদনা চম্না নুংশি ঈচেলদা তাউথমিন্নবদুনা হেন্না পাল্লকই।

থম্বালশংনা তুমিন্না পোৎ ময়োমদুদা য়েংদুনা লৈবসিদা ইবোচৌবনা হংলকই —

"কৈদৌরে তুমিন্না লৈরবদি; ঐগী খুদোলপোৎসিবু ননীং থুংদ্রব্রা ?

— নঙগী থম্মোয়না খোয়দানা লৈরকপা পোৎসিবু নঙগী নুংশিবদা শরুক য়ারিবী ঐনা করিগী নীংবা থুংঙোইদৌরিবনো ?

— অদুদি করিগী তুমিন্না লৈরিবা ?

— করিনো অমা অসুম খল্লিবনি।

— করি খল্লিবা ? "

থম্বালশংদু হায়দ্রে। কোলোম লৌথোক্লগা মখুম হাংদোকই। ইবোচৌবসু ব্রা মখা তাদনা মানা তৌরিবদু য়েংদুনা লৈরি। থম্বালশংনা পোৎ ময়োমদুগী মথক্তা ইবোচৌবনা ইরকপা '*অনৌবা ... পুরকসনু*' হায়বা ব্রাহৈশিংদুগী মখাদা অসুন্না ইশিল্লি —

"*থাগৎচরি, য়াইফবা ওইবিয়ু — থম্বালশং।*"

ইবা লোইরগা ময়োমদু ইবোচৌবদা পীরগা থম্বালশংনা হায়রকই—

"ঐবু লান্নদি খনগনু, ঐ করিগুম্বা ব্রা অমতং হায়নীংই।"

চিংনবা শকফম উৎলদুনা ইবোচৌবদু থম্বালশংদা য়েংলকই। পোৎ ময়োমদুদি লৌদ্রি। হংনীংদনা ইবোচৌবনা হংলকই —

"করি ব্রানো ?

— মসিগী ময়োমসি হাংদোকপিদনা নঙগী উপুদা য়াম্না চেকশিন্না মতম খরদংদি থম্বীখো।

— করিগী ?"

থম্বালশংনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হায় —

"হয়েংব্রাই ঐনা ননাক্তা লাক্লবা মতমদুদা মসিগী ময়োমসি হাংদোকে; অদুগা পোৎশিংসি শীজিন্নগে।

— মদুবু ওইবা য়াগদ্রনে ?

— য়ানিয়ে।

— নঙগীসিবু ঐনা করম্না থাজদোইনো ?

— ইবানীগী মরক্তা লৈরিবা থাজনবগী মরীদুনা চেৎলিবমখৈ চিংনফম লৈব্রা ?

— ময়োমসি হাংদোক্তনা নঙগীদা থম্বদি করি কায়বগে ?

— মদুসু য়াই। ঐদি নঙগীদা থম্বদুনা হেন্না পামই; মদুনা ফগনি হায়নসু থাজৈ।

— মরমদুদি হায়বা য়াব্রা ?

— য়াই, হায়বদি হায়ররোই।

— ঐনা নঙোন্দা পোৎ পীবসি নঙনা খোয়দাদবগুম্না অমুক্তসু হরাওনা লৌদে।"

ইবোচৌবগীসি হৌখ্রবা ৱাফম পুথোরকপনি। ঙসিদসু নত্তনা মমাঙগী মতমদা থম্বালশংনা ইবোচৌবগী মরল অমুক্তা লৌখিদে। দরকার ওইবা লাইরিকশিং ইবোচৌবনা লৈরগা পীরকই; থম্বালশংনা য়েংবা য়াবা য়েংলগা, শিনবা য়াবা শিন্দোক্লগা পীরকই; মতম কুইনা ৱায়দে। মিং চনবা, ফোর্ম ফিল্লপ তৌবদা ইবোচৌবনা শেল নমদুনা পুথোরকই; থম্বালশংসু নমদুনা হঞ্জিনখি। মদুদা ইবোচৌবনা ৱারৌনা হায় —

"নঙগী নতৌসিদি ঐহাকপু মীতোপকুম্না খনবগী ৱানি।

— হেঞ্জিন্না খন্নুবা।

— হেঞ্জিন্না খনবা নত্তে, ইবানীসি লাপতিন তিন্নবদৌনা তৌই। মসি ঐদি থৱায় নুংঙাইতে।"

ইবোচৌবনা ৱারৌনা হায়রিবসিগী মনুংগী ৱাফমদু থম্বালশংনা খঙই। মবানীদি মতমসিগী কা হেনবা ঈরাং য়াওবা নুংশিনবগী মতৌদু তৌদে। মদুদা ইবোচৌবনা পূক্নিং নুংশিবনি। অদুবু, ইবোচৌবগা উন্নবা মীকুপতা তোম্বীগী শাউরংনবা শকফমদু থম্বালশংগী ৱাখলগী মীৎতা হেক্তা উরকই। অদুদগী থম্বালশংগী হৈনীংবা মাঙখিগনি। ইবোচৌববু থেম্লদুনা থম্বালশংনা হায়রকই —

" নঙগী নুংশি মমি নত্তনা অতোপ্পা নুপা অমগী মমি ঐগী থম্মোয়দা তাদ্রিয়ে : নঙগা নত্তনা ঐহাক কনাগসু মরী লৈনদ্রি. মসি নঙসু খঙলিবা নৎত্রনে ?

— খঙই; অদুবু ঐগী থম্মোয়সি পেঞ্জবা ঙমদে। হয়েং মতম অমদা ঐ অপঙবা তারক্কনি ।

— থাজনদবা হায়বসি নুংশিনবগী য়েক্নবা অমনি; মসি কায়ননবগী য়েন্নীং হুন্নবা হারনি।

— নুংশিবা মীগী শক্তম য়েংদুনতা লৈনীংবা, নুংশিবগী ৱাহৈ তানীংবা হায়বসি ইথন্তগী নত্তে, নুংশিনবা পুন্নমক্কীনি।

— ঐগী লাপতিন তিন্নবা অসিগী কান্নবদু নঙনা মতম অমদা খঙলক্কনি।"

নুমিৎতুগী ৱারী শান্নবদু থম্বালশংগী ৱাখল্লোন্দুনা চুমখি। ঙসিসু থম্বালশংগী পামজবদা ইবোচৌবনা য়াবা তারি। থম্বালশংনা অসুম্না হায় —

"ঐনা নঙগী খুদোলপোৎসি নঙোন্দা থমহল্লিবসে ঐনা নঙোন্দা পীবা খুদোলপোৎ অমুক ওইনবনি। মসিবু নঙনা চেকশিন্না থল্লিবমখৈ নঙনা ঐবু নীংশিংলি হায়না খঞ্জগে।"

ইবোচৌবদু য়ারে। অদুবু নোংদম্বনা তম্লমদবনা মবানী ঙসিদি তান্নরে। নোংদম্বা মানা তাম্নহনগদৌরবা মীওই কয়াবু মতম খরদি কয়াদা নক্না তিন্নহল্লম্লিবনো ?

মতাংসি য়ৌনা নীংশিংলকপদা থম্বালশংদু হৌনদবা থবক্তি খন্দুনা হিপ্লম্বদগী হৌগৎলকই। নীংশিংলিবদু মখা তাদনবা হোৎনৈ। ঙাইহাকসিদা শাগৎলুরিবা শক্তমসি মাঙখিনবগী খ্বাইদগী ফবা পাম্বৈদি নাকন্দা হিপ্লিবা মচাদুদা মীৎয়েং থম্বনি হায়না থম্বালশংনা খল্লে।

হৌজিক্তী মাগীসু চাউথোকচবা য়াবা মপুরোইবা লৈরে; পেঞ্জবা য়ারবা মচাগী মমা ওইবা ফংলে। করিসু তৌদনা নীংঙাইদনা তূপ্লিবা মচা অঙাংদু অমুক হন্না শেমজিন শাজিন্দুনা হিপহল্লি; ফৈজুপ শেমজিনবি; খূৎনা মচাগী মশাদা তপ্না নানবি । মচাগী মায়দু উরগা চীংখৈগী মায়সু উরকই। মদু উরকপদা থম্বালশংগী ৱাখলদা চীংখৈদু হৌগৎলকপ্রা নৎত্রগা মিকপ থোক্লকপ্রা খন্দুনা কোকমখৈ লৈথোরক্তুনা চীংখৈগী ফমুংদা য়েংলকই। চীংখৈনা নীংঙাইদনা তূপ্লি খঙবদগী মচাদা অমুক ওনশিল্লকই; লোয়ননা মচাদু কোনশিন্দুনা তূন্নবা হোৎনরকই।

# ৯

পারপ্পা নোং চুরি। সাইজিন মচুম তাবগী অমদি নোং তাবগী মখোলদু নমহৎলদুনা থম্বালশংনা অঙাং তরানিথোই অঙ্ক তম্বীরি। মখোয় লোয়নমক্কী মনাক্তা চঙদুনা অহোৎপা অঙ্কশিংদু য়েংলি। মথংগী অঙ্কদু হোৎনবা অঙাং মনাক্তগী চখোরক্কে। অঙাংশিং ফল্লিবদুগী মতুংদা ফক অমা থারগা ফল্লিবা মচা অঙাংদু য়েংলুই। করিসু খন্দনা অঙাংদু মনাক্তা লৈরিবা অহোঙবা শান্নপোৎ-খরদু থরায় তানা শান্নরি। চীংখৈ নৎত্রেগা চলাম্বনা থবক চিনবা মতমদা অসুম্না মচা অঙাংসি থম্বালশংগী লাইরিক তাকফম ময়াদা থমগনি; মরক মরক্তা য়েংগনি অমদি য়েংশিনগনি। লৈকায়গী নুপী কনাগুম্বনা চখোরকপদা থৌওংসি উরগা নুংশিবিদুনা অঙাংদু পোবিখিনি। ঙসিদি অচিন মতম ওইবনিনা কনাসু লাকত্রে। অমুক্তা উদ্রিবা মীনদি তৌরিবসি পূক্নিং য়াম্না নুংশিনীংঙাইনি। অৱাৎ অপা নৎত্রেগা তুশোন্নবগী চৈথেঙসি অহলশিংগীতা নত্তে; ইমুংদুদা লৈরিবা অঙাংশিংগীসু শরুক থুংই। অঙাংদুগী অৱাবা য়াওদবা মতৌ, হরাও নুংঙাইনা শান্নরিবদু য়েংলম্বদগী অঙাংদুনা ফল্লিবা মফমদুদগী খরা থাপ্না লৈরিবা ছাতিন ময়ামদুদা থম্বালশংগী মীৎয়েং ওইরুই। ফনা য়াম্না উই। মশীং থিরুবদা তরানিথোই চপ চানা শুই। ঙশাইদগী ছাতিন খরা লৈ হায়বদুদি উরে; মশীং থিরুবদা; তরানিথোইনি হায়বদু খঙলকপনি। অঙা খুদিংমক ছাতিন পুনরকই। মতমসিগী অঙাংশিংদি লাইবক ফরে হায়বা য়ারে। লাইরিক তম্বদা নুংঙাইনা, অৱাৎ অপা য়াওদনা তমহল্লে। মাঙোন্দা হৌজিক লাইরিক তল্লিবা অঙাংশিংসি মশা মশাগী মেথমেতিকেল বোক্স অহনবা পায়নৈ। পেন্সিল অশাংবা অমা নৎত্রেগা অনী য়াওনৈ। মখোয়গী চহী মতাংসিদা থম্বালশংগীদি অসিগুম্বা পোৎশিংসি অমত্তা লৈখিদবনি। ইঙ্খি অনী নৎত্রেগা অহুম্মুক শাংবা, কনাগুম্বনা তেনমক্লে খন্দুনা হুন্দোক্রুম্বদু খুন্দুনা শীজিন্নরকই। মেথমেতিকেল বোক্স মীঙোন্দগী ৱায়দুনা শীজিন্নরকই। চে, বোয় মরাং কায়না শীজিন্নরক্তে। চেনা অমদা অনীরক্কুম্বা ইনৈ। অহানবদা পেন্সিলনা ইরগা মথক্ত কোলোম্না অমুক ইগনি। খুৎইসু পিক্না ইগনি। মাগী লীক্না শীজিন্নবসি খঙবিবা

ওজাসু য়াওই। ফোঙনা তেঙবাংলবদি অতে অঙাংশিংনা শেরান্নবা ৱাখল খন্নখিবা য়াই হায়দুনা ওজাশিংনা বোয় নৎত্রগা চে পীবদু মওং অমদা পীন্নরে। ক্লাসতা অঙ্ক হোৎহল্লি: অদুগা হায় —

"অঙ্কসি হান্না হোৎপা ঙম্বা মীদুদা মসিগী বোয়সি পীগনি।"

অঙ্কদু থম্বালশংনা ইহান হান্না হোৎকনি হায়বসি ওজাদুনা খঙই। পারা অমা চীনফা পুনবা থৌদারগা ওজানা হায় —

"মসিগী পারাসি হান্না চীনফা পুবা ঙম্বদুদা লুপা তরা পীগনি।"

নোংমনা অরুবা ৱাহং অমা পীরগা পাউখুম পীহনগনি। মদুগী মনা ওইনা চে পীগনি।থম্বালশংগী য়েংলগা চহী পরিক্ষাদা ফার্ষ্ট তাবগী মনাদু তম্নবা লাইরিক অমা পীবগী চৎনবীসু হৌদোকই। ওজাশিংনসু মাগী মাগী সবজেক্তশিংদা থম্বালশংনা মকোক্ ওইবগী লাইরিক তম্বদা চঙবা পোৎশিং পীনবিরকই।

মতমদুদা ওজাশিংনা মাবু কয়াদা নুংশিনা তেঙবাংবিরকখিবনো হায়বদু হৌজিকসু থম্বালশংনা নীংশিংলি। ওজাশিংনা মীথোই মীহেনবী ওইরক্কনি খন্দুনা চাউখোকচনা মাবু শেম্বীরকখিবনি; অদুগা ঙসিদি চন্নফম খঙদ্রবী অমগুম্না লৈরে। মাবু তম্বীরকখিবা, মাবু শেম্বীরকখিবা, মাবু তেঙবাংবিরকখিবা ওজাশিংদুনা হৌজিক মানা ওইরিবা ফিবমসি খঙলবদি থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইরোই। ওজাশিংনা শাগৎচখিবা ৱাখলগী থাক্তু য়ৌনা কাবা ঙমদ্রবী মহাকসে ওন্থোক্লা তোক্লি হায়বগী চৈনা অমা থম্মোয়দা ফাওরি।

থম্বালশংনা ক্লাস থ্রী তম্লিঙৈগী থৌদোক অমা নীংশিংলকই। হৌজিক্কী অঙাংশিংগুম্না মাগীদি অহনবা ছাতিনগী মহুৎতা অমনবা ফাওবা লৈরক্তে। নোং তাবা নুমিৎতদি চোৎনা চৎপদু মমানা য়াদে। লাইরিক তম্বা লেপ্লসু থম্বালশংনা পামদে। মমানা পোরগা, য়েম্পাক শেগায়বা তুপ্লগা স্কুলদা খিনবা য়াওই, ছুটি থারগসু লৌরুই। করিগুম্বা থিনবদা নাতে চাদ্রবদি লা লাতোল অশাংবা অমা নৎত্রগা হোংঙু মনা তুপ্লগা চৎলি। স্কুল য়ৌরগা মী উদনবা স্কুলগী য়েনখাদা থমই। ছুটি থারগা য়েংলুবদা শেগায়রম্লে। উপায় নৈতবনিনা স্কুল মাঙ্গোলদা ভাশিন্দুনা ফমই; চুরিবা নোংদু য়েংলদুনা নোং হাংবা ঙাই। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা ওজা অমনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংবিরকই —

"নঙদি ছাতিন য়াওরকত্রব।?

— য়াওজরক্কে ওজা, লৈসু লৈজদে।

— ঙশাইদি করম্না লাকই ?

— হোংঙু মনা তুপ্লগা লাকপনি; কনাননো শেগায়বিরম্লে ওজা।"

হাইফেৎ কপ্নীংবগী মতৌ তৌরকই। স্কুলদুগী অঙাংশিং লোয়না চৎনখ্রবদা মাদি নোং হাংবা ঙাইরি। ঙসিদি মমাসু মাবু লৌবা লাকখিরোই; ঙশাই থিল্লকখিদে। হোংঙু মনা শেগায়রে হায়বসি মমাদি খঙলম্লোই। তঙাইফদনা থেঙলবসু থেঙনা নোং হাংবা অমদি মমা লাকপা ঙাইবা তারিবনি। ওজাদুনা হায়রকই —

"ঐগী ছাতিনসি পুরগা চৎলো; হয়েং পুরকউ।"

থম্বালশংদু ওজাদা য়েংলকই; ৱাদি ঙাঙদে; হৌগৎলক্কে। ওজাদুনা ছাতিন্দু পীরগা অমুকসু হায়রকই —

“সে, ছাতিনসি লৌরো; মসি তুপ্লগা চৎলো; নঙ চাকসু লাম্মল্লনি থেঙঙে।

— ওজাদি করি তুপ্লগা চৎকনি ?

— ঐদি নোং হাংবা ঙাইরগে।

— থেঙঙোইদ্রা ওজা ?

— ঐদি অহলনিনা থেঙলবসু য়াইদা।"

থম্বালশংদু করিনো অমা খল্লি। হোরেল মমানা মীগী ছাতিন পুরকপগী চৈগনি খল্লম্বসু য়াই; নৎত্রগা ওজাদু চোৎকনি খল্লম্বসু য়াই। ঙাইহাক লৈরগা লেপখৎলক্লে; অদুগা হায় —

"ওজা লা লাতোল অমতং হেকপিগেরা ? ”

মনাক অদুৱাইগী ইংখোলদা লফু হৌবরা য়েংলকই। মাগী মতৌদুদা ওজাদুগী থম্মোয়দা নুংশিবগী ঈস্কন ফাওরিবদু খংহেন হেনগৎলমাক্লে, থম্বালশংগী কোক্তা খূৎনা তপ্না নানবিরগা হায় —

"লাদু হেকত্রবসু ঐগী ছাতিনসি পুরগা চৎলো।

— ওজা চোৎকনি ; ঐগীদি লা ওইনা হেকপিয়ু।"

অঙাং মাগী ৱাখলদা মাগীদমক মীবু ৱাহনবা পামদবগী ফিরেপ লৈবসি উরগা ওজাদু পেনবগুম্না তৌই। থম্বালশংনা নীংজরিবসি থুংজরসনু মতাঙম হায়রকই —

"হেকপিরগে, হেকপিরগে; নঙ ঙাইরম্মুকো।"

ওজাদু খোঙগ্রাও মতোলশিং থেকৎলে ; ছাতিন তুপ্লগা চৎখ্রে; মনাক অদুৱাইগী ইংখোলদা চঙলগা লা লাতোল অপাকপা অমা পুরকই। থম্বালশংদা পীরগা হায় —

"সে, মসি তুপ্লগা চৎলোকো।"

থম্বালশংদু হরাওনা লৌই। লাতোন্দু পায়রে ; শেৎলিবা মফি, লাইরিক, খাউ ময়ামদু তাশিল্লি ; মাঙ্গোন্দগী মখাদা কুমথরে ; ওজাদা ওনশিল্লগা হায় —

"ওজা ঐ চৎলে।

— চৎলো, চৎলো; তপ্না চৎলু; নাষ্টুগনি। অদুগনে থম্বালশং, ক্লাস ফোর কাবদা নঙনা ফার্ষ্ট তাবা ঙম্লবদি ঐনা ছাতিন অফবা অমা লৈবিগনি; লাইরিক কন্না পাওকো।

— ঔ ওজা।"

থম্বালশংদু হরাও নুংঙাইনা চৎলি; ওজাদুনা মাবু য়েংলদুনা লেপ্লি।

নুমিৎতুগী ওজাদু নীংশিংলকপদা থম্বালশংনা ওজা ময়াম অমসু নীংশিংলক্লি। মখোয় অয়াম্বনা মাগী লৈত লায়রবদু লোৎশিল্লগা, মানা লাইরিক হৈবগী মিংদা মনা কয়া পীবিখিবনি। মানদি ঙসি ফাওবদা ওজাশিং অদুদা করিসু তেঙবাংবা ঙমদ্রি। নোংমা মাবু তম্বীরকখিবা ওজা অমা থেংনবদা মাঙোন্দা য়াইফ মঙ্গোলগী ৱাহৈ কয়া পীনবিরম্ই। মদুদা পি তানা থম্বালশংনা হায় —

"ওজা, লাইরিক তম্লিঙৈদগী হৌজিক ফাওবদা ওজা ময়াম্না ঐবু তেঙবাংবিদুনা লাকই ; ঐদি লাইরবনিনা ওজাশিংগী তেঙবাংজবা ঙমদে; ঐসে ওঙ্গোক্লা তোক্লিদকো ওজা।

— ইচাসিদি মদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা করিসু খল্লুনু। নঙনা ঐখোয়দা তেঙবাংবা ঙমদে হায়রিবদু অমবোমদদি তেঙবাংবগুম্বনি। নঙনা য়ূমদা অঙাং লাইরিক তম্বীরি হায়বদু মদুনিনে নঙনা ঐখোয়গী লমন শিংবা হায়বদো।

ঐখোয়না তম্বীখিবা নখোয়না ঐখোয়গী ইহুৎ শিনবা, অঙাং শেম্বা মসি উরগা, তারগা ঐখোয়সু নুংঙাইরিবনিনে।"

থম্বালশংনা প্রাইবেৎ তম্বীবগী শেলসি অকক্লবা মশীং লৈতে; পীরম্বদু লৌই। পীরমদবা য়াওরবসু করিসু হায়দে। থৱায় য়াওবা, হৈনীংবা, লাইরবা অঙাংশিংদুদি মাসু লেম্না তম্বী; তেঙবাংবা য়াবা তেঙবাংবি।

থম্বালশংনা ৱাখল খন্দুনা লৈবা, কোক নোঙ্গদুনা তুমিন্না, লেঙদনা লৈবসি ঙাইহাক ওইরে। অঙাং অনী, অহুম লোন্না তুমিন্না ৱারী শান্নরি। খরা অমনা মশানা খঙনা মথংগী ৱাহং অঙ্কদু হোৎনবা তৌরি। তৌরিবা মওংসি, ৱাশাং অমা লেংবান্দা পুরগা য়েম্পাক ফৈনা তুপ্লগা চঙলক্লিবা চীংখৈনা উরে। মথন্ত শোল্লকই —

" ইহে, মাদি ৱাখলদা উংদুনা লৈরেদনা।"

ৱাশাংদু শঙ্গোয় দারীদা তপ্না থল্লগা শঙ্গোয়দা কাখৎলকই; তুপ্লকপা য়েম্পাক্তু শঙ্গোয় দারীদা থমই। থম্বালশংদি চীংখৈ লাকই হায়বসি খঙদ্রি: হান্নগী মওংদা অদুম লৈরি। মচা অঙাংদু অদুম শান্নরি; লাইরিক তল্লিবা অঙাং খরনা চীংখৈদা য়েংলকই। চীংখৈনা থম্বালশংদা হায়রকই —

" অঙাংশিংসি তাকপিরোদনা থেঙলনি।"

থম্বালশংদু তারে; ৱাখল খনবদু কায়রে। চীংখৈদা য়েংলকই। মমায়দু ইক্লিবা ফিগী ফিনানা তৈথোকই। ৱাশাংদু উরগা চীংখৈদা হংলকই —

" মসিগী ৱাসিদি য়াম্না ফজেনা; লুপা কয়া লৌহৌই ?

— শেলকা লৌহৌ হায়বা য়াদে; চেংজাম্মুক অমা পীরকউ হায়রকই। শাবা লোইদ্রিবা অমা লৈরিবসি ওইনা পীখ্রসি। ঐ শাবা লোইশিল্লুখিগে। অঙাংসিসু ঐগী নাক্তা থম্বীরগে।"

মচা অঙাংদু পমখৎলে; শান্নপোৎশিংদুসু মখুৎ নাম্মনা পায়বা য়াবমখৈ পায়রে; অদুগা হায়রকই —

" অঙাংশিংসে লোইনবা তাকপিরো; ঙাইদুনা লৈরে।

— হোয় তাক্লগে।"

লাইরিক্তা পুক্নিং চঙনবা হোৎনরে; অঙাংশিংদুসু লাইরিক্তা মায় ওনশিলহল্লে।

ঙশাই লোন্না ৱারী শারম্বা অঙাংশিংদুসু হায়বা ইনবা অঙাংগুন্না থম্বালশংগী ৱাহৈ অনীনা লাইরিক্তা পূক্লিং চঙখ্রে। তৌরিবা মওংদু চীংখৈনা য়েংলি। থম্বালশংগী অঙাংশিং লোয়নবা হৈবা, অঙাংশিংনা মাবু কিনা চৎপা কয়াসি চীংখৈগী থম্মোয়দা ময়েক লানা তারি। মদু খন্ন খন্না ইমুংদা চঙই। অঙাং লাইরিক তাক্লিঙৈদা চীংখৈসু, চলাম্বসু মাঙোন্দা, শুমাঙদা নৎত্রগা শঙোয়দা থবক শূদে। মদুনা লাইরিক তম্লিবা অঙাংশিংদুগী পূক্লিং চঙবদা অকায়বা ওইহনগনি খল্লি। খরা ঙানবা ইমুংগী মফম অমদা চেংজাম্মুক শানবা পোৎ চৈ ময়ামদু পুশিন্দুনা থম্মে। অঙাংদু ফক থারগা মাগী মনাক্তা ফম্মহল্লে, শান্নপোৎশিংদুসু থম্বীরে। মাসু ফম্লগা চেংজাম্মুক শারকই।

থম্বালশংনা অঙাং লোয়নবা হৈবা, ওজাগী শিনফমদা চানবা কয়াসি চীংখৈগী পূক্লিংদা ময়েক শেংনা তারক্লি। খুদকসিদা থম্বালশংনা হেদ মিষ্ট্রেস অমা ওইনা স্কুলদা থবক তৌবদু চীংখৈগী ৱাখলগী মীৎতা উরক্লে। লাইরিক তম্বা হৌদ্রিঙৈগী এসেম্বলদা থম্বালশংনা চৈ অমা প্রায়রগা লম্পাক্তা লেপ্লিবা অঙাংশিংদুগী মফি, মখোঙ, মখূৎ মোৎপা, শম শাংবা, শমকক মওং তাদবা, লম হেনবা কয়াদু য়েংশিন্দুনা চৎপদু উরি। ক্লাস তৌরিঙৈদা স্কুলগী মাঙোন্দা চৎলগা ওজাশিংনা লাইরিক তাক্লিবদু য়েংলি। রেসেসকী মতমদা স্কুল কম্পাউণ্ডদগী অঙাং হেন্দোকপা, ময়াই কাবা চীঞাক চাবা, থকপা কয়াসি হৈ শিংনা য়েংশিল্লি। পরিক্ষাদা অরানবা তৌবা অঙাংশিংবু চৈরাক পীবা, মথৌ মশক খঙদবা ওজাশিংবু চৈবা কয়াদুসু উরক্লি। থম্বালশংগী স্কুলনা ফরকপসিদা অঙাং য়াম্না মিং চনবা লাক্লবা; ক্লাসতা ফম্ফম লৈরোইদবগী মওং ওইরকপা, খঙহৌদনা মরৈ তৌরকপা; স্কুলগী ফাউণ্ডরনা কারকপা শেল পূন্নমক পায়নীংবা, ওজাশিংনা শেলদু বেঙ্কতা থন্নীংবা, তোলোপ হেনগৎকনি হায়দুনা ওজা খরা থেম্লগা ফাউণ্ডরনা মীচঙ খোম্বা, থম্বালশংগী উপায় লৈরক্তবা নাইতোম তারকপা; মীৱা মৈশা মরকসিদা পুন্সি লাইমল ওইদুনা লেনখিগদ্রা নৎত্রগা ওজা ওইবা তোক্লগা য়ূমদা ফি শাদুনা ঈংনা লৈরসিরা ? ৱাফমসি লৈখায় তানবা চীংখৈগী অয়াবা লৌনবা থম্বালশংদু মনাক্তা চঙলকই। মনাক য়ৌরমদাইদা থম্বালশংনা ঙক্লপ্না হায়রকই —

"হৈমা, অঙাংসিদি থোঙজিন মথক্তা ফমদুনা লৈরেদনা; তাদুনা তোক্লরনি।"

চঙশিন্দুনা অঙাংদু পমখৎলি। চীংখৈদু থম্বালশংনা ঙাঙলকপসিদা ৱাখল খনবদু কায়রে। চেংজাম্মুক শারিবদু লেপ্লগা থম্বালশংদা য়েংলকই। নুংঙাইনা ঙাইহাক্তং তূম্লুবা মীনা মিকপ থোক্লগা ৱা ঙাঙলকপগুন্না চীংখৈনা হায়রকই —

"ঐদি ৱাখলদা উংলিঙৈদা অঙাংসি য়েংহৌদ্রেদনা।

— করি ৱাখল খল্লিবা ?"

চীংখৈগী মনাক্তা ফম্লগা অঙাংদু মবুক পীথকই। চেংজাম্মুক্কী মপান শারদুনা চীংখৈনা, হৌজিক মানা ৱাখল খনখিবশিংদু তমই। মদু তারগা থম্বালশংনা হায় —

" মদুগী ৱাদুমা খনবিরুরনুদা।

— করিগী খল্লোইদৌরিবনো ? মীওইবগী লাইবকপু, নোংদম্বগী নোংদম্বু তম্বা ঙমব্রনে ?

— মতম্সিগী পূক ফংনদবসিদা ঐদি মদুম্মা ওইরক্কনি হায়বসি থাজবা ঙমদ্রে।

— হোৎনবা য়াবদি হোৎনদুনা য়েংখিনিদনা; নীংহন্নবদি তৌখিনু।"

চেংজাম্মুক্কী মপান, মনীংদু লীনা খোপচিল্লদুনা চীংখৈনা হায়রকই —

"ঙাদু মবুক পীথক্লগা থল্লম্মো। চেংজাম্মুকসি হৌজিক শাবা লোইরগা থিনবিরুগে। নঙোন্দা য়েৎতনবা অঙাংদু পুবিখিগে।

— ঈকাইজৈদা পবিখিনু।

— কৈদৌয়েগেনে ?

— য়ুমদা ঙাইহাক লৌবিবদি লৌবনি; নুপানা অঙাং পিশক পম্মগা নৎত্রগা পোরগা ইংখোল ৱাংমা লান্না চৎপসি ঐদি য়াম্না পামজদে।

— নঙোন্দা খরা কোম্নবা পুবিসিরা হায়দুনা তৌবনি।

— ঐঙোন্দবুদি কোমগনি হায়ববু মোই তাচৌদা চোপ্পী, ঐনা থোকপা লৌজহৌগে। চেংজাম্মুক্কু বু থিল্লক্কে হায়রমব্রা ?

— হায়রমদে, ঐনা থিনবিরুসিরা খনবনি।

— মদু থিনবসিবু পোৎ কোইহা হারগা য়োনবগুম্না মীনদি খল্লোইকো ?

— খল্লোইদা।"

কনাগুম্বা ৱাখল ফত্তনা খনগনবশিংনদি চীংখৈগী অচম্বা মওংসিদা হঙ্গনা

খনগনি; উশিৎ থৌওইদবা য়াই। অদুবু পূকচেল ফজনরিবা মীগী মফমদদি ৱাফমসি ইচম চম্বনি; থাগৎনফম্মি। চীংখৈনা ৱাশাংদু লৌরুবদা মতিক [illegible]পা চাবা ৱাগী মমল হায়রকপগী মহুৎতা চেংজাম্মুক অমা পীরকউ হা[illegible]পনি। মসি চীংখৈদা হরাও নুংঙাইনা থোকই। মানা হৈবা থবক্কী পোখোক্লি. পীখিবদা অরুবা ৱাফম নত্তে। মাঙোন্দা ৱা হরাও হরাওনা পীরকপগুম্মা মানসু চেংজাম্মুক্তু য়াম্না থুনা পীনীংই। থম্বালশংনা চীংখৈবু লেমহন্নীংই; মসিসু অচুম্বা ৱাখলনি। থম্বালশংনা হায়রকই —

"হোরেল নুংথিল চেংজাম্মুক্তু ঐনা থিল্লুরগে।

— মদুনা ফরে; ঐসু থবক শিৎলরোই।"

মবুক পীথক্লগা অঙাংদু থম্লম্মে। থম্বালশংদু চাক থোংনবা চৎখ্রে। চীংখৈসু চেংজাম্মুক লোইনবা হোৎনরি; অঙাংদুবুসু য়েংলি, লক্লরি।

# ১০

থম্বালশংনা অঙাং পোরগা চেংজাম্মুক অমা পুরগা থোরকপসি মখোয়গী কোম্বোং ৱাংমা লাল্লে, লম্বেল য়ৌরে। মাগী ৱাখলদা, চেংজাম্মুকসি পীরুগদৌরিবা ইমুংদুগী অহলনা হায়রকপা য়াবা ৱাহৈশিংদু খল্লকই। মানা য়ুমদুদা হেক য়ৌখিবদা, চেংজাম্মুক্তু উরগা অহলদুনা অসুন্না হায়রকপা য়াই—

"নঙদি চেংজাম্মুক থিল্লকইবোইরে?

— ঐ মাম্মা; মোই তাচৌনা থিল্লুচো হায়দুনা থিল্লকইবনি।

— য়াম্নবু কজনা শাইনে।"

চেংজাম্মুক্তু পায়রগা য়েংই; অদুগা হায়—

"মাদি মখুৎ ওম্বোক্না চেৎখ্রেদা; নানসু নাল্লিনে। নঙনা অমুক থিল্লকত্রবসু লোইরে হায়দুনা পাউ হায়রক্লগা ঐখোয়না লৌরবসু য়াবনি। নঙনা থবক শিংনা থিল্লক্লেদো।"

থম্বালশংদু মায় নোঙ্দুনা চৎলম্বদগী হনগৎলগা চৎলে। মাইয়োক্লবদগী সাইকল তোংদুনা চাইবীদু লাক্লি। স্কুলদগী অঙাং লৌরুবা ওইরমাল্লে; সাইকল কেরিয়ারদা অঙাং অমা তোংলি। থম্বালশংগী মনাক য়ৌবদা সাইকলদগী কুমথৈ। চৎপা লেপ্লগা চাইবীনা হংলকই—

"হৈমা, চেংজাম্মুক য়োনবা কোয়চৎ চৎলবোইরে ? ঐ লৈরগে কয়া লৌদোইনো ?"

ৱাহংসি চেংজাম্মুক পাম্বগী নত্তে; হঙ্ঘনা য়েংবদুনি। মসি থম্বালশংনা খঙই। অদুবু য়াম্না থীনা হায়নীংদে। ইখুম খুমদ্রবদি চাইবীগী ৱাখলদু হেন্না পাক চাউরক্কনি। করিগুম্বা খরা খুন্নবা তপ্তক্না হায়রকই—

"মসিদি মীনা ৱাশাং অমা পীরকপগী পীরুগদবনি। তঙাইফদবা

ওইরগদি কৈথেলদগী অপাম্বা খল্লগা লৈবিরু; কৈথেল কাবা হৈতব্রা, ঐনা পায়বা পোৎতনা ফৈ খনবসি তৌবিগনু।

— নঙগীদুবু শাউরিবা হায়বদুরনে ? ঐদি চেংজাম্মুক্তু উবদ। পাম্বদগী হায়বনি।

— শাউদে; তৌবতবু লম্বীদা থেঙনবা পোৎ খুদিংমক, অদুগা অউবা পোৎ খুদিংমকপু ঐগী ওইনীংবা হায়বদুমদি থাদোকপিয়ু; মদু য়াম্না মীহৌ চাউবা মাল্লি।"

থম্বালশংগী ৱাসিদা ঈকাইবা য়ারবনি। অদুবু ঈকাইবদু ঙাকথোক্লবা অতোপ্পা ৱাফম অমদা অমুক চাইবীনা হায়রকই —

"নঙনা প্রাইবেৎ তম্বীয়ু য়াখিদবা ঐগী ইচাসিনা হন্দক্তী অঙ্কদা মখোয় ক্লাসকী মকোক ওইরেনে।

— য়াম্না ফৈ; মমা মপা হৈ শিংবনিনা মকোক তারে। অদুগনে ঐদি শেল ফংনবগীতা অঙাংবু প্রাইবেৎ তম্বীদে; ইশাগী ঈজৎসু য়েংই।"

ইবোচৌবগা থম্বালশংগা নুংশি মরী লৈনরমই। অদুবু ইবোচৌবগী মফমদা থম্বালশংগী মফম লৈখিদ্রে; ঙম্মমক চাইবীনা শিনখ্রে। মরমসিনা ইবোচৌবা চাইবীগী মচাদু থম্বালশংনা প্রাইবেৎ তম্বীনীংদবনি হায়না খনবদুদি হেঞ্জিনবা ৱাখলনি। ৱাফম অমরোমদা চাইবীনা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মৌ; ইনাকখুনবা নুপাদা ওংবী। অদুগা থম্বালশংনা অৱাৎ অপাগা মাইয়োক্লবা ইমুংগী মৌ; লাইরবা নুপাদা ওংবী। অনীসি চাউনা খেন্নে হায়না চাইবীনা খল্লম্বা থোক্লবদি অরানবা পূক্লিংগী ৱাখল ওইরগনি। ওফিসারগী কোলোম পায়রিবা খূৎ, লৌমীগী লাঙ্গোল পায়রিবা খূৎ, ওজাগী চোক পায়রিবা খূৎ অহুমসি থাক মান্নদনা থম্বসি খুন্নাইসিদা চৎনরি; চাইবীগী থম্মোয়দসু ময়েক লানা ইদুনা থল্লি। অদুবু মপূং ফাবা মথৌ অমা তৌরিবা মীবু নৎত্রগা হকচাং কয়াৎপু অতোপ্পনা হেল্লি হায়বগী হুহনা য়েংবদু অচাউরম কাবগী হেঞ্জিনবা ৱাখলগী মঙলান্নি। ওফিসার অমদি লৌমী হায়বা শিনফমসিদা চাংদম্নরগা ওফিসারগী পেরালাইসিস তৌরবা খূৎনা লৌমীগী কল্লবা খূৎতগী হেলহনবদু চাইবীখোয়গুম্বগী মীওইনা তৌরিবনি।

থম্বালশংদু মফমসি থাদোক্লীংলে। চাইবীগা ৱা কুইনা ঙাঙননীংদে। চাইবীদি পাল্লম্বা য়াই। থম্বালশংগী খোয়দৌ শিক্কদবা ৱাহৈ কয়া ঙাঙনবা

মাগী ৱাখলদগী থোরকপা য়াই। মদু ঙাঙদুনা নুমিৎ তাবা, মম্বা ফাওবা লৈবদা চাইবীদি ৱারোই; নাচুংদবা ঙমগনি। থম্বালশংদি মদু ঙম্লোই; অদুনা হায়রকই —

"থেঙলে চৎনরসি।"

চৎনবা মায় লৈথোকই। চাইবীসু সাইকলদু তোংনবা শেম শাই; অদুগা হায়রকই —

"মতুংদদি অঙম্বা থবক্তা খরা তেঙবাংনসিনে।

— য়াই; তৌবতদি য়ানীংদবা মতাংদদি নম হাবা তৌনগুমসি।"

অনীমক মাগী মাগী মায়কৈদা চৎনরে। থম্বালশংগী থম্মোয়নুংদা চাইবীগী মী উশিংতবগী মওংদু খল্লি। মতম অমদা মাগী মচাদু প্রাইবেৎ তম্বীখিদবদুগী মলোমদু ঙসিসু খল্লি। করিগী তম্বীখিদবনো হায়বদুদি খঙশিন্নদে।

নোংমা ইবোচৌবনা থম্বালশংবু স্কুলদা উন্নবা লাকখিবা অদুগী মতুংদগী থম্বালশংগী স্কুলদা মীতোপকা তোয়না উন্নখিদ্রে। কনাগুম্বনা উন্নগে লাক্লবসু লাক্লিবা মীদু শিঙনগী খুথাংদা হান্না মশক মমিং, উন্নবা লাকপগী মরম অসিনচিংবসি খঙদোকই। উন্নীংদবা মী ওইরগদি থবক চিল্লি য়ূমদা লাকউ হায়দুনা শক উন্নদে। চাইবীদু স্কুলদা উন্ননবা কয়ারক হোৎনরবসু উন্ননা ফংদ্রে; য়ূমদা লাকই। মদুসু থম্বালশংনা মীদু কোম্লোং চঙলকপদা উখ্রবদি য়ূমগী মীদা চথোকখি হায়হন্দুনা উন্নদে। নোংমদি স্কুল ছুটি থারদুনা য়ূম হন্নবা থম্বালশংনা সাইকল সেদতগী সাইকল ঈম্লোক্লিঙৈদা চাইবীনা তুংলোমদগী হায়রকই —

"ওজা, য়ূমদা হন্নবিদৌরব্রা?

— হোয়, হঞ্জরনি।

— করিগুম্বা ৱা অমতং হায়জখিগে; ঙাইহাক্তং লেপ্লিখো।

— য়ানি হায়বিয়ু।

— ঐ ইবোচৌবগী ইমুংনি।"

হৌজিক মাইয়োক্লনা উন্নরিবসিনা মবানীগী ওইনা অহানবনি। মিংদি হান্না তানরে। থম্বালশংদি মীনা তাক্লুনা থাপ্লপ্পা চাইবীবু উরে। চাইবীদি ঙসি

উরিবসিনা অহানবা ওইরম্বা য়াই। থম্বালশংনা পন্থদনা খুমই —

"ঐদি হান্না খঙজে।"

চাইবীনা লাক্লিবসিগী মরমদু থম্বালশংনা খঙই। হান্না কপ্পোকহৌসিরা খল্লে। মদুম তৌরুবদা চাইবীনা মাবু ফত্তনা খনবসু য়ারি। ঙসিতা মাইয়োক্লনা উন্নবা, ৱারী শান্নরিবা মীওই অমদা ৱা তুবৎনা ঙাঙবা হায়বসি লৈবাক মচা তাবা ৱাৎকনি। চাইবীনা হায়গদবদু হায়হনবনা ফরে খন্দুনা ঙাইরকই। চাইবীনা হায়রকই —

"ও; ঐ ওজাদা করিগুম্বা ৱাফম অমতং হায়জনীংদুনা লাকপনি। নহাল মোই মপানসু হাইফেৎ হায়বদদি য়াবিখিদে হায়। ঙসি ঐনা লাকচরিবা অসিদদি শোয়দনা য়াবিগদবনিকো ওজা।

— করি ৱাফম ওইরবনো ?

— ঐগী অঙাং অমখক প্রাইবেৎ তম্বীয়ু হায়জগে তৌবনি।

— অঙাং প্রাইবেৎ তম্বীবগী ৱাফমদুদি নাতৈ চারোইবু।

— নাতৈ চাহনবিয়ু ওজা; মোই মপাসু ঐসু ওজাগী লমন তোল্লিবনি।

— লমনগী ৱাসি হায়নগুমসিদা; অঙম অঙম্বা তেঙবাংনবনি।

— হান্নদগী ওজানা ঐখোয়বু তেঙবাংবিরকপগুম্না ঐখোয়গী ইচাসিবু ওজাগী ইচানি খনবিদুনা প্রাইবেৎ তম্বীদবা য়াদে। ঐখোয়সু ওজাগী মতেঙ পাংবা য়াবা মতাংদা পাংজগে।"

চাইবীগী ৱাহৈ 'ওজাগী ইচানি খনবিদুনা' হায়বসি মাগা থম্বালশংগা নকশিন্নবগী মরী থম্নবা নুংশি চান্নবা তিন্ননীংবদগী নৎত্রগা মচাবু থম্বালশংনা প্রাইবেৎ তম্বীয়ু য়ানবা হায়রক্লম্বা য়াই। থম্বালশংনদি মদু অতোপ্পা ৱাহন্দোক অমদা পুথোক্লগা হায়রকই —

"ঐ ইশাগী ওইবা নাতৈ চাদবা লৈবদগী হায়জবনি; অঙাংদুবু ঐনা হৈহন্নীংদবা মীরাইবা করিসু লৈজদে। ওজা অমা ওইনা ঐগী ইফমদদি স্কুলসিদা তম্লিবা অঙাংশিং অসিদা নত্তনা অতৈদা তম্লিবা অঙাং পুম্না ঐগী ইচা ঙাক্তনি; খনবসু ইচাগুম্না চপ মান্ননা খঙ্গরিবনি।

— ওজাগীসি মনুংদা ৱা অমা লেংঙলিমাল্লে; ঐখোয়দা ৱারৌবকা লৈব্রা?

— লৈজদে; প্রাইবেৎ তম্বীদবগী ঐঙোন্দদুম ৱারৌবিরমগনি। অদুবু উপায় লৈতদুনা তৌজবনি।

— ঐখোয় অঙাংসিবু ওজানা য়াম্না তাকহঞ্জনীংদুনা তৌবনি; থা অমতং ওইরবসু তাকপিয়ুবা।

— প্রাইবেৎ তম্বীবগী মতাংসিদদি ঐবু ঙাকপিরো।

— মী খ্বাইনা ঙাঙনবদা ওজানা অঙ্ক তাকপদি য়াম্না থুনা হৈ হায়নৈ। ঐখোয় অঙাংনা অঙ্ক খরা শোনবসিদা তোঙান্না মতম খরদং তমহন্নীংদুনা তৌজবনি।

— ৱারৌবিনু ঐ উপায় লৈজররোই।"

ফনা য়াম্না ঙাঙনরবসু থম্বালশংবু য়াহনবা ঙমদ্রে। চাইবীদু নীংবা কায়না হনখি। থম্বালশংদি অমুক হন্না লাকত্রবদি ফনি খল্লে। অদুবু চাইবীদু মথংগী নুমিৎতা স্কুল কমিটিগী সেক্রেটরি পুরগা স্কুলদা অমুক লাকই। হান্নদগী হৌনা থম্বালশংবু শাউরিবা সেক্রেটরিনি। উন্নবা য়াবা য়াদবা হংদনা থম্বালশংগী মনাক্তা মবানী চঙলকই। সেক্রেটরিনা রাশি য়াওদবা ৱাঙাঙদা হায়রকই —

"ওজাগী য়ুমদা হৌজিক অঙাং প্রাইবেৎ তম্বীরিবা নৎত্রা ?"

থম্বালশংদু খুন্নীংদে; হান্নদগী তৌরিবা মাগী থবক্তু অদুম তৌরি। খুমদ্রবদি মনাক অদুৱাইদা লৈরিবা ওজা ময়াম অমদি অতৈশিংদুগী মমাঙদা য়াম্না ফজদনা থোক্লগনি খন্দুনা মায় ওনশিল্লক্তনা তপ্না খুমই —

"তৌরি।

— মখোয়দুগী মরক্তা চাইবীগী মচাসু খরা য়াওহনশি।

— ঙরাংসু নহালমুকসু নাতৈ চারোই হায়খ্রবনি।

— অঙাং অমখক্তনি; নাতৈ চাগনি। হয়েংদগী খরা য়াওহল্লো।"

খুমদ্রে; মানা তৌরিবদু অদুম তৌদুনা লৈরে। চাইবীনা হায় —

"ওজা, হয়েংদগী থিঞ্জরক্লগেকো ?

— নাতৈ চারোইয়ে।"

চাইবীনা খুম্বা নংদ্রিঙৈদা সেক্রেটরিনা হায়রকই —

"য়াম্না পোংনগুমসিদা; ওজাগী শেল ফংজৌ, কান্নজৌ হায়বনি। য়াম্না হায়জ নোঞ্জবা পাল্লিবদুবু মমল কাহল্লিবজাৎলা ? ওজাসু মতম অমদা মীঙোন্দা হায়জবা লাক্কনিদা।"

কমিটিগী সেক্রেটরিনা প্রাইবেৎ তম্বীবগী শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবসি লেমজদে হায়নীংলকই। থম্বালশংদু তৌরিবা থবক্তু তোক্রে। লাইরিক, চে, কোলোমদু লোইশিল্লগা পুন্না পায়রগা হৌগৎলকই। চাইবীদা য়েংলগা হায় —

"ঐনা নাতৈ চারোই হায়জরিবসি অশেংবগীনি; ঐবু থেম্নবা মী থিবিবগী মহুৎতা হেন্না হৈবা ওজা থিবনা ফনি।"

চৎখ্রে; কনাগীসু ৱা ঙাইদ্রে। ৱাফমদু তোকখ্রগদ্রা খনবনি; অদুবু তোকত্রে। নুমিৎ মরি মঙানি লৈরগা তোম্বীদু য়ূমদা লাকই। চাক থোংলিঙৈদা চীংখৈনা মী অমা লাক্লি থোরকখো কৌথোরকই। তোম্বীদু মাঙ্গোলদা চীংখৈগা ৱারী শান্নরমই। থম্বালশংনা চাকশঙদগী থোরকপদা ইমুংদগী ঙাঙলিবদু তায়: তোম্বীনা ঙাঙলি —

"মপানসু ওজাসিবু য়াহনবা ঙমদ্রে; মমানসু ঙমদ্রে। ইশুনদি ওজাদা নৎত্রবদি অতৈদা তম্মোই হায়রি। অদুদদি হনুবী ঐনা হেক্তা ঙাঙনরুরগে, য়ানবা হায়জরুরগে হায়দুনা লাকইবনি।"

থম্বালশংদু চৎপা লেপই। তোম্বীনি খঙবদা থোক্লরোইসিরা খল্লি। ইমুংদা চীংখৈবু কৌশিল্লগা তম্বীবা ঙম্মরোই হায়হনসিরা হায়নসু খল্লি। থোকপদি থোক্লগে; নৎত্রবদি মমাঙঙৈগী মলোমদুনা য়েক্লবনি খনখিবা য়াই খল্লে। অহল অমদা থম্ফম থোকপা ঈকাই খুম্নবদু থল্লদুনা হংলকই —

"করি হায়বিগদবনো ?"

তোম্বীদু থম্বালশংদা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। নোংমা লম্বীদা লাইরিক পায়দুনা ৱাশকহনখিবা নুমিৎতুদগী মবানী অমুক হন্না উন্নখিদ্রবনি। ঈং তপ্পা, নুংশিবা ৱাঙাঙনা হায়রকপা শাউরংনবা, তথী তথীবা ৱাহৈ খোন্দা শীজিন্নরক্তবসিদা তোম্বীগী থম্মোয়দা ৱাহং কয়া হংলকই; অদুগা ইবোচৌবনা ঙশাই হায়খিবদু নীংশিংলকই —

"ইমা, চৎলুরনু মতম হেনখ্রে; য়ারক্লরোই। অতোপ্পা ওজা অমা থিরসি; অদুগা তমহল্লসি।"

চাইবীগা, তোম্বীগা মবানীনা খন্নবদা অহলনা হায়জরবদি য়ারকপসু য়াই লেপ্পবদগী লাকপনি। মতম অমদা মানা তাথী তাওইনা তৌখিবদু লৈশারিঙৈগী ব্রারী ওইহল্লগা, হৌজিক মৌ ওইরবা মতমসিদনা অনৌবা মরী অমা থম্বা য়াগনি খন্না য়ূমদগী খোঙ থাংদোরকপনি। মশুগী নীংঙাইদুতা ফ্বরগদি খন্দুনা লাকখিবনি। য়ুমদগী থোরকপদা নমশিন্দুনা থমখিবা ঈকাইবদু হৌজিক্তী মকা ফোঙবা হৌরক্লে; নীংঙমদবগী চৈথেঙসু তপ্পা য়ৌরক্লে। থোকখিবা থৌদোকশিংদু করিসু লৈতবনি খন্দুনা থৌনা ফম্না লাকপনি; হৌজিক্তী অহিংবা শক্তম ওইনা চোংথোরক্লে। মানা হায়গে খন্দুনা লাক্লিবসি থম্বালশংনা য়ারকদ্রা য়ারক্লোইদ্রা হায়বগী চিংনবদু পূক্লিংদা ফাওরক্লে। ইবোচৌবনসু চাইবীনসু হায়নরুরে; য়ারকখিদ্রে। অহুল্লকশুবা ওইনা লাক্লিবী মাগী মতাংসিদসু হরাওবগী ঈহুন পোকদৌরিব্রা নৎত্রগা ঈকাইবগী, নীংঙমদবগী ঈথক কারককদৌরিব্রা মফম খঙদ্রি। অদুবু লাক্লবনিনা হায়রম্বা তাই নৎত্রবদি চীংখৈনা মাবু করিগুম্সা মওং অমদা খনখ্রনি। শেম শারদুনা তোম্বীনা হায়রকই —

"ঐগী ইশুদুবু ওজানা প্রাইবেৎ তম্বীবসিবু ইয়ামক য়াররোইদ্রা?

— ঐহাক করি হায়না হায়গদবনো খঙদ্রে।

— ওজাগী খুদোংচাদবা লৈ লাকপ্রা ?

— লৈ; অঙাংদুগী মমা মপাদসু হান্না হায়জখ্রবনি। অঙাংদুবু প্রাইবেৎ তম্বীবসিমদি ঐঙোন্দা অমুক হন্না হায়হন্নীংদ্রে।"

হায়রিবসি তোম্বীসু খঙবা ঙমই। পুন্সিগী লৈরগদবা ব্রাফন্নি। অঙাংদুবু প্রাইবেৎ তম্বীবা হায়বসি ওইথোকদবা মান্দ্রে। কুইনসু মফমসিদা পঙ্গুনীংদ্রে। তোম্বীনা হৌগৎলগা হায়রকই —

"অদুদি, ঐ অমুক চৎলগেকো; হয়েং কোন্না নাতৈ চারগা তম্বা হায়বদুনি।"

তোম্বীদু নীংঙমদবা মৈচাক অনী পুরদুনা চৎখি। ঙশাই লাকপদা খোঙথাং য়াংনা লাকখিবদু হনখিবদদি লুম্না, থাংনীংদনা থাংলদুনা হনখি। ঙসিগী নীংঙমদবসিগী মরুদি মাননি হায়বসি তোম্বী মশানসু খঙজে। ইবোচৌবা, থম্বালশংগী অচেৎপা মরীদু কোমহন্নবা হোৎনবদা মীনুংশি খঙদবী ওইখিবনি। হায়নীংবা, ঙাঙনীংবা, চৈনীংবা কয়াদু অথিংবা লৈখিদবনি।

ইবোচৌবগী গাড়ীদা নোংমতসু থম্বালশংনা ফমখিদে। মদু পাকপীব্ তকখিবদগীনি খন্দুনা ইবোচৌবনা গাড়ীদু য়োন্নবা হোৎনরকই। ৱাফমসি তোম্বীনা খঙলকপদগী য়োলহনখিদ্রে। অমরোমদনা মবানীগী মরীদা খুরৌ থাংবা অসুম হেঞ্জিল্লকখি। ইবোচৌবনা চখোল্লবগী ফি হোংবা উরবদি তোম্বীনা হংলক্কনি —

"কদায়দা চৎকদৌরিবনো নফি হোংলিবদুনা?

— থবক অমা চৎকে তৌবনি।"

চৎফম তাক্তবসিনি তোম্বীনা চিংনরিবসি; শোয়দনা থম্বালশংগা মরী লৈনবা থবক্কী চৎকদবা ওইরমগনি হায়বসি তোম্বীনা খঙই। চৈরাক কনশিন্না তোম্বীনা হায় —

"নুঙনা চৎকদৌরিবদুগী মরমদু ঐ খঙঙে; নফি হোংদোকুউ চৎপা য়ারোই।"

তোম্বীদু ইবোচৌবদা য়েংদুনা লৈ। ইবোচৌবদি মফি হোংদোক্কে; তুমিন্না অদুম লৈরি। মদুদা তোম্বীনা ৱা কোইথোক্তনা হায়রকই —

" কান্নরোই ইবোচৌবা, ঐ পু পাং শুদবী অমগী মনেম ওইবা ঙম্লোই। থম্বালশংগী মপাদু ঙন্না শিখিবনি। মমা পাকপীদু ঙন্না লুখ্রাবী ওইরবীনি। থম্বালশংসু শাগে মরী চৎতুনা ঙন্না লুখ্রা ওইরোই তম্বা ঙম্বা নত্তে, ভাব তাও।"

ইবোচৌবদু তাবদা ৱারমাঙ্লে; খুদোম্বী অনীনা নাকোঙ অনীদু মেল্লি। মমানা মদু উবদা চঙশিন্দুনা মখূৎতু লৌথোকই। শাউনীংনা মখা তারকই —

"ঐনা ঙাঙলিবসি নঙগী ফনবনি; অদুক য়াম্না পঙলিবা করিগীনো? থম্বালশংগী ৱাখল থাদোকউ। মসিবু কয়ারক হন্না হায়খোগে?

— ইমা, মহাক্তু মতিক চাবী নুপীনি হায়বসিদি ইমাদি য়ানীংব্রা?

— মতিক ফনা চারবসু ঐনা পামদবগী মরমদুনা মাবু ইমৌ ওইবা ঙম্লোই; ওইসু ওইরোই।

— ঐদি মাবু ফৈ হায়না খল্লি ইমা।

— নঙ, নমা ঐবু ফত্তবী তাহন্নবা শীল্লেদনা; মা হেক লাকপদা ইমুংসি

মহী লাঙগনি; ঈশৌ লাংগনি; লৈরিবা মী পূম্বা খাইবুং খাইবুং তৌনগনি; ইমুংসিনা লৈখা তাবদু নঙ পামব্রা ? নফিদু হোংদোকউ ৱা য়াম্না ঙাওনগুমসি। ”

তোম্বীনা ইবোচৌবগী ফুরিৎকী কুদাম লৌথোক্লবা তৌই। ৱা ঙাঙবসু লেপ্লে —

"মা হেক লাক্লবা, ঐনা মাবু ইমুংসিদা লৈবা ঙমদনবা তৌগনি; নবানীনা মফম অমদা চেনথ্রবসু ফংনবা থিগনি; তঙাই ফরকত্রবদি মাবু হাৎপা ফাওবা ঙমগনি। "

তোম্বীগী ৱাহৈশিংদু লোইনা তাদ্রে; ইবোচৌবদু মমাদগী নাম্বোক্লগা কাংখদা চঙখ্রে। খুরু খুদক কুপ্লগা খুদোম্বীনা নাকোঙ অনীদু মেন্দুনা লৈরি। তোম্বীনা পাকথদুনা য়েংলগা হায়রকই —

"থীদা, মসিদি ওম্বোক্লসু ৱাখল খন্দেদকো।"

মদুগী মতুং তারকপদা ইবোচৌবদু মমান্নবশিংগা উন্নহনখিদ্রে; চথোকহনখিদ্রে। মমান্নবশিংনা লাক্লবসু লৈতে হায়দুনা উন্নহন্দে। তোম্বীগী চেকশিন থৌরাংদুদগী নাম্বোরক্লগা ইবোচৌবদু থম্বালশংগা উন্নরে। মমাগী মতৌদা মবানী থুংনররোই হায়বদু ইবোচৌবনা খঙঙে। উন্নরিঙৈসিদা মবানী চৎমিন্নখিবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈররোই; ঙসিগী অসিগুম্বা তাঞ্জাসু অমুক লাক্কদবা মান্দ্রে। খুদোংচাবসি মাঙহন্দনবা ইবোচৌবনা হায় —

"ইবানী কদায়দনো অমদা হৌজিকমক চৎখ্রসি।

— ইমাদু য়ানবা থেম্বা ঙম্লরোইদ্রা ?

— ঙম্লরোই; ঙমগদবা মরৈ নৎত্রে।

— মচানা মমাদা ওইনবগী মমল য়াম্বা মতাংসু লৈবনি। ঙম্লিমখৈদি হোৎনদুনা য়েংখিসি।

— ওইথোক্লরোই; মতমতা হৌখিনি, ইবানীগী মরীদা অকায়বতা ওইরক্কনি।

— মচা ওইবশিংনা মমা মপাবু মীৱা মৈশা লাংহল্লগদ্রা ?

— নুংশিনবগী মফমদদি অৱা অনা কয়া খাঙবা তাবনি; খুরৌ থাংবা কয়াদু থৌনা ফনা মায়োক্লবা তাবনি।

— ইবানীনা চৎকদৌরিবা লম্বীসিদি অহলশিংগী মাইয়োক্তনি; মসি

খুদোংথীবা ঙাক্তনি।

— ৱারগা খুদোংথীরগা পুন্সিগী মগুন হেনগৎপসু লৈবনি।

— মমানা মৈ ওইরগা মচানা ই অকঙবা ওইবদুদি ঐ পামদে। মচা অমা ওইনা ইমাবু নুংশিদ্রব্রা ?

— ইমাবুসু নুংশি; ফিবমসিদদি নঙনা ইমাদগী হেন্না নুংশিফম থোকই; অদুনা হায়রিবনি।

— ঐনা মরম ওইদুনা নঙগী ইমাবু মমৌ ওং নৈবী, মনেম ফত্তবীনি হায়বদুদি তাবা ঙমগদ্রা ?

— মদু থোক্তনবা নঙনা ঐগীদা লাক্লগা শীনগদবনি।

— মদু ঐহাক ঙমগনি; লোম্হোক্তবী শাবা ঙমগনি; থেঙ্গুগুম্না কোকসি লোৎশিন্দুনা খাঙগনি। ইমানা মৈ ওইরবদি ঐনা ঈশিং ওনবা, ইমানা নোংলৈ নুংশিৎ ওইরগনা ঐনা চীং ওনবা ঙমগনি; অদুবু য়ানীংদবা পেন্দবদু অনম কনবনা নম্ফূ হাফদা য়াহনবদুদি ঐগী থম্মোয়সিনা পামদে।"

তোম্বীবু য়ানবা থেম্বা ঙমদ্রবদি থম্বালশংনা ইবোচৌবগীদা চৎপসি শুকপাম পামদে। মাগী অচেৎপা পূক্লিং লৈ; খাঙবা কনবগী থৌনা মতিক চানা লৈ। ইবোচৌবগীদা লৈরগা তোম্বীনা মাবু ওৎ নৈবদু নোক্ল নোক্লা মাইয়োক্লবা ঙমগনি। মদুগী পাউদু পাকপীনা তারগা থৱায় নুংঙাইরোই। মরু ওইনা পাকপীবু ইবোচৌবগী গাড়ীনা তক্লুবগী লমন থৌবা ওইনা থম্বালশংনা ইবোচৌবদা লৈশিনবনি হায়নরক্কনি। মসি পাকপীনা য়ানীংদবনি। থম্বালশংদি মমাগী য়ানীংদবসি হকচিন্না খল্লি। অদুনা ইবোচৌবনা হৌদোরক্লিবা ৱাফমসি য়ানীংদ্রি। মসি উবদা ইবোচৌবনা নুংঙাইতনা হংলকই —

"অদুদি ইবানী কায়নবদু নঙ ঙল্লগদ্রা ? কায়নবগী মৈচাক্তু খাঙবদা নঙ ৱাদবা ঙল্লগদ্রা ?"

থম্বালশংদু খুমদে; মমায় নোম্ঙ্দুনা লৈ। ইবোচৌবনা মখা তারকই —

"নঙ উন্নরগা, নঙগা ৱারী শান্নরগা ঐগী অৱাবসি কোক্কনি, পূক্লিং চাউখৎকনি খল্লুবনি। নঙনদুম হেন্না অৱা মৈচাক হাপ্পবা হোৎনরিবা করিগীনো?

— অদুম্না পূক্লিং শোম্হুখিনুবা; থম্মোয়সিদা নঙসি ঐগীনি; ঐসি নঙগীনি খন্না চাউথোকচবা মতমসু লাকখিবা য়াই। ইবানীগী নুংশি লীপূন্দু মীয়াম

মমাঙদা লেন্নবা য়াবা মতমসু লাকখিবা য়ারি।

— মদুবু লাইবক্তা তন্নমখিগদ্রনে ?

— তন্নম্বা য়াইনা।

— অদুদি ঐনা হায়বা য়াও; ইবানী চৎলসি।

— মদু ঙসিমক্তী হায়গনু। হয়েং মতম অমদা কপ্পা নত্তনা ইবানীগী অতৈ উপায় লৈতবদু মদুমতংদি থোকহনগুমসি।

— হৌজিক ঐনা হিংলিবা পুন্সি মরেলসিসু হরাও নুংঙাইবদু নত্তে। জেলদা লৈবা মীদনা ৱাবা নত্তে; মমা মপাগী মখাদা লৈবা মীনা জেলদা লৈবা মীদগী হেন্না ৱাবসু লৈ। মদুমক ঐঙোন্দা থোক্লবনি।"

থম্বালশং পুশিল্লগদি পুরক্লবনি খন্দুনা শাউবদু ফখিবা য়াই; মতম খরা শাংনা চঙজরবসু থম্বালশংগী হৈ শিংবা কয়ানা তোম্বীগী থম্মোয়দু পেৎহনবা ঙমগনি থাজরিবা ইবোচৌবনা হায়রকই —

"ইতোমতা ৱাববুদি ইবানী পূন্না লৈমিন্নরগা ৱাবা ফব্রা য়েংঙসি।

— ঙাইখোও, তপ্পা অমুক্তা খন্নখিসিদা।

— তৌনু, ঐনা হায়বা য়াও। নুংশিনবা হায়বসি মীকুপ অমা শোয়নবদা, মীকুপ অমা চোঙ্থবদা থুংনবদগী কায়নবদা ওনবনি।

— মদু ওইরবসু ফিভমসিদদি ঐ ঙম্মোই।

— হয়েং তুংদা নীংঙমদবা লাক্কনি।

— ঐনা হায়রিবসিসু হয়েং তুংদা নীংঙমদবা কয়াদু লাক্তনবা হান্না লম্বী শেমখিসি হায়বনি।

— তুংগী খনবদা হৌজিক্কী পুন্সিবু মীরাইগনু।

— মতম অমদা নঙগী ইমানা থৌরবা থাঙ ওইদুনা য়েন্দৌগুম্বা ইবানীগী মরীসি ককথৎকে হায়রক্কনি। নঙনা মরা য়াওবা মখোঙ, ঐনা মনা য়াওবা মতোলনি। নঙদি অনৌবা ময়োল চোংনবগী খুদোংচাবা লৈগনি, ঐদি তম্বা ঙমদে। ঙাইঙমদবা তৌনু, নঙগী ইমানা ঐবু পামদ্রিমখৈ ঐ নঙগী নতুং ইনখিরোই।

— থম্মোয় কনগনুদা।

— হৌজিক থম্মোয় কনবসিনা মতম অমগী য়ুম্ফম চেৎকনি। ঐ নতুং ইনবদি ঙমখিরোই।

— অদুক থম্মোয় কনবী নঙনা থোৎচ নৌজবা, ওইনজবতা ওইরিবা, পূক্নিং নৌদুনতা লৈবা নুংশিবদা করিগী খোঙদারম্লিবনো ?

— ঐ চৎলগে ?

— ঐগী হায়নীংবদি লোইদ্রি।

— মদু হায়বগী কান্নববু লৈরিব্রা ?

— নঙনা ঐগী মৈচাকসি কোকহন্দ্রবনিনা নঙোন্দা ঐগী পেন্দবগী ৱাহৈ কয়াসি ফোঙদোক্লম্লগা ইচীনসি পেন্না চৈরগা থম্মোয় মৈচাকসি খরা কোক্লবা তৌগনি।"

নুমিৎতুদা থম্বালশংনা ঙমদুনা মবানী মখা তানা ৱারী শান্নখিদ্রে। মবানী উন্নবগী অকূপ্পা পাউদু তোম্বীদা য়ৌখ্রে। মাগী লাঞ্জঙ থুজিল্লকই; লানওং কনখৎলকই। ইবোচৌবতবু চৈবগী মহুৎতা থম্বালশংবুসু চৈনবা থৌরাং তৌরকই। থম্বালশংনা স্কুল কারকপদা তোম্বীদু লম্বীদা ঙাইরমই। খাম্লগা ইবোচৌবগা চাইবীগা লুহোংনবা থৌরাং তৌরে, কায়নহনগে খনগনু হায়বগী শাংলবা ৱাঙাঙ অমা ঙাঙলকই। পূন্নমক্তু তুমিন্না তারম্বী থম্বালশংনা হায়রকই —

"ঐখক্তনা ইবোচৌববু খনবা ওইরবদি থোইনা নুংশা থীবিরম্নু; লুহোংবদু কায়রোই। করিগুম্বা ইবোচৌবনা ঐবু খনবা ওইরম্লবদি লুহোংবা কায়দনবগী থৌদাংদু ঐনা অদুম পুজৌ হায়ব্রা ?"

ৱাহংসি মমানা মচানুপাদু ৱারক্দ্রা নৎত্রগা লম্লানবী লৈশাবী মানা ইবোচৌবদু ৱারক্দ্রা হায়বনি। মসি তোম্বীসু খঙই। থম্বালশংনা ইবোচৌবদগী লাপথোক্লবা হোৎনরবদি লুহোংবসি কায়রোই হায়বসু খঙই। অদুনা থম্বালশংদা নম হারিবনি। হৌজিক থম্বালশংনা হায়রিবসিনদি মবানীগী মরীসি থম্বালশংনা লাপথোক্লবসু ইবোচৌবনা নকশিন্নবা হোৎনরক্লবদি হান্নগুম্না অদুম অচেৎপা মরী লৈখিগদৌরি। তোম্বীনা মমা অমা ওইনা ইবোচৌবদা ফনা থীনা চৈরবসু কন্না খাল্লবসু য়াগদবা মান্দে। পূন্নমক থম্বালশংদা তায়নবা তারকই। তোম্বীনা হায়রকই —

"ঐসু ইবোচৌবদু ৱারক্দৌরিবনি; নঙদা মাঙোন্দগী লাপথোকউ।

— ঐগীদি ৱাবিগনু; ঐহাক অদুক হাক্লা ওইজবা তান্নবা ঈকাই খঙদবী ওইরোই।

— শোয়দ্রব্রা?

— হোয়।"

থম্বালশংগী সাইকলদা য়াম্লিবা খাউদুদগী লাইরিক অমা তোম্বীনা লৌথোক্লগা থম্বালশংদা পীরকই; অদুগা হায় —

"সে, লাইরিকসি পায়রগা ৱাশকউ; নঙ মতুংসিদা ইবোচৌবগা অমুক হন্না উন্নরোই, ৱারী শান্নরোই, মাগা মরী শুক্রে লৈনরোই; সে, লাইরিকসি লৌ অদুগা ৱাশকউ।"

থম্বালশংদু লাইরিক্তু পাক লৌদে। ৱাশকপদু কিবা নত্তে; লাইরিকপু ৱাশকপদা শীজিন্নবসিদা থৱায় নুংঙাইজদবনি। তঙাইফদনা লাইরিক্তু লৌরে। মমীৎতা ইবোচৌবদু উরকই। মঙক পায়দুনা ঈনবদা তুরোই ঙাম্লোই তুবগুম্না ইবোচৌবনা তৌবগী শকফমদু উরকই। থৌনা ফনা থম্বালশংনা লাইরিক্তু পায়রগা ৱাশকই। মদুদতা তোম্বীদু হরাওনা চৎখি।

থম্বালশংদু মানা চৎকে খন্না লাক্লিবা য়ুমদুগী কোম্হোংদু খরা হেন্দোক্লম্লে। অমুক হঞ্জিন্দুনা কোম্হোংদুদা চঙশিল্লি। করিসু খঙজদ্রবা অঙাং অমনা মাগী অঙ্ক খুৎতাক্তু তম্নীংলি; অদুবু অহলগী অশোয়বা অমনা অঙাংদুগী হৈনীংলিবা খঙনীংলিবদু ফংহনবিদ্রে। লৈবাকসিগী অঙাং কয়া অমসু মাগুম্না মহৈ তম্বদা অয়েৎপা কয়া মাইয়োক্লরম্বা য়াই; অদুগা খরা অমদি মহৈ তম্বা ফংলমদবসু য়ারি। মসি খল্লুবদা থম্বালশংগী থম্মোয়দু নুংঙাইতবা ফাওরক্লি।

# ১১

থম্বালশংনা য়াওগে তৌখিবা, য়েথোকখিবা ইন্টর্ভিয়ুদু হয়েং তৌরগনি। চীংখৈনা হায়বদগী থম্বালশংদু ইন্টর্ভিয়ুগী লাইরিকশিং পারি। চীংখৈনা চাক থোংলি। মসিসু চীংখৈগী অপাম্বনি। থম্বালশংনদি য়ানীংদে। ঙসিগী অসুম্বা টোর্চ হাই স্কুলদা ওজা ওইনবা ইন্টর্ভিয়ু য়াওরমদাইদসু লাইরিক কন্না পাখি; থরায় য়াওনা হোৎনখি। খনবিরকখি; ওজা ওইখি। স্কুলদুগী ফন্দবা, অঙাংশিং ফগাৎনবা মানা ঙম্বমখৈ হোৎনখি। অদুগা থাজদবা মীকুপ্তা মাবু স্কুলদুদগী তাহোরকখি।

চহীগী অরোইবা পরিক্ষা লোইখ্রে। ফোল লাউথোক্লবা অদুগা মথং চহীগী ক্লাস হৌনবা ওজাশিং অমদি কমিটিগী মীতিং ঙসি তৌগদৌরি। মদুগীদমক্তা থম্বালশংসু স্কুলদা লাকই। হান্না লাক্কুনা লৈরম্লবী ওজা তবাবীনা মাবু মী লৈতবা মফম অমদা কৌথোক্লগা হংই —

"ওজাবু স্কুলসিদগী তোক্কদৌরে হায়নৈ; অতোপ্পা স্কুলদা চৎকদৌরিব্রা ?"

তশেংবদি স্কুলসিদগী তাহোক্কদৌরে হায়বনি; থম্বালশংনা নুংঙাইরোই খন্দুনা ৱা থৈবনি। ৱাফমসি থম্বালশংগী মফমদা অনৌবনি, অঙকপনি, ওইথোকপদা ৱাবদুনি। মহাক ৱাফমসি তাদ্রি; থাজদনা হায়রকই —

"ঐদি তাদ্রিনে ওজা।

— শোয়দৌবা মান্দে; ওজাগা কমিটিগা য়ানখিদবা ৱাফমগা লৈখিব্রা ?

— কমিটিগদি য়ানদবা থবক লৈখিদে; অদুবু মীওই খরগদি অহুম মরিরক য়ানদবা লৈখি।

— মদুগী মলোম্না ওইরম্লগনি। ওজাদি নিয়ম চুম্না থবক তৌই ; অরানবা তৌসি হায়রক্লবসু য়াদে; মদুগীদমক্তা ওজাবু মাঙনবা শীল্লমগনি।

— মখোয় খরনা শীনবা মীনম শোরিগী থবক্তুদা কমিটিগী মীওইশিংনা চুমই খন্দুনা য়ারবদি করিসু কায়দে। ঐহাক স্কুলসিদগী তোকখিবা য়াই; অতোপ্পদা ওইখিবা য়াইনৎত্রগা শুকওই ওইদবসু য়াই। মদুনা ঐ হেক্তা শিগদবা নত্তে ; মাঙগদবা নত্তে।

— ঐদি অরানবা তৌরিবা মীশকশিংদুদি পুথোক্লীংই।

— মদুগীদমক্তা ভাঙনবদু ঐ তল্লি ওজা; মখোয়গা মাইয়োক্লবসি লেমদে। নোংমদি মখোয়গী মীনম্বদু মীয়াম্বা খঙনরক্কনি; অচুম্ববু কয়াম কুইনা লোৎশিনগদগেনে ওজা?"

হেদ মাষ্টরনা কৌরকপদগী থম্বালশংদু চৎখ্রে। তবাবীনা ষ্টাফকী কাদা ফমহৌই। হেদ মাষ্টরনা ফল্লিবদুগী মাইয়োক্লবদা লৈরিবা চৌক্রিদুদা থম্বালশংবু ফম্নবা হায়রগা হেদ মাষ্টরনা হায় —

"ওজা, নুংঙাইতবদি তৌবিগনু; সেক্রেটরিনা পীরকপা চেসি অমুক্তা য়েংবিয়ু ?"

মাবু অরানবা থবক তৌবগী ওজা ওইবদগী লৌথোক্লে হায়বগী ওর্ডরনি। মাগী মরালদু খঙনীংদুনা হেদ মাষ্টরদা য়েংলকই। মাগী মীৎয়েংদুগী অপাম্বদু খঙলদুনা হেদ মাষ্টরনা হায়রকই —

"হান্নগী ক্লাস নাইনগী রোল নম্বর ৱানগী অঙাংদুগা ওজা পারীগী মচাদুগা মখোয় অনীগী সাইন্সকী অন্সার স্ক্রিপ্তা চমন্নবা খরা লৈরে। সবজেক্তসি ওজাগীনি। অদুনা অরানবসি ওজানা তৌবনি হায়দুনা সেক্রেটরিনা হায়রি।"

ওজা পারী অমদি সেক্রেটরিগী মিং পল্লকপদা হায়রিবা থবকসিগী পোরমদু থম্বালশংনা তরু তরুনা উরে। পরিক্ষাগী চে য়েংলিঙৈদা পারীনা লাক্লগা হায়খি —

"ওজা, ক্লাস নাইনগী চে য়েংবা লোইবিরব্রা ?

— লোইজরে, মার্ক শিনগৎকে তৌজরিবসিনি।

ঐগী অঙাংদুবু ফার্ষ্ট তাবা ঙমব্রা ?

— ঙমদে ওজা; হান্নগী রোল নম্বর ৱান্না অদুম তারে।"

পারীদু নুংঙাইতবা তৌদে। নুংঙাইতবা ফনবা পাম্বে লৈরম্বা য়াই। থবক মখা চত্থনবা থৌরাংলকই। ঈকাইবদি নত্তনা ঈকাইবা শারদুনা হায়রকই —

"ওজা, ৱাসি নহালৱাইস্যু হায়জখ্রে; ঙসিসু অমুক হন্না হায়জরগেকো। ঐগী অঙাংদুনা ফার্স্ট তাহনবিয়ু।

— য়াদৌবা মান্দ্রেনে ওজা। মার্কসি য়াম্নসু খেন্নরে।

— য়ানবা পাম্বে লৈ; ঐনা শীনবসি ওজানা য়াবিয়ু।

— মদু তৌহৈদবা থবক্নি; তৌগুমসিদা। ঐখোয়গী ইফমদদি অঙাংশিংসি চপ মান্নে। মশা মশানা হোৎনজবদুগী মতুং ইন্না মহয়সু মশা মশানা ফংজসনু।

— ঐগীসি তঙাই ফদনা তৌদবা য়াদ্রবনি। ওজানা হীরমসিদা য়াওবিনীংদ্রবসু তুমিন্না লৈবিয়ু; ৱা ঙাঙবিরক্নু; ঐনা থোকপা শীঙ্গে; ওজাগীসু ঙা চানবা শেল খরা পীজরগে।"

তোক্কদবা মান্দ্রে; থম্বালশংদু হৈনরকত্রে। য়ানীংদবা উরবদি ৱাফমসি তোকপিরগদবনি। পারীদি তোক্কে খন্দ্রি। থম্বালশংনা হায়রকই —

"ওজা ওইবা ঐখোয়দি অঙাং শেম্বনি; অঙাংবু মাঙহনবা নত্তে; ঐ অচুম্বা তৌগে খঞ্জে; অরানবা তৌবশিংগী মাইয়োক্তসু লৈনীংই। ঐগীসি ঐনা পামজবদুনি; ৱারৌবিগনু ওজা।

— মতমগী চৎনবীসু খরা য়াওসিদা ওজা; কোনশেঙ শাদুনা য়েক্লবা মশীং য়ামহনবিগনু। হয়েং তুংদা ইথন্ত ৱাদুনা তোক্কনি।

— মদু ফন্না ওইদুনসু মার্ক শেমদোক শেমজিন তৌবসিদি ঐ ঙম্মোইকো ওজা।"

পারীদু করেম কথাইনরম্লগা চৎখি। মদুগী নুমিৎতুদগী হৌনা পারীনা অরোন অথুপকী থবক তৌবা হৌখ্রে। থম্বালশংদি খঙদ্রি। পারীগী অরোনবা, মীনম্বা থবকসিদা সেক্রেটরিনা য়ারবসু কমিটিগী অতৈ মীওইশিংনা য়াখিবসিদি মীওইবনা মীওইবদা নৎত্রগা অরানবনা অচুম্বদা নমথাক তৌবনি; মাঙহন্নবা লৌতুনবনি।

হেদ মাষ্টরনা হায়রকই —

"ওজানা য়েংবা চেশিংদু কমিটিনা স্কুতনি তৌরে। ওজা পারীগী মচাদুগী চেদা অচুম্বা অম্সারদা মার্ক পীরমদে; রোল নম্বর ৱান তারম্বদুগী চেদনা অরানবদা পীরমই। মসি করপসন তৌবনি; ওজা ওইবদা মতিক চাদবনি; অদুনা ওজাবু তাম্বোকপনি হায়। ওজাবুদি ঐনা থাক ৱাংনা থমজবনি; মখোয়না হায়রিবদু ওজানা তৌরমগনি হায়বা ঐদি থাজদে। হন্দক্কীসিবু মতৌ করম্না তৌরিবনো ওজা?

— কমিটিনা চুমই খল্লবা ৱাফমসিদা মখা তানা ঙাঙনখিগদ্রনে ওজা?

— অচুম্বদুদি পুথোক্লীংইদনা।

— ঐগীদমক কনানা মাইয়োঙ য়াবিগদগে? মীচঙ লৈতে অদুনা লানবা তাজরসনু ওজা।"

রোল নম্বর ৱানগী চেদা শেমদোকপিরমগনি; অদুগা পারীগী মচাদুগী চেদনা হান্নগী মনুংদা য়াওরম্বা চেশিংদু লৌথোক্লগা নৌনা অম্সার ইহল্লগা চেশিংদু হাপ্লমগনি। থম্বালশংনা চে য়েংবগী খুৎই মতৌ তম্লমগনি। রোল নম্বর ৱানগী চেদুদনা কোইশন নম্বর ৱান্দা ৱান হাপ্লগা এলবেন ওইহল্লম্বা য়াই নৎত্রগা অতোপ্পা মশীং অমা হাপ্লগা তোঙানবা মশীং অমা শেল্লগা কোইশন অম্সার চান্নহল্লম্মোই। অসুম্না টু, থ্রী, ফোর, ফাইব, সিক্স, সভেন,আইত, নাইনগী কোইশনশিংদুসু মমাঙদা মশীং অমা হাপ্লগা কোইশন নম্বরদু শেমদোক্লুনা অম্সার লালহনবিরমগনি। ইচুম চুম্না ইজবা অঙাংদুগী অম্সারদু নমদুনা লালহল্লমগনি। রোল নম্বর ৱানগী অঙাংদু ৱাকৎলক্লোই; মাদি তুশোন্নবনি. মীচঙ লৈতবনি।

হেদ মাষ্টরনা হায় —

"ওজা, হন্দক্কীসি খজিক্তুংদি লাকচৈদকো।

— তৌজরসনু ওজা; ঐ অমা তোকখ্রগা স্কুলসিগী ফগানি খল্লবনিনা মখোয়গী নীংবা থুংজরসনু।

— মখোয়না লানগনি খনবনরা সেক্রেটরিনা অসুম্নসু কিহল্লমই; ওজান মখোয়গী মাইয়োক্তা করিগুম্বা মখলগী ৱাকৎপা য়ারোই; তাম্বোক্লুবা মীগী ৱাকৎ কমিটিনা হন্না খন্নরোই হায়রমই।

— ঐসু ৱাকৎলোই; স্কুলসিগা শম্নররোই।"

ওজা ফনা য়াম্বনা, অমদি স্কুলসিগী অঙাং অয়াম্বনা থম্বালশং মরাল লৈ হায়বসি থাজরোই। স্কুলসিদা ওজা ওইরিঙৈদা চহী খরদি স্কুলসিগী ওইনা খ্বাইদগী ফবা ওজাগী মনাদু ফংখিবীনি। মনা ফংবা মতমদুদগী হৌনা মাগী য়েক্লবা লৈবা হৌরে। অদুবু মাদি স্কুলগী থবক্তা নোংমতসু লৌতান্নখিদে; লৈথোকখিদে; য়ুমগী থবক্তগী হেন্না থৱায় য়াওনা স্কুলগী থবকশিং শূখিবনি। স্কুলগী থবক নংনবা হোৎনবদা শূরিবা য়ুমগী থবক্তু লোইদ্রবসু হুন্দোক্লমই। মানা স্কুলসিদগী চৎখিবা হায়বসি স্কুলসিগী ওইনা মাঙজবনি; মসি হেদ মাষ্টরনা নীংথিনা খঙই। চৎতবা য়াত্রা য়েংনবা হেদ-মাষ্টরনা হায়রকই —

"ওজা, কমিটিগী অতৈ মীওইশিংদুদি ঐনা য়ানবা থেম্বা ঙমগনি। সেক্রেটরিদি ঐহাক ঙাঙননীংদে; অদুবু ওজাগীনিনা ইবানী অমুক্তং হায়নসিরা ?"

সেক্রেটরিদি মানা খনবদুনা চুমই খনবা; মানা হায়রিবদুনা অফবনি হায়বা মীনি। মসিগী মথক্তা ৱা ঙাঙনবসি খোংমন তাদে; খরা কন্না ঙাঙলুরবসু 'য়াম্না তাকশিল্লকনু, ঐসু লোয়না খঙই, তাক্লবগী মথৌ তাদে' হায়রক্কনি। মসিগী মথক্তা থম্বালশংনা মাঙোন্দা হায়জনীংদে; মদু ফোঙদোক্লদুনা হায়রকই —

"ওজা, হায়নরগুমসি; ওজাগী শিনফমবু মশক খঙদবা মাঙোন্দা নোঞ্জফম থোক্তে। অচুম্বা চৎলিবী ঐনা অরানবা তৌবা মাঙোন্দা হায়জরোই। করিগুম্বা ঐনা হায়জরুরবদি অচুম্বা তৌখিবা লাই ওইখ্রবা লাইপোকশিংদুবু মীমাঙদা খোঙগোয়নবনি। অদুগা ওজা, ওজানা ঐগী ইতেঙ পাংবিবা ওইনা করিগুম্বা থবক অমতংদি তৌহঞ্জনীংই।

— করি তৌসিগে ওজা ?

— স্কুলসিগী অঙাংশিংসি হয়েং অয়ুক্কী পূং তরামাখোইদা স্কুলদা পূনহনবসিবু নাতৈ য়াম্না চারোইদ্রা ?

— মদুগীদি করিসু খোইদোক্তে ওজা; ঐনা থোকপা ঙম্নবা হোৎনগে। অঙাংশিংদু পূনবগী মরমসিবু করিগীনো ?

— ঐনা মখোয়গী ওজা অমা ওইনা মতম খরা মখোয়গা লৈমিন্নরকপসিদা

ঐগী ৱাঙাঙদা লাইরিক তাকপদা অমদি অতৈ অতৈদা মখোয়না ঐঙোন্দা পেন্দবা শাউনীংবা, ৱারৌবা কয়া নৈরম্লবসু শেংদোকচগে। অদুগা অরোইবা উন্নবগী মীকুপ্তা মিথাই অমমমতং চামিন্নজগে; মসিমতং ওজানা য়ানবা শীনবিয়ু।"

অঙাংশিংগা কায়নগনি খনবদা পি তারক্লে। মাগী মতৌদু উরগা হেদ মাষ্টরসু কপ্পীংবগুম্না তৌরকই। শেম শারবা খোঞ্জেলদা হায়রকই —

"য়ানি ওজা, ঐনা থোকপা য়ানবা শীনগে। হয়েং অয়ুক্কী পুং তরামাথোই চপ চানা হৌবা য়ানবা তৌসি।"

হেদ মাষ্টরনা কোয়চেন চেন্দুনা অঙাং ময়ামদু পাউ পীরে। পাউসি তাবদগী ঈরাং হৌহনগদৌরিবনি খন্দুনা সেক্রেটরিনা অথীংবা পীরকই। অদুবু কমিটিগী মীওইশিং অমদি ওজাশিংনা কন্না য়েৎপদগী তোকখ্রে। অসিমদি হায় —

"বা ঙাঙবদা মীচঙ খোম্বা য়ারোই; ঈরাং শাগৎপসু য়ারোই।"

মথং নুমিৎকী অয়ুক পুং তরামাথোই তাগদবা মিনিট মঙা ৱাৎলিঙৈদা থম্বালশংদু স্কুলগী গেৎতা য়ৌরকই। অঙাংশিংদু ওজা খরগা লোয়ননা স্কুলগী হোলদা খৌরাং তৌদুনা ঙাইরি। হেদ মাষ্টরদি গেৎতা লেপ্লমই। থম্বালশংনা হায়জবগী মতুংইন্না অঙাংশিংসু ষ্টাফশিংসু স্কুল কেম্পসকী ৱাংমদা লেপ্লে। অঙাং ময়ামদুগী মমাঙদা ওজাশিংদু লেপ্লি। মানা পুরকপা মিথাইশিংদু অঙাংশিংদা অমদি ষ্টাফশিংদা য়েনবা লোইরে। হেদ মাষ্টরনা পূক্লিং নুংশিবা খোনফমদা হায়রকই —

"স্কুলসিগী ঈকাই খুম্নজরিবা ষ্টাফশিং অমদি নুংশিজরবা অঙাংশিং, স্কুলসিদা মতম শাংনা ওজা ওইবিরম্বী ওজা থম্বালশং অমুক হন্না স্কুলসিদা ওইররোই। মরমসিনা ওজানা স্কুলসি থাদোক্রমদাইসিদা করিগুম্বা ৱাহৈ খরা হায়বিরমগনি।"

হান্নদগী হৌনা থরায় নুংঙাইতবগী মমি মায়দা তানরিবা ষ্টাফশিং অমদি অঙাংশিংদু অমুক্কা হেন্না অৱাবা শকফম পুরক্লে। ময়াম পুম্নমক থম্বালশংদা য়েংনরকই। রুমালনা মায় মীৎ নাম্থোক্লগা থম্বালশংনা হায়রকই —

"থবক তৌমিন্নরম্বা স্কুলসিগী ষ্টাফশিং, লোয়ননা নুংশিজরবা অঙাংশিং,

ওজা হেদ মাষ্টরনা হৌজিক হায়বিখিবদুনি, স্কুলসি ফগৎনবা, ময়াম পুন্নমক্কী য়াইফনবা ঐহাক স্কুলসিদগী ওজা ওইবা তোক্লবনি। ঐনা ওজা ওইরিঙৈদা ষ্টাফশিংদা অমদি অঙাংশা, নখোয়দা কা হেনবা থবকশিং তৌখিবা য়াওরবদি ঐবু ঙাকপিয়ু হায়জরি। অঙাংশা, নখোয়বু হৈহন্নীংবদগী, খঙহন্নীংবদগী চৈখিবা, ঙাঙখিবা, ফুখিবা কয়াদু ঙসিদগী মলোম থন্নরগুমসি। মমাঙদা তৌখিবা ঐগী কষ্টা করীংনবা থবকশিংদু নখোয়বু ইচা ওইনা, ইনাও ওইনা নৎত্রগা ইগ্বা ওইনা নুংশিবদগী তৌখিবনি হায়না খল্লুকো। নখোয় পুন্নমক লাইরিক লাইশুদা মীকোক থোংদুনা মতিক চাবা মী অমমম শোয়দনা ওইরক্কনি হায়বগী থাজবদু ঐগী থম্মোয়দা থল্লগা ঐহাক চৎখিগদৌরিবনি। ঐগা ময়ামগা কায়নরমদাই অসিদা মমল য়াম্দ্রবা মিথাই অমমমদং চামিন্নবা অসিনা ঐনা মীয়ামদা পীবা অরোইবা খুদোলনি। অরোইবদা, মতম চাদনা, মরম চাদনা ময়ামবু ঙসি মফম অসিদা পূনবিরবা, হেদ মাষ্টরনা ৱাবিবা কয়াসিগীদমক্তা লমন অমসু ঐহাক্লা পুদুনা চৎচরবনি। ময়াম্না ঐবু ৱারৌবিগনু হায়না অমুক্কসু হায়জরি।"

অঙাংশিংদু মিথাই উন্নি হায়বা কাউনরে। তুমিন্না থম্বালশংগী ৱাদু তানরকই। পি নৌগনবা অঙাংশিংদি কপ্পরি; খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পবসু য়াওরকই। থম্বালশংদু ময়ামদা চৎলগে হায়রম্লগা মফমদু থাদোকখি; কুইনা লৈরমদে; ওজাশিংনা স্কুলদা চঙলুখিসি ঙাইহাক ফম্মিন্নখিসি হায়বদা য়াখিদে। কুইনা লৈরগা হেন্না পুক্নিং নুংশিনীংঙাই ওইরকপা য়াই; অমদি ফত্তবা মীশিংনা পাউথোক্লক্কনি।

মদুগী মতুং খরা লৈরগা স্কুলদুগী অঙাং ফনা য়াম্না হোংনখ্রে হায়বা তারে। অতৈ স্কুলদগী হোংলক্কে তৌরম্বশিংদুসু লাকখিদ্রে। নোংমা চীংখৈসু, চলাম্বসু লৈতবা মতমদা সেক্রেটরিগা পারীগদু মখোয়গী য়ূমদা লাকই। মোরা অনী থারগা থম্বালশংনা হায়রকই —

"মোরাসিদা ফমসি; করি থবক লৈবিবগে, ঐখোয়গীদা লাকথোক্তনা লাকপিববো ?"

য়ূমদা লাকপনি খন্দুনা তরাম তরাম্না তৌরিবসি থৌওই ৱাওইদনা পারীনা সেক্রেটরিদা হায় —

"মফমসিদবু ফমদুনা অমুক লৈখিগদ্রনে ? হায়নগদবা ৱাদু ঙাঙনরগা চৎনীংঙে ঐদি।

— য়ারে ফম্মগুমসি।"

সেক্রেটরিদু থম্বালশংদা ওনশিল্লগা পুলিসনা অরানবা তৌবা মীদা মরাল শীরদুনা ঙাঙবগুম্না হায়রকই —

"অঙাংশিংদা ঈনশিল্লগা স্কুল হোংহনবগী থবকসি তোকওনে। "

থম্বালশংদু ঙক্না থোকই। শোয়দনা তৌরবনি হায়বগী মওংদা ঙাঙলকপসিদা চঙক্লরে। সেক্রেটরিনা মখা তারকই —

"অঙাং খরা হোংদোকখিবসিনদি ঐখোয়গী স্কুলসি মুৎপা ঙম্মোই।

— অমুক্তা ঙাইহিবিখো, ব্রাফমসি করিনো হায়বদু হান্না নাখৈ শেংনখিসি।"

সেক্রেটরিনা খুমদ্রিঙৈদা পারীনা হায়রকই —

"খঙশিন্নদবা শাবদুনদি নরালদু লোৎশিনবা য়ারোইদা।

— করি তৌবগী ইরালনো হায়রিবসিবো ?"

সেক্রেটরিনা হায়রকই —

"নরালনা নপোৎ ফাদুনা স্কুলদগী তাম্থোকএদনা; হৌজিক অমুক অঙাংশিংদা ঈনশিল্লগা স্কুল হোংহল্লিবসিবু নরাল লৈতে হায়রগেরো ?

— ঐদি মদুম্না তৌখিদেনা।

— তৌদনা তৌই হায়বা য়াবা নত্তে। ঐনা চেকশিনরা হায়রিবসিনি; মতুংদা অমুক হন্না অঙাংশিংবু ঈনশিল্লগা স্কুল হোংহনগনু নৎত্রবদি খুলগী নহারোলশিং তাক্লগা ফৃহনবা তারে।"

হেঞ্জিনবা ব্রা য়াম্না ঙাঙলক্লিবসি থম্বালশংনা তাবদা ব্রারে। লাক্লিবা অনীসিদা করিগুম্বা খরা হায়বনা চুমগনি নৎত্রবদি মতুং তারকপদা ওম্থোক ওম্থোকপা ব্রা কয়া ঙাঙলক্কদৌরি। মখোয় অনী য়ুমদা লাকপনি; য়াম্না থীনদি হায়নীংদে; থম্বালশংনা পূক্লিং ফাথরগা হায় —

"ওজা অনী য়ৌবিরো, ঐ থিন্দোকচররোই।"

পারীনা করিগুম্বা খরা হায়গে তৌরকপদা থম্বালশংনা ব্রা মখা ঙাঙহন্দনা হায়রকই —

"ৱা অমা ফাওবা ঙাঙবিরমদনা হনবিখ্রো; মদুনা লেমগনি।"

পারীনা হংলকই —

"পোইনুগী চন্নখোক্তা চোংবা ফৌনাগুম্বা নঙনা করি তৌবা ঙমগদৌরিবা ?"

সেক্রেটরিসু ৱা পাংলকই —

"ওজা ওইরগা শেরান তুরান তৌবগী স্কুলদগী তাম্মোকএদনা; হৌজিক অঙাংশিং স্কুল হোংহনবগী চৈ চানীংলিব্রো ?"

থম্বালশংদু শাউরপ তৌরক্লে; শাউবদু ফাথনবা হোৎনরদুনা হায়রকই —

"ঐবু স্কুলদুদগী তাম্মোরকপদু কনা কনাগী খুজিল থৌরাংনো হায়বদু মীয়ামদা হায়দোরকপদু পাম্বীবরা? ঐবু ফৃহনবিগনি হায়রিবা মীশিংদু খরা য়াম্না খোম্লগা পুবিরকউ; ময়ামদুগী মমাঙদা অরোন অথুপ ময়ামদু ঐহাক হায়দোকচগে। মদু হেক হায়দোকপদা ঐহাক্তী নখোয়গী স্কুলদুদা অমুক হন্না ওজা ওইয়ু হায়রক্কনি; অদুগা মীওইঅনীদি ঐগী ইহৎ শিন্দুনা থবক তৎকনি। পরিক্ষাগী চে লৌথোকপা অম্ভার শেমদোক শেমজিন তৌবা মীওইশিংদুগী মশক ঐহাক খঙই; লাকপিরিবা ওজা অনীসু খঙবিরমগনি; অদুগা ফম তাগদবা মীওইশিংদুসু খঙবিরমগনি। অদুবু ঐদি মদু তৌনীংদে; ঐ অমুক হন্না স্কুলদুদা ওজা ওইনীংবদি লাইরদনা স্কুলদুগী কেম্পসতা খোঙফম অমা ফাওবা থাংজিন্নীংদে। অরানবতা তৌবা, অরানবা তৌবশিংনা খুৎলিংবা, চলাইবা স্কুলদুদা ওজা ওইবসি ঐগী ঈজৎ মাঙই। ঐদি অচুম্বা তৌবা, ঈকাইবা খঙবা নুপাগী নুপীনি; অরাল অহুই তৌবা য়াদবা শাগৈগী মৌনি। মতুংদদি হূই অঙাওবনা ওনশিন ওনশিন চিকপগুম্না নশাগী নরালদু লোৎশিন্নবা মীঙোন্দা মরাল শিবসি তোকপিরো। অদুগা, খরা থুনসু চৎপিখ্রো।"

থম্বালশংগী ৱাসিদা মবানীদু ৱা ঙাঙফম খঙদ্রে। তুমিন্না থোকখ্রে; কোম্লোং য়ৌরগা লোন্না ৱারী শান্নে।

চীংখৈনা, থম্বালশংনা লাইরিক য়েংলিবদুগী মনাক্তা থোরক্লগা হায় —

"জেনেরেল নোলেজগী লাইরিক অনৌবদু অমতং লৈরুসিরো ? হয়েংগী

ইন্টর্ভিয়ুসিবু জেনেরেল নোলেজ হংদৌরিজাৎলা?

— লৈরগুমসিদা, শেল তিংনবনি।

— অদু ওইরগনা লৈকায় অঙাংশিংদগী ৱায়রুসিরা?

— ৱায়রোইসিদা; অঙ্কগী ওজা লৌনবগীনিনা অঙ্কখক্তং হংলকপসু য়াই।

— তম্বা ঙম্বা নত্তেনে; ইন্টর্ভিয়ু হায়বসিদি থোকঅ থোকঅবা হংবনিনে।

— য়ারনিদা।"

ঙশাই অয়ুক মখোয়গী মচাদু লৈকায়গী নুপী অমনা পোবিখিবনি। মদু লৌরুনবা হায়রকপদগী থম্বালশংনা লাইরিকশিংদু লোইশিল্লম্লগা চৎখ্রে। চীংখৈনা চাকখুমদা চঙখ্রে।

# ১২

মী তরা হেন্না ইন্টর্ভিয়ু লৌবা লোইখ্রে। থম্বালশংগীদি য়ৌদ্রি। মচি অমদা ফম্লগা মাবু কৌরকপা ঙাইরি। ইন্টর্ভিয়ু য়াওগদবশিংনা লোইদুনা থোরক্লবশিংদা করি করি হংবগে, মওং কমদৌবগে অসিনচিংবা ইন্টর্ভিয়ুগী মরমদা হংনরি। চীংখৈসু মখোয়শিংদুগী মরক্তা য়াওরি। খরদং ওইরবসু কান্নগনি খন্দুনা থম্বালশংগী মনাক্তা লাকই ; ফম্লগা হায়রকই —

"মখোয়গী ইন্টর্ভিয়ুসি মী অহুম্না লৌই; প্রাক্তিকেল ওইনা ক্লাসসু চঙহল্লি ।

— ইন্টর্ভিয়ুবু কনা কনানা লৌরিবনো?

— কমিটিগী চেয়ারমেন্নে, সেক্রেটরিনে অদুগা অঙ্কগী ওজা অমগনি। ক্লাস চঙবগীদুনা হেদ মাষ্টরনা য়েংই হায়। মাসু অঙ্কগী ওজা ওইরমাল্লে।

— করি ক্লাসতা চঙহল্লিবনো?

— ক্লাস টেন্দনি; চিংনদবা নৎত্রা?

— চিংনদেদা; ঐনা চিংনরিবদি পূম্নমক্তু মতৌ মান্নবা তৌরিব্রা হায়বসিনি।

— মদোমদা পূক্লিং হঞ্জানগনু; নঙগী তৌফম থোকপদু চুম্না অদুম তৌরমউ।"

চীংখৈদু অমুক চৎখ্রে। অনৌবা কান্নগদবা পাউ নৎত্রগা পোরম খোল্লুগদৌরিবনি। থম্বালশংদি করিগুম্বা অমা নীংশিংলক্লি। ক্লাস চঙহন্দুনা লাইরিক তাকহনবসি মাঙোন্দা কিনীংঙাই ওইদে। মদুনা মাঙোন্দা তঙ্থবদি পোকই। হোরেল মরৈ য়েৎলকপা য়াই। মতমসিগী অঙাংশিংদি থকশি খাশি খরা রাৎলে। মাবু তম্বীবা ওজা নৎত্রবদি ঈকাই খুম্নবসি খরসু রাৎনৈ। মশামকপু হেক তম্বীরিবা ওজা ফাওবদা করিগুম্বদা অঙাং খরদি করেম কথাইনবা য়াওই; মরৈ য়েৎলি; চীন্দা পাউদানদুনা খৎনৈ। মানা হৌজিক ক্লাস লৌরুগদৌরিবা অঙাংশিং অসিদি মমাঙদা ক্লাস অমুক্তা লৌখিদ্রি, উন্নদ্রি। মসিদা

লৈতে। অঙম অরায় খঙদবা, মফম মতম য়েংদবা অঙাং য়াওরল্লগদি হৈনীংদবা ইন্টর্ভিয়ুসিদা তনবতনি। মানা তম্বীরম্বা টোর্চ হাই স্কুলগী অঙাংশিংদুগী মরক্তসু ঙাওশিন ফৈজিন্নদুনা মাঙোন্দা চাংয়েং তৌবা ফাওবা য়াওখি। নোংমা মানা ক্লাস অমা মেনখৎলি। ক্লাসতু অঙ্কগীনি। মানা তাকপা অঙ্কদা পারীগী মচাদুনা মরৈ য়েৎলি। অলজেব্রাগী অঙ্ক অমা হোৎপা লোইরগা মথংগী কোইশন্দু হোৎনবা পাবা হৌই। অঙাংদুনা লেপখৎলগা হায়রকই —

"ওজা, হৌজিক্কীদু ফোল তাদে; লাল্লমাক্লে।

— নঙনা তাদে হায়রিবদু লাইরিক্কী ফোল্লা?

— মান্নি।

— লাইরিক্কী ফোলদি করিগুম্বদা, নম্বদা শোয়বদগী লানবা য়াওবনি।"

মানা হোৎলিবদু হন্না য়েংশিল্লগা মখা তারকই —

"ঐগীসিদি চুমএ, ষ্টেপ চুম্না হোৎলবনি।

— লাইরিক্কী ফোলসি তানবা হোৎপদি য়ারোইদ্রা?

— য়াই; মশীং শেমদোক্লবদি তাগনি। মশীং শেমদোক্তনা লাইরিক্কী ফোলদু তানবা হোৎলগদি অঙ্কসি লানগনি।

— অতৈ ওজানা হোৎপদদি মশীং শেমদোকত্রবসু ফোল তাইয়ে।"

প্রাইবেৎ তম্বীবগী ওজানা হোৎপদা ফোল তাই হায়বগী মরৈনি। থম্বালশংদি ৱাফমসি মখা তানা ঙাঙননীংদ্রে। মতম মাঙগনি, অঙ্ক য়াম্না তাকহৌরোই। অঙাংদু খঙনবা হায়রকই —

"ইবুংঙো, ঐনা হায়রিবসি অমুক্তা তাখো; ৱাহংসিগী মশীংসি শেমদোকত্রবদি লাইরিক্কী ফোলসি তারোই। করিগুম্বদা তানবা হোৎলবদি লানগনি। লাইরিকসি নম্বদা ইংলিসকী আইটসি মীতৈলোনগী মরিদু ওইরবোই নীংদুনা ফোর ওইনা নম্বা য়াওই; এক্স ইদৌবদুনা ইন্টু ইবা য়াওই; ৱাইগী মহৎতা ফোর ইবসু য়াওই। অসিগুম্বসিনা ফোল লানবনি। খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি ৱাহংদা পীরল্লিবা মশীংদুদা নিয়ম চুম্না অঙ্ক হোৎপদুনি। ঐনা হোৎলিবসিদি ষ্টেপ চুম্লবনি; অদুনা লাল্লরোই।"

অঙাংদু মরৈ তৌগে খন্না তৌরিবনিনা ৱাফমসি তোকত্রি; মখা তারকই —

"ওজা অমনা হোৎপদনা তারগা ওজানা হোৎপদনা ফোল তাদ্রিবসি হৈতবনা ওইরোইদ্রা?

— অদু ওইরগনা ঐগী অরানবা অঙ্কসি শিল্লুরনু।

— অরানবা অঙ্কদি তাক্তবনা ফৈ।

— ইবুংঙো, ৱাসি তোক্লরসি; অরেম্বদা মতম হৌখ্রগনি অঙ্ক হোৎহৌররোই।

— অঙ্ক হৈতে হায়বদু লোৎশিন্নবদি হোৎনবিগনু ওজা।

— ঐগী অহোৎপা অঙ্কসি পুরগা নঙনা হৈ হায়রিবা ওজাদুগী মনাক্তা ইবানী ছুটি থারগা য়েংনরুরসি; হৌজিক্তী অঙ্কসি মখা চৎথরসি।

— মখাগী অঙ্কদুসু লান্না হোৎলবদি?

— অদুদি নঙ ঐগী ক্লাসসি য়াওরনু; মপান থোকখ্রো। ঐনা হোৎপা অঙ্কসি চুমই খনবা মীশিংদুনা লৈরসনু; য়াওনীংদবা নঙদি মরে তৌদুনা মীঙোন্দা য়েংলনু; মপান থোকখ্রো, হৌগৎলো চৎলো।"

অঙাংদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হৌগৎহল্লে অদুগা থোকহনখ্রে। অতৈ অঙাং খরদি অঙ্ক মখা হোৎনবা হায়জরক্লি।থম্বালশংনা পূক্নিংদু ঈংথনবা হোৎনরগা মখা অঙ্কদু তাক্লকই। মতমসিদা অঙাংদু হেদ মাষ্টরগা লাকমিন্নে; পিওনসু য়াওরকই। থম্বালশংদি মখোয় লাকই হায়বসি খঙদ্রি। ব্রেক বোর্ডতা অঙ্ক হোৎলি। হেদ মাষ্টরনা থোঙজিন্দগী হায়রকই —

"ওজা, ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে?"

থম্বালশংদু মায় লৈথোরকই; ঈকাই খুম্ননা হায়রকই —

"য়ানি ওজা, চঙবিরকউ।"

হেদ মাষ্টরনা অঙাংদু পুরগা কানুংদা চঙলকই। অঙাংদু মশাগী ফম্ফমদা ফম্নবা থাজিল্লগা অঙাং ময়াম্বুসু ফমহল্লি; অদুগা থম্বালশংদা হায়রকই —

"ওজাগীসি ঙাইহাক্তং মরক থৎচবা তারে।"

ব্রেক বোর্ড মনাক্তা লেপ্লগা অঙাংশিংদা ওনশিল্লগা হায়রকই —

"অঙাংশা নখোয়গী অঙ্ক হোৎপসি ঙাইহাক্তং মরক থৎলগেকো? ওজা থম্বালশংনা হোৎপা অঙ্ক অমা লাল্লি হায়রি; ঐদি থাজদে; ঙসি ফাওবদা ওজাসিনা হোৎপা অঙ্কশিং লাল্লি হায়বা তারকত্রি। অদুবু ইবুংঙোসিনা লাল্লি

হায়রবনিনা অশেংবদু খঙনবা তৌবা তারে।"

অঙাংদুদা অমুক হংই —

"ওজাগী অঙ্কসি তশেংনা লাল্লি হায়বসি নঙ য়ারেকো ?

— য়ারে ওজা।"

থম্বালশংদা অমুক হংই —

"ওজাদি, ওজাগী অঙ্কসি চুমই হায়না খনবিবা নৎত্রা ?

— হোয় ওজা।"

থোঙজিল ৱাংমদা লেপ্লিবা পিওন্দা অমুক থৌদারকই —

"ঐখোয়গী অঙ্কগী ওজা ময়ামদু মসিদা লোয়না কৌরকউ; ক্লাস চঙলল্লবসু ঐনা হৌজিকমক লাকউ হায়রকপনি হায়য়ু।"

পিওন্দু চৎখ্রে। হেদ মাষ্টরনা অঙাংশিংদা অমুক হংই —

"লাল্লি হায়রিবা অঙ্কদুগী অহোৎপদু নখোয় লোয়নমক্না শিলহৌবা নৎত্রা ?

— শিলহৌই ওজা।

— অদুদি মদুগী অঙ্কদুসু, ৱাহংদুসু ফাক্তোক্কুনা থম্মো।"

অঙ্কগী ওজা খরা লাক্লরে। হেদ মাষ্টরদা হংলকই —

"কেদৌবা য়াওবগে ওজা ?

— হোরেল ময়াম পূল্লগা হায়জরগে।"

ঙাইহাক্কী তুংদা অঙ্কগী ওজাশিং শুরে। ময়ামদু ব্লেক বোর্ড ময়াদা লেপ্লি। হেদ মাষ্টরনা তৌরিবা মওংদু লোয়না লীরগা হায়রকই —

"হৌজিক ওজাশিংদা ঐনা হায়জনীংবদি স্কুলসিদা অরানবা তৌবা মীদি লৈবা য়ারোই। ওজা থম্বালশংনা লাল্লবসু, অঙাংসিনা লাল্লবসু চৈরাক্তী ফংলগনি। অঙাংসিগীসু ওজা থম্বালশংগীসু মীচঙ চঙবিগনু; মীশক মীমায় য়েংবিগনু। ওজাশিংনা অঙাংশিংদগী বোয় অমমম লৌবিরগা অহোৎপা অঙ্কসি চুমব্রা লানব্রা হায়বদু য়েংবিয়ু।"

ওজাশিংদু লেপতুনা লৈনরি। ওজা অমনা হায় —

"লাইরিক্কী ফোল লানবসিদি অদুম য়াওবনি; ঐখোয়সু থেংনৈ ওজা।"

অতোপ্পা ওজা অমনসু হায়রকই —

"ইবুংঙো, নঙদি ওজানা লাইরিক্কী ফোল লানবা য়াওবনি; হায়রবদি কোক তোকপা য়াদ্রা? করিগী মরৈ তৌরিবনো ?"

অতোপ্পা ওজা অমনসু শাউনীংনা হায় —

"নঙ, ওজাদা লাল্লে হায়য়ু; ওজা খুদিংমক্তা নঙনা থৌওইদে, মরৈ তৌই।"

হেদ মাস্টরনা ওজাশিংদু খামজিল্লকই —

"ওজাশিং, শাউবিখিনু; অঙাংসিনা মরৈ তৌরক্লিবসিসু মানা খঙজবা অচুম্বা মরম লৈরমগনি। ওজাশিংনা বোয়দা শিল্লিবা অঙ্ক অহোৎপসি চুমব্রা লানব্রা হায়বদুমতং য়েংবিরো; অদুগা মখা অমুক চথরসি।"

ওজাশিংদুনা ৱাহং পারে, বোয় লৌরগা য়েংএ। য়েংবা লোইরগা চুমই হায়নরকই। হেদ মাস্টরনা অঙাংদু লেপখৎহল্লগা হায় —

"ওজানা হোৎপা অঙ্কসি চুমই অদুগা নঙনা লাল্লি হায়বসি য়ানীংলব্রা?

— ওজা, ঐদি লাইরিক্কী ফোলগা, ওজানা হোৎপা ফোলগা মান্নদে, অদুনা লাল্লি হায়জবনি।

— মশীং লানবদগী ফোল লানবনি হায়বদুদি ননাদু তাদ্রা ? হায়য়ুনে ওজানা হায়ব্রা হায়দব্রা ?

— অদুবুদি হায়; অদু ওইরবসু ...

— তুমিল লৈয়ু, ৱা মখা তানু। নঙ থোইচৎনবা অঙাংনি। মরম চাদনা ওজাবু ঈকাইবা পীবা, ক্লাস থুগায়বগী নঙ চৈরাক পীগনি। স্কুলসিদগী নঙ তাপ্পোক্কনি। হৌজিকমক কমিটিদা চে ইরগা থাগনি।"

ফম্না কনবা ৱাহৈ ইরগা চে থাখি। অদুবু পারীগা সেক্রেটরিগদি লুনা চান্না তিন্নবনিনা ৱাখোক্তু ইচম চম্বা অমগুম্না লোইশিনখি। মতুং অমুক হন্না তৌদনবা ৱার্নিং পীরগা তোকখি।

থম্বালশংগী ইন্টর্ভিয়ু পাল্লি য়ৌরক্কদৌরে। চীংখৈদু থম্বালশংগী মনাক্তা লাক্লি। হেক য়ৌরকপগা পাখৎচনা হায়রৈ —

"পুক্লিং চঙনা হন্দক্কীসি শোয়দনবা হোৎনৌকো। য়ূমগী লাইনিংথৌ লৈমরেলবু থম্মোয়দা থাগোঞ্জরগা চঙউ। লৌশিং তানা পাউখুমশিংদু খুমউ। ক্লাস চঙবদুসু নঙগী হৈজবীদা তাক্লমউ।

— ঐগীবু কয়াম ৱাৎলিবগে?

— হৌজিক চঙখ্রিবসিগী হেক মথংদনি।"

চীংখৈগী মীৎয়েংদু ইন্টর্ভিয়ু চঙফমগী থোঙদুদা থমই। মী কৌথোক কৌশিন তৌরিবা পিওন্দু থোরকপ্রা হায়বগী লাংতক্লবা মীৎয়েংসু য়েংলি। থম্বালশংদা হংলকই —

"নঙগী সার্টিফিকেৎ ময়ামদুদি লোয়না য়াওরেকো?

— য়াওরে।

— হোবেল চঙবদা থকশি খাশি লৈনা, ঈকাই খুম্নবা উৎতুনা চঙউ; শাউগনু মরৈ তৌদুনা পাউখুম খুমগনু।"

ইন্টর্ভিয়ুসি পীদমক চীংখৈগী ৱাজবনা থম্বালশংদগী হেল্লি। মাবু অমুক্তংদি ওজা ওইহনগে হায়বনি চীংখৈগী অচেৎপা ফিরেপ ওইরি। ঙশাই অয়ুক্তসু স্কুলসিগী কমিটিগী থৌ পবিবা চেয়ারমেন, সেক্রেটর্বিগী য়ূম য়ূমদা চৎলুরবনি; মখোয়গা নারী শান্নরুরে; অনীমক্লা হায়রকই —

"মৌদি লৌরগুমসি হায়নরে; য়ারগদি লৈশাবী ফাওবা লৌদনা, নুপা নহা ওইনা লৌনবা খন্নে। মরমদি হান্নগী ওজা নুপীসু মরাং কায়না য়াওরিবনিনা। ওজা নুপীসি হাপ্লগুমসি হায়নরি।

— ওজা নুপী হাপ্তনবা খন্নরিবসি করি খুদোংচাদবা লৈবদগীনো; মরমদু হায়বিবা য়াব্রা?

— য়াই; ইশেং শেংনা নুপী হায়বসিদি ইমুংগী থবক পুই, মচা চেল্লি; মদুনা স্কুলগী থবক্তা খুরৌ চেল্লি। ঐখোয়গী স্কুলসিদি প্রাইবেৎনিনা করিগুম্বা মখলগী খুরৌ থাংহনবা য়াদে।

— করিগুম্বা ওজা নুপী মৌনা নুপাগুম্না নৎত্রগা নুপাদগী হেন্না স্কুলগী থবক্তা মাইপুনগদবা ওইরবদি খনবিবা য়াব্রা?"

তশেংবসু থম্বালশংদি স্কুলগী থবক্লি হায়রবদি মথন্তগী অততাইগুম্না খঞ্জবনি। চাক ঙন্না থোংগনি, স্কুল ঙন্না কাগনি। নাতে চাদবদগী চাক লোইদ্রবসু

চাদনা স্কুল চৎকনি। নোংমতসু থেঙবগী নৎত্রগা থৌওইদবগী মাগী মখক্তা ৱা ঙাওখিদ্রি। পূম্নমকসি চেয়ারমেন্না সেক্রেটরিনা খঙদে। চীংখৈনা হায়রবসু ৱানোম্বগী খাগৎ ৱাহৈ চারোল ওইনা থোক্কনি। চীংখৈবু ৱা মং থাদনবা অমদি চৎখিনবগী মওংদা হায়রকখি —

"ইন্টর্ভিয়ুদু শোয়দনা য়াওহনবিরো; মদুগী রিজল্ট য়েংলগা মখা তাবা থবক তৌবা হায়বদুনি। ঐখোয়গীদি স্কুলসি ফগৎনবা হোৎনরিবনিনা অফবা মী খনগদৌরিবনি।"

পূক্লিং লৈতাফম খঙদনা হক্লকখি। হৌজিকসু লৈতাফম খঙদ্রি। শোয়দনা খল্লগনি খঙলগদি পূক্লিংদু লৈতারগনি। মদুমক ওইরগনি হায়বগী থাজবা লৈতবনিনা থরায় ৱারি, পূক্লিং তনিক তনিক্লি।

ইন্টর্ভিয় চঙউবা মীদু থোরক্লগা ক্লাস লৌরুনবা চৎখ্রে। পিওন্না থোঙদা লেপ্লগা থম্বালশংবু কৌশিল্লকই। সার্টিফিকেৎশিং য়াওরবা ফাইলদু পায়রগা থম্বালশংদু হৌগৎলে। চীংখৈসু হৌগৎলি, অমুক্তসু হায়রকই —

"শোয়দনবা চেকশিল্লুকো।

— হোয়।"

চঙশিনখ্রে। থোঙগী পর্দাদু হাইদোক্লগা কোকমখৈ লিৎশিল্লগা থম্বালশংনা তপ্পা হংই —

"ওজাশিং, ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে?"

ময়ায়দা ফল্লিবা চেয়ারমেন্না হায় —

"য়ানি চঙলকউ।"

অহাঙবা চৌক্রি অমা থারিবদুদা ফম্নবা হায়। থম্বালশংসু পায়রিবা ফাইলদু চেয়ারমেন্দা পীরগা চৌক্রিদা ফমই। সার্টিফিকেৎশিংদু চেয়ারমেন্না য়েংলিঙৈদা সেক্রেটরিনা হংলকই —

"সোম্না চঙলকপদা 'ওজাশিং' হায়না কৌরকইবদু করিগীনো? ঐখোয় অহুম ফল্লিবসিগী মনুংদা অনীদি ওজা নত্তে, মিংগৌ ওন্না কৌরক্লিবা করিগীনো?

— ওজা লৌবগী ইন্টর্ভিয়ুনি; হেন্না হৈবা ওজাশিংনা ফম্বীরম্ফম থোকই; অদুনা কৌজবনি।

— ওজা ওইগে খল্লবনিনা, পারা ফাগনবা অঙাংদু করম্না ফাহনগদগে?

— ঐগী ৱাখলদদি, অঙাংদুনা পারা ফাদ্রিবদুগী মরমদু হান্না থিগৎকনি। থবক চিনবদগী ঔরাইবা নংদবা ওইরগনা অহাঙবা মতম ফংহনবিগনি; ঔরাইনীংদবা, ঙাওশিন্নবা ওইরগদি ফূবা, চৈবা, নমদুনা ঔরাইহনগনি। খঙগন্দবা নৎত্রগা হৈগোন্দবা ওইরগদি খরা তোয়না তাকপিবা ঔরাইহনবা তৌবিগনি।

— স্কুলগী কা অমদা লৈরিবা টেবল, চৌক্রি, ফাল পূম্নমক মখোঙ মরি মরিনা চৈঙাক ওই। অঙাংবু মহে হৈহনবদা চৈঙাক মরি দরকার ওই খল্লগদি করি করিনা ওইফম থোকপগে ?

— মদু মমা মপা, ওজা, লাইরিক অমদি হোৎনবা মরিসিনা ওইগনি হায়জনীংই।

— ৱাহংসি খরগা হংখিগে। অঙাং লাঙবসি মতৌ করম্না লাক্কদগে?

— লাঙইবা অঙাংশিংদুদা তাক্লিবা পারাদুগী মরু ওইবদু খঙহনগনি। পারাদু খঙদবনা মতুংগী পারাদা কায়রক্কদবদু খঙহন্দুনা লৌশিং তাহনগনি। মসিদা য়াদ্রগদি ঈকাইহনবা, চৈবা, ফূবা ফাওবা তৌগনি।

— হন্দক্কীসিনা ঐগী অরোইবা ৱাহং ওইরগে। ঙসি ফাওবগী মনুংদা পৃথিবীসিদা খ্বাইদগী হৈবা ওজাশিংদু কনা কনানো?

— মচাবু মতিক চানা শেম্বা ঙস্বী মমাশিংদুনি।

— ঐগীদি য়ারে; কনানো অমনা অমুক হংবিরো।"

অক্কগী ওজাদুনা থম্বালশংদা ওনশিল্লগা হংলকই —

"স্কুয়ার অমগী পেরিমিটরগা সার্কল অমগী পেরিমিটরগা মান্নে। অদু ওইরবদি অনীসিগী মনুংদা করম্বগী এরিয়ানা হেন্না চাউবগে?

— সার্কলগী এরিয়ানা হেন্না চাউগনি।

— চেদা ইরগা উৎলু।"

অহাঙবা চেবাং অমা পীরকই। থম্বালশংনা মদু লৌরগা কোলোম মখুম হাংই; অদুগা য়াম্না থুনা হোৎলি। অহোৎপদু উৎলগা হায় —

"পেরিমিটরগী ভেল্যুদু পিনি হায়না লৌরগা স্কুয়ারগী এরিয়াসি পি স্কুয়ার বাই সিক্সতিন্নি; অদুগা সার্কলগী এরিয়ানা পি স্কুয়ার বাই থার্তিন্নি। অদুনা সার্কলগী এরিয়ানা চাউফম থোকই।

— একুযট এঙ্গল ত্রাইয়েঙ্গল অমগী এঙ্গল অহুমদুগী মনুংদা অমদি ফোর্তি ডিগ্রী ওই। অতোপ্পা অনীদু কয়া কয়া ওইগনি ?

— মদুদি য়াম্না লৈগনি।

— জুরা অমখক্তং হায়রক্কো, হন্দ্রেদ ডিগ্রীগা ফোর্তি ডিগ্রীগা ওইবা য়াব্রা ?

— য়াদে। হন্দ্রেদ ডিগ্রী য়াওরগদি ওবতিয়ুজ এঙ্গল ত্রাইএঙ্গল ওইরগনি।

— লোগ ব্বান বেজ আইতকা, লোগ ব্বান বেজ সিক্সকা অনীসিগী ভেল্যুসি কয়া কয়া তাগনি ?

— অনীমক জিরো তাগনি।

— মরমদি ?

— লোগ ব্বান এনি বেজগী ভেল্যুসি জিরো তাবননি।

— চেদুদা অমুক্তা ইয়ু; মশীং অমা হায়রক্কে; হন্দ্রেদ স্কুয়ার মাইনস নাইন্টি নাইন স্কুয়ার মদুগী ফোলসি কয়া তাগনি ? হোৎতনা য়েংলগা ফোল হায়রকউ। "

থম্বালশংনা খুদক্তা হায়রকই —

"ব্বান হন্দ্রেদ নাইন্টি নাইন তাগনি।

— করি ফোর্মুলা শীজিন্নে ?

— এ স্কুয়ার মাইনস বি স্কুয়ার শীজিন্নে।

— হন্দক্কীসিনা অরোইবা ব্বাহংনি।"

হান্না শেমদোক্তুনা থম্বা ব্বাহংশিং ইবা চেদুদা য়েংলগা হংলকই —

"অলজেব্রা হায়বা ব্বাহৈসি কদায়দগী লৌরকপনো ?

— অল জেব্রাউল মুকাবলাহ হায়বা অরাবিয়ান লাইরিক্তগী লৌরকপনি।

— ঐগীসু য়ারে, চেয়ারমেনগী অমুক হংবিরো। "

চেয়ারমেন্না য়েংবা লোইরবা সার্টিফিকেৎশিংগী ফাইলদু খরা ঈহ্লোক্লগা হংলকই —

"অঙাং লাইরিক তাক্লিঙৈদা ইবেম্মা ইশাসি করিনি হায়না খল্লগা তাকপিগদগে ?

— মমা ওইবীগী ৱাখলদু খল্লগা তাক্কনি।

— ওজাগী পান্দমসি অঙাং লাইরিক তাকপনি হায়বসি য়ানীংব্রা ?

— ঐগী ৱাখলদদি লাইরিক তাকপগী মথক্তা অঙাংবু হৈহনবা, কান্নগদবা হীরম কয়াবুসু তম্বীবদুনি।

— কান্নগনি হায়দুনা হূরানবসু তম্বীগদ্রা ?

— হূরানবনা লন থুম ফংবদা কান্নবনি; লমচৎ শাজৎতদি মাঙই; অদুনা কান্নবদগী মাঙবনা হেন্নি। মরমসিনা কান্নবা কৌবা য়ারোই।

— ইবেম্মা ওজা ওইরে হায়না খনবিরো; ফার্ষ্ট পেরিওদ নংদবা নুমিৎতা খনগদবা ৱাখলদু করি ওইগনি ?

— খনগদবা ৱাখল লৈরোই; মরমদি ঐহাক্তী ওজা ওইরগা ইশাগী ক্লাসপু ঈকাই খুম্নগনি, মীরাইরোই।

— করিগুম্বদা খুদোংচাদবা অমদগী নংদবা য়াওবসু য়াই। মতমদুদা করি খনগদগে ?

— মতমদুদদি ঐ লৌশিং মাঙগনি । লৌশিং মাঙবা, এক্সিদেন্টকুম্বা থোকত্রবদি ঐ ক্লাস নংদবা খক তৌরোই।

— য়ারে ইবেম্মা, থোকপিরো ক্লাস টেন্দা চঙবিরুরো।

— পূম্নমকপু থাগৎচরি।"

থম্বালশংদু মাগী ফাইলদু পুরগা থোরক্লে। হেদ মাষ্টরনা মাবু ঙাইদুনা লৈরমই। মবানী ক্লাসতা চঙমিন্নে। হেদ মাষ্টরনা থম্বালশংদা তাক্কদবা পারা মফমদু হায়রল্লগা মনীংগী ফালদা ফমখ্রে। থম্বালশংনা য়াম্না থুনা অঙ্ক অমা হোৎলগা অঙাংশিংদা শন্দোক্লা তাক্লককই। তাকপা লোইরগা অঙ্কদু বোয়দা শিলহল্লি। অঙাং অমদি শিনবগী মহুৎতা ফম্মিন্নবা মমান্নবদুনা শিল্লিবদুদা য়েংলগা ৱারী শাজিল্লি। থম্বালশংনা অঙাংদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হংই —

" নঙদি অঙ্ক শিন্দ্রেনা; বোয় কোলোম য়াওদব্রা ?

— য়াওই ওজা; মসিগী অঙ্কসি ঐদি হৈরে; হান্না হোৎলে।

— হান্না হোৎলবদি য়াম্না ফবগী ৱানি । অদুবুনে নঙ অঙ্কসি শিঞ্জিল্লু। নঙনা ৱা ঙাঙদুনা লৈরবদি নমান্নবসি নুংঙাইররোই। অদুগা অঙ্ক হায়বসিদি খূৎহোৎ য়াম্না হৈজিনবদু কান্নবনি। নঙনা হান্না হৈরিবদুগা ঐনা হোৎলিবসিগা

করম্বনা খুৎলোয়বগে হায়বদু য়েংনবা শিঞ্জিল্লু।"

অঙাংদু শিনবা হৌখ্রে। শিনবা লোইনরবা মতুংদা থম্বালশংনা মথংগী অঙ্কদু হোৎলি। অতৈ কেঙিদেৎশিংদি অঙ্ক অহুমদগী হেন্না ...দবনি; থম্বালশংদি তরুক শুরে। মসি ফাওবদা হেদ মাষ্টরনা তোক্লবা হায়দ্রি। থম্বালশংগী মতুংদা ইন্টর্ভিয়ু চঙহৌবা মীদু ক্লাস চঙনবা ঙাইদুনা লৈরি। মদু উবদা হেদ মাষ্টরনা থম্বালশংবু থোক্লবা হায়রকই। থম্বালশংদু থোরক্লগা চীংখৈনা লৈরিবদুগী মনাক্তা লাক্লে। চীংখৈনা হংলকই —

" ফজনা খুল্লমব্রা ?

— খঙদেদা, হংলকপশিংদুদি লোয়না খুল্লমই।

— নঙগী পাউখুমশিংদুদা মখোয়বু য়ানীংহৌব্রা ?

— য়ানীংলমগদৌবা মাল্লি; মরৈ তৌরক্তে।

— ফরে রিজল্ট হায়দোক্লগা খঙবা হায়বদুনি।"

মবানীনা ব্বারী শান্নরিবদুগী মনাক্তা নুপা অমা চঙলকই। নোংমা থম্বালশংনা ইন্টর্ভিয়ু চৎনবা বস ঙাইরিঙৈদা ইন্টর্ভিয়ু য়ৈথোকখ্রে হায়রম্বদুনি। মাবু উবদা চীংখৈনা হংই —

" নঙগীদি লোইরব্রা ?

— লোইরে তাদা।

— খল্লকদবা মানব্রো ?

— কনানা মানগবনো তাদা। লাইরবা, শেল পীবা ঙমদবা ঐখোয়না ইন্টর্ভিয়ু য়াওবসিদি খোয়দৌ শাউগৎনবনি; মতম মাঙনবনি; থবক শিৎনবনি; করিমত্তা কান্নবজাৎ নত্তে।

— করিনোনে হায়রিবদুবো ? শেল পীবা মী য়াওনব্রনে ?

— ঙশাই ব্বারী অসুম শাবদা হায়নরকপবু লিশিং তরা, তরামঙা পীবা, কুন পীবা ফাওবা য়াওনৈ হায়। ইন্টর্ভিয়ুগী ফোলসু ঙসি হায়দোকওই হায়রি। মসি শেল ঙাইবনি।

— শেল পীদবা নখোয় ঐখোয়দি থাজনীংঙাই ওইদেনে অদুদি ?

— শুকওই ওইদে; অদুনা ঐদি চীন পেন্নবা পংখুমদা খুল্লল্লবনি।"

ঙশাই মাগী ইন্টর্ভিয়ুদা তৌখিবদু তল্লকই। মাবু কৌরক্তুনা কানুংদা চঙই। ঈকাই খুন্নবা উৎতে; নোঙ্লুকপা শাজৎ চৎতে। তপ্লপ্না চঙশিন্দুনা কেণ্ডিদেৎশিংনা ফম্নবা থারিবা চৌক্রিদুদা ঙেক ফমথৈ। মাগী থোইচৎনবা মানবা মতৌদুদা কমিটিগী সেক্রেটরিদু শাউনীংবা পোকই। অশাউবদু ফাথবা ঙমদ্রদুনা হায়রকই —

" ঐখোয়না ফমউ হায়দ্রিঙৈদা হান্না হেক্তা ফম্মেনে ?

— হায়রক্কদবা লৈরবনিনা ফম্বদা কায়দে খঞে। ময়ামগী মতম মাঙদনবনি।

— হান্না হেক্তা খঙবিরেনে ?

— হোয়।

— ইন্টর্ভিয়ুদা থোইচৎনবা শাজৎ চৎপসি কেণ্ডিদেৎতা মাঙজবনি হায়বসি খঙদ্রিমাল্লেনে ?

— মদু মী মীগী ৱাখলনি। ঐগীসিদি থোইচৎনবদি ওইরমদৌবা মান্দে। মরমদি লৈবিরম্বশিংনা য়ূম্বুনি; ঐনা অরাকপনি; য়ূম্বুনা অরাকপা মীদা ফম্নবা হায়গদবনি, মসি চৎনবীনি। লৈবিরম্বশিংনা মদুগী চৎনবীদু ঙাকপিদ্রবনিনা ঐনা হেক্তা ফমজরবনি।"

ঙাঙনরিবসিদা নুপাসিনা খরা লাকচরে। কুইনা ঙাঙনরগদি ইন্টর্ভিয়ু লৌরিবা মখোয়সি অরানবা তাহল্লক্কদৌরি। মসি খঙদুনা চেয়ারমেন্না হায়রকই —

" ইবুংঙো, মরৈ তৌবিগদবা ওইরবদি থোক্লসি; ঐখোয়গী স্কুলগী ওজাদি মরৈ মরা তৌবা মীদি ওইহল্লোই।

— ঐগী ইন্টর্ভিয়ুদি লৌদ্রিনে।

— লৌদ্রবসু থোকখ্রো; থকশি খাশি ৱাৎপা মীদি ওজা ওইনা খঞ্জরোই।

— হায়রিবসিবু ঐবু ওজা খনগনি খল্লোই অরেপ্পা খঙদ্রিঙৈদসু হূইদৌনা ময়ামবু মপু খঞ্জৌ হায়বিরিব্রা ?

সেক্রেটরিদু শাউগৎলকই; খোন খরা কন্না হায়রকই —

" খরা থুনা থোকখ্রো মতম মাঙহনগনু।

— ইন্টর্ভিয়ু লৌদ্রিয়ে।

— লৌবা লৌদবা থোকখ্রো হায়রিবসিনি।

— ইন্টর্ভিয়ু লৌদনদি থোক্কদবা মান্দে। "

চেয়ারমেন্না হায়রকই —

" ইন্টর্ভিয়ু লৌবা লৌদবা হায়বদুদি ঐখোয়গী অপাম্বনি। অদুগা নঙগীদি লৌরবগুম্বনি।

— মদু য়ারোই; ইন্টর্ভিয়ু য়াওনবগী লুপা চামা লৌখিবনি; শেলফমদু হন্দোক্তনদি ইন্টর্ভিয়ু তোকপা য়ারোই।"

কনামত্তা ৱা ঙাঙলকত্রে। নুপাদুনা মখা তারকই —

" ময়াম্না শেলফমদু হন্দোকপিনীংঙোই হায়বদুসু ঐ খঙজে। য়ারগদি অতোপ্পা লুপা চামগসু পীজগে; অতোপ্পা কেণ্ডিদেৎ অমগী মতমদুসু পীবিয়ু।"

নুপাসিগা মান্নদুনা অৱায় অখুম তৌদুনা লৈরবদি মতম মাঙনবতা ওইগনি হায়বসি চেয়ারমেন্না খঙঙে। মসি থোক্তনবা মানা সেক্রেটরিদু নাকোইননা থেমজিল্লে। মহাক মশাসু তপথরে। ইন্টর্ভিয়ু লৌনবা তৌরকই। চেয়ারমেন্না নুপাদুদা থেমজিনবগী মওংদা তপ্না হায়রকই —

" নঙগী ইন্টর্ভিয়ু লৌনবা তৌরসি। ঐখোয়গী স্কুলসি ফনবা হোৎনবদা ৱা খরা ঙাঙনখ্রে; শাউনু।

— ঐ শাউজদে। ময়াম্না স্কুলগী ফনবা হোৎনৈ হায়বসি তাবদা ঐসু য়াম্না নুংঙাইজে। খরগা হেন্না স্কুলসি ফনবা ময়াম্না অচুম্বা তৌগনি হায়দুনা থাঙ চিক্লগা অমুক্তা ৱাশকপিয়ু। "

অসি হায়রগা থাঙ মচা শাংলপ তৌবা অমা ফিনুংদগী পুথোরকই। থাঙদু মখোক্তা মানা পায়রগা মখোয় অহুমদা মথং মথং পীরকই; লোয়ননা হায়রকই —

" কিবিগনু; করিগুম্বা ঙসিগী ইন্টর্ভিয়ুসিদা অরানবা তৌরবদি থাঙগী ময়াদা চৎকে হায়দুনা অমুক্তা ৱাশকপিয়ু।"

চেয়ারমেনগা অঙ্কগী ওজাদুগদি কিরপ্না তুংলোমদা হন্দোকই। সেক্রেটরিদু হৌগৎলগা থাঙদু লৌনবা তৌই। মাগী মওংদু খঙলবা নুপাদুনা হায়রকই —

"থাঙদি লৌবিগনু; ঐ অদুম পায়জগে; করিমত্তা কিবা অমদি পাখৎপা পোক্তনা থাঙসি চিকপিয়ু।"

সেক্রেটরিসু ৱাশকপা ঙমদ্রে। মপান্দগী মী কৌশিনগে তৌই। মদুদা নুপাদুনা হায় —

" মীদি কৌশিনবিগনু; ইন্টর্ভিয়ুসি অরোনবনি; অদুগা কাসিদা লৈরিবসি ঐখোয় মরিনি। মী অহুমগা ইথন্তগা লাম্বানি; কিবিগনু। অচুম্বা তৌবদা করিসু কিফম লৈতবনি।"

ঙশাইমখৈ ৱা ঙাঙদনা লৈরিবা অঙ্কগী ওজাদু ৱা ঙাঙলকই; নুপাদু থেমজিল্লকপনি —

" ইন্টর্ভিয়ুসি মখা চত্থনবা তৌরসি ইবুংঙো; মতম অমুক মাঙহন্দবনা ফরোইদ্রা?"

নুপাদুনা কাগী থোঙ থোঙনাও ময়ামদু থিংজিল্লগা হায়রকই —

" য়াই ওজা। মতম মাঙহনবসিদি ঐনা নত্তে; ময়াম্বনি। অদুগা ঙসি তৌরিবা ইন্টর্ভিয়ুসিসু হঞ্জিন হঞ্জিন য়েথোক্লবা মতুংদা তৌবনি। মদুদসু মতম কয়া অমা মাঙখ্রবনি; করিগী য়েথোকপনো হায়বদুসু ঐহাক মুন্না খঙজে।"

ওজাদু ঈকাইবা পোকই; অদুবু মদু উৎতনা হায়রকই —

" ফরে ইবুংঙো, চৌক্রিদুদা ফমউ; ইন্টর্ভিয়ু হৌনবা তৌরসি।"

চেয়ারমেন অমদি সেক্রেটরিদা ওনশিল্লগা মখা তারকই —

" ইন্টর্ভিয়ু মখা চত্থনবা তৌবিরো; হোরেল লোইবদা য়াম্না থেঙলনি।"

নুপাদু হান্নগী চৌক্রিদুদা ফম্লে। থাঙদু হাপচিনখ্রে। অদুগা মখূৎতু খোঙগ্রাওগী খাউদা হুল্লদুনা হায় —

" হৌজিক থাঙ চিক্লগা ৱাশকপিদ্রবসু ইন্টর্ভিয়ু লৌবিরো।"

চেয়ারমেন্না সেক্রেটরি অমদি অঙ্কগী ওজাদুদা মীৎকী ইঙ্গিৎ পীরগা সার্টিফিকেৎশিংদু য়েংই; অদুগা হংই —

" নঙগী পি য়ু সি থাবগী রোল নম্বরদু কয়ানো ?

— লিশিং মঙা চামরি তরানিথোইনি।"

কাউরম্লনি খন্না হংলুবনি; খঙলম্লবসিদা চেয়ারমেন্না মনাক্তা লৈরিব

ৱাহংময়াম ইবা চেবাংদুদা য়েংলগা হংলকই —

" পৃথিবীগী পাক চাউবসি কয়ানো ?"

নুপাদু খুদক্তা খুল্লক্তে। সেকেণ্ড কুনমুক লৈরগা হায়রকই —

" সেভেন হন্দ্রেদ নাইন্টি ফাইফ ইন্তু টেন তু দ পবার সেভেন্টিন স্কুয়ার ফুটনি।"

চেয়াবমেনগী চেবাংদুদা ইরিবা পৃথিবীগী পাক চাউবসি স্কুয়ার কিলোমিটরদনি। অনী অসি খেন্নরে। নুপাসিগী পাউখুমসি চুমই লাক্লি খঙবা ঙমদ্রে। মখা তাবা মরৈ য়েৎনগদবসু ঙশাইদগী তৌরিবা নুপাসিগী মওংসিদা মহাক খৌতক তৌরে। নুপাসিনা খুল্লিবসিসু চুমই খন্না খুল্লকপা নত্তে। খঙবা মান্নবা মরৈ তৌদুনা খুম্বনি। চেয়ারমেন্না অতোপ্পা ৱাহং অমা হংলকই —

" মনিপুরগী অহানবা এম্ পিসি কনানো ?

— হিষ্ট্রি, জিওগ্রাফিগী ৱাহং হংবিরিবসিবু অঙ্কগী ওজাসু করিগুম্বদা হিষ্ট্রি, জিওগ্রাফি তাকহনবিদোইরা ?

— জেনেরেল নোলেজগী ৱাহংনি; খঙদ্রগা খঙদে হায়রো।

— অদু ওইরবদি অঙ্কগা মরী লৈনবা জেনেরেল নোলেজগী ৱাহং হংবিয়ু।

— মরৈ তৌনু; ৱাহংসিগী পাউখুমদু পীয়ু।

— ঐদি মরৈ তৌজদে, ময়াম্মনি, অরানবা ৱাহং হংদুনা মরৈ তৌবিরিবসি।

— অরানবা ৱাহং হংবা হায়বদি ?

— মনিপুরগী অহানবা এম পি কনানো হায়বসি চয়েৎনবা ৱাহংনি। লোক সভা আউটরগীরা, ইন্নরগীরা নৎত্রগা রাজ্য সভাগীরা হায়বদু অদোমগী ৱাহংদুদা প্লনবিদে। মসি ঐগী পাউখুমদু নমদুনা লালহনগে তৌবনি। ৱাহংসিগী পাউখুমসি ঐ খুমজররোই।"

হংলিবা ৱাহংসিদা চেয়ারমেন্না লানবদৌনা তৌবসি অঙ্কগী ওজাদুনা উরে। মখা তাদনবা নুপাসিদা য়েংলগা হায়রকই —

" এ প্লস রুট অসি ইরেশনল নম্বরনি। করম্বা মশীংনা পুরিরগা রেশনল মশীং তাগদগে ?

— এ অমসুং বি অদু রেশনল নম্বর ওইরবদি এ মাইনস রুট বিনা পুরিরগা

রেশনল মশীং তাগনি।

— করিগুম্বা মশীং অমগী লোগ লৌবগী ভেল্যুসি ৱান তাই; অদু ওইরবদি লোগতুগী বেজসি কয়া ওইগদগে ?

— লোগ লৌরিবা মশীংদুমক্লা বেজসু ওইরবা মতমদা ৱান তাগনি।

— জিরোনা করিগুম্বা মশীং অমদা য়েনবগী ফোলসি মতৌ করম্না ইনফিনিতি তারিবনো ?

— জিরোনা করিগুম্বা মশীং অমদা য়েনবগী অথুংবসি ডিফাইন নম্বর ফংবা ঙমদে; অনডিফাইন ওই অদুনা ইনফিনিতি ওইনা তারিবনি।"

ওজাদুনা সেক্রেটরিদা ওনশিল্লগা হায় —

"সেক্রেটরিগী অমুক হংবিরো।"

সেক্রেটরিদু নুপাসিদা য়েংলক্তে। হৈনীংবা পোক্তনা, কয়াসু থৌওইদনা হংলকই —

" মেথমেতিক্সকী বনান তৌরকউ।"

সেক্রেটরিগী ৱাহংসি মাবু করেম্নবনি হায়বসি নুপাসিনা খঙঙে। মাসু থৌওই ৱাওইদনা, হৈনীংদনা খুম্লকই —

" ইংলিসতনা এম, এ, তি, আইচ, ই, এম, এ, তি, আই, সি, এস অদুগা মীতৈলোন্দনা ম, ে, থ, ম, ে, ত, ি, ক্স নি।

— ইংলিসতা জেরোগী বনান তৌরকউ।"

নুপাসি য়াম্না হৈনরকত্রে ; শাউনীংলকই। অদুবু থংনবা মীকৃপতা অশাউবা, পেন্দবা কয়াসি ফাথরগা খুম্লকই —

" জেৎ, ই, আর, ও।

— অনীগা অহুমগা পুরিনবগী ফোলসি কয়া তাগনি ?

— তরুক।

— য়ারে, ইন্টর্ভিয়ু লোইরে, থোকখ্রো।

— থাগৎচরি।"

নুপাদু হৌগৎলে, চেয়ারমেনগী মাঙদা লৈরিবা সার্টিফিকেৎশিংদু পায়রে; অদুগা হায় —

" ময়াম্না অচুম্বা পাউখুমদা পীফম থোকপা মার্ক্‌তু পীবিগদবনি।"

খোঙগ্রাওগী খাউদগী টেপ রেকোর্ডর মচা অমা পুথোরক্লগা হায়রকই —

" ময়াম্না হংবিখিবা ৱাহংশিং অদুগা ঐনা খুমখিবা পাউখুমশিংদু লোইনা রেকোর্ড তৌজরবনি। ঐগী অচুম্বা পাউখুমদা পীফম থোকপা মার্ক পীবিদদুনা ঐবু ওজা খনবিদ্রবদি মতিক চাবা থবক ঐনা লৌখৎচগনি. মসি খঙনা ময়াম্না থবক মখা চত্থবিয়ু। ময়াম্বু থাগৎচরি।"

নুপাদু মোং হাদনা থোঙ হাংলগা থোরকই। মখোয় অনীদু ইঙক ঙক্লা য়েংহৌই। সেক্রেটরিদু ফূক হৌগৎলি, চেয়ারমেন্না মখূৎ পায়দনা ফমহল্লি।

নুপাসিগী ৱারীসি তারগা চীংখৈনা হায়রকই —

" ঐখোয় নতৈমগীদি অদুম্নসু তৌহৌদে; শেলসু পীহৌদে; করম্না তৌদোইনো খঙদ্রে। চুম্না, শেংনা তৌনিদি হায়; কয়াম চুম্না, শেংনা তৌদৌরিবনো ভাব তাবজাৎ নত্তে।

— য়াওফম থোকই হায়দুনা পংয়াও য়াওবনি। কান্নদে তাদা, ঐ শ্বাইদা কুইনা লৈনীংদ্রে চৎলগে। হোরেল ইন্টর্ভিয়ু লোইরগা উন্নখিসি হায়বনি উন্নররোই চৎখ্রগে। "

নুপাদুগী থৌনা ফবদু মবানীগী থম্মোয়দা ময়েক লানা তাহৌরে। ইন্টর্ভিয়ু লোইরগা উন্নখিসি হায়রকই তাবদা নুপাদুনা তৌখিবদুগী কান্নবসু লৈগদ্রা হায়না খল্লকই। থৌৱাং ইশা শাদনা নুপাদু চৎখ্রে। মবানীসু য়ূমদা হন্নবা তৌরকই। মফমসিদা কুইনা লৈথরুবগী কান্নররোই হায়বদু খঙঙে। কমিটিনা চলাইবা স্কুলনি; মখোয়না পাম্বদু খনখ্রগনি। সরকারগী গ্রান্ট ফংলবা স্কুলনি মতমগী মতুং ইন্না সরকারগী ওনখিবা য়াই হায়বগী থাজবসিদা শেল পীনরিবনি। চীংখৈখোয়গীদি শেল পীহৌদে। হৌজিক লিশিং কুনমঙা পীদ্রগদি থম্বালশংবু খনবগী থাজবসি য়াম্না থাপ্না লৈরে। মখোয়গী ইমুংনা লুপা লিশিং কুনমঙা পুথোকপা ঙম্লোই। চোঙোন্দা নৎত্রগা টোর্চ হাই স্কুলগী হেদ মাষ্টরদা শেলফমদু পুথোকপিয়ু হায়রুবদা য়ারক্কনি। লুরিবদি অচুম্বতা তৌদুনা লাক্লবী থম্বালশংগী থবক খনবীনবা শেঙ্গা থুমজা তৌনবা শেলফম্নি হায়বসি মখোয়দা করম্না খঙহল্লুগদগে? অদুক থম্মোয় কন্না লেপখিবী মহাক্কী ফিরেপতু হন্দক্কী মতাংসিদা পূম্নমক মাঙহল্লগদ্রা? মখোয় খঙহন্দনা মীঙোন্দগী শেন্দোয়গী অচৌবা পোৎলূম পুদুনা শেলফমসি পূরগা নৎত্রগা লৌমী মখোয়গী অকনবা চৈঙাক ওইরিবা ষন পাবোৎতু য়োনবা, ইংখোল য়োনবা কয়াসি তৌবা য়াই।

খঙলকপা মীকুপ্তা মীয়াম্না মখোয়দা থম্বীরিবা থাজবদু উৎতা ঘী হৈবদু তাগনি। অদু ওইরবদি থম্বালশংনা অদুক ৱানা মহৈ তম্লকপা, মমা পাকপীনা থৱায় ৱাজনা শেম্বীরকপা, চীংখৈ মচিন মনাওনা উকল ওইরিবা খুদিংমকসি করিদি কান্নখিগদগে? শেল পীদুনা ওজা খলহনবা হায়বসি হৈতবদু হৈ হায়হনবনি। থম্বালশংসু হৈতবশিংদুগী মরক্তা য়াওরগদ্রা? ৱাখল ময়ামসিনা পোৎলূম ওইদুনা মখা তানা নম্থরক্তনবা মবানীদু স্কুলদগী থোরক্লে। গেৎ য়ৌরমদাইদা অমুক্তং হন্না থম্বালশংদু ইন্টর্ভিয়ু লৌফম কাদুদা য়েংলুই। কনাগুম্বনা মাবু চঙলকখো হায়না কৌশিল্লকনি খল্লমগদ্রা? মাগী মীৎয়েংদু নীংঙমদে। মফমদুদা লৈরিবা মীশিংদু মহাক উরুদ্রে। মখোয়না য়েংলকপদু থৌশারুদ্রে। মখোয়না ঙাওলিবশিংদু তারুদ্রে। মানা খঙজবা, হৈজবা মহৈদু তুংগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা অঙাংশিংবু শেম্বদা শীজিন্নগে খঞ্জরিবা মাগী ৱাখলদু লমখাংদা মাঙহনগদৌরে; অরেম্বা তারে। লৈবাকসিদা মহৈ মশিং তম্বদা পূকচেল শেংনা থবক তৌবসি ইয়ামক য়াদ্রব্রা? অশেংবা অচুম্বা তৌগে খঞ্জবশিংদুগী চন্নফমসি ঙসিগী মীয়াম্না থম্বীদ্রব্রা? পাঙ্গল পুথোক্তুনা অখাঙ কনবনা পাঙ্গলবু থৌনা হাপ্লগা চাউরবা শাংলবা পাৎতূপ অমবু মথন্তনা ঈশিংলবা তুংদা লৈরমগনি খঞ্জখিবা ঙাদুদগী য়াম্না হন্থনা লৈরল্লবদা ঈশিংপা মীদুনা থৱায় নুংঙাইতনা, উপায় লৈতনা অৱাবা হন্দোকপা ওইনা লৈরায়দা ফল্লগা শোর অশাংবা অমা হোনবদুগুম্না, থম্বালশংদু শোর শাংনা হোল্লগা স্কুলদুদগী মায় লৈথোরক্লে। তপ্না খোঙ থাংলদুনা চীংখৈগী মতুং ইন্দুনা চৎলকই।

খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম, খৃঃ ১৯৬১ গী ওক্টোবর তাং ৭ তা ঙাইরাংবম (ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট) দা তাইবঙদা খোঙদাই। অপোকপা মনি (স্কুলগী ওজা), অপোকপী কুঞ্জরানী অনীগী মপারী অহুম মমোম মরি তরেৎকী মনুংদা মরিশুবনি। লাইশ্রম নীঙোল বীনাগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নদুনা মচানুপা অমা মচানুপী অমা লৈরে। ডি এম কোলেজদগী সাইন্স গ্রেজুয়েৎ ওইরবা মতুংদা হাই স্কুলগী ওজা ওইদুনা মহৈরোইশিংবু তাকপী তম্বীরি। সাহিত্যবু নুংশিজবা অমা ওইনা নোহাখোলগী হান্নগী জেনেরেল সেক্রেটরি; প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন, মণিপুর; প্রোগ্রেসিব পব্লিকেসন সোসাইটি হৈরাঙ্গোই থোঙগী লাইফ মেম্বর ওইদুনা সাহিত্যগী ঈচেলদা চেম্থরি।

*অইবসিগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংঃ*

১। ইশং কারবা নুং (ৱারীমচা, ১৯৯১)
২। কায়নবা অহানবা শরুক (নোভেল, ১৯৯২)
৩। মীতৈগী কংলা শা (শৈরেং, ১৯৯৫)
৪। কূগী লৈতেং (নোভেল, ১৯৯৫)
৫। ঙসীনা ঙরাংবু কৌরক্লে (ৱারীমচা, ১৯৯৬)
৬। কায়নবা অনীসুবা শরুক (নোভেল, ১৯৯৭)
৭। ৱাকৎ পুবী লৈচিল (শৈরেং, ১৯৯৯)
৮। য়েক্লবা (লীলা, ২০০২)
৯। চূমথাঙগী লাইবক (নোভেল, ২০০৫)

—নোহাখোল